ꯁꯟꯙꯌꯣꯒꯤ ꯏꯁꯩ: ꯅꯨꯡꯁꯤꯕꯒꯤ ꯅꯨꯡꯁꯤꯕ

# সন্ধ্যোগী ঈশৈ :

## নুংশিবগী নুংশিবা

ডাঃ খাঙেম্বম শামুঙৌগী

# সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ
# নুংশিবগী নুংশিবা

পুন্সি য়াচংলক্লবা শঙাইগী
অরোইবা তেংথাখোল



রাইতর্স ক্লব মণিপুর,
নম্বোল

# সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা

(খণ্ড কাব্য)

অইবা ঃ ডা: খাঙেম্বম শামুঙৌ

**SANDHYAGEE ISHEI**

A book of plaintive laments of a
vanishing deer-Sangai *by Dr. Kh. Shamungou*

Published by : Smt. Khangembam (Ongbi) Purnimashi Devi
for Writers' Club Manipur, Nambol.



অহানবা ফোঙবা ঃ ২০০৭
কোপী রাইট ঃ অইবা
কোপি মশীং ঃ ১০০০ (লিশিং অমা)
মখুম ঃ তাওরেম মঙ্গী



মমল ঃ লুপা ৯৫/-
লাইরিক ফংফম ঃ অইবা, নম্বোল বাজার, রাজেস বুক স্টোর, ইম্ফাল।

নম্ফম ঃ **লময়ানবা প্রিন্টর্স**, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।।

*প্রকৃতিগী তম্পাক্তা*

*লমলক্কী থরাইশিংবু নুংশিবীরিবা*

*কংলৈচাশিংগী মফমদা*

ঐগী অচম্বা খুদোল
সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা

# ক্লবকী ৱারোল্

রাইতরস্ ক্লব্ মণিপুর, লম্দম্ অসিগী লোয়নসিল্লোন্, নাৎনচিংবগী থৌগল্ তৌজরিবা লুপ্নি। লুপ্সিনা সোক্ ১৯৯৫ ইংদগী হীরম্ কয়াদা খুৎ থারক্লি। সৈরেং, ৱারেং, ৱারীমচা, উপন্যাস্, নৈন-ৱারেং, নাৎকী ওইবা লাইরিক্ কুন্গী মথক্তা পুথোক্খ্রে। "ৱাকোন্" কৌবা চেফোঙ্ অমসু লেপ্তুনা পুথোকলি। সেন্ থুম্গী অৱাবা লৈবদগী চেফোঙ্সি থা ৬/৬ কী পান্দম্ থম্লম্বদগী চহীগী ওইনা পুথোক্চরি।

হন্দক্ দাঃ খাঙেন্বম্ শামুঙৌন ক্লব্কীদমক্ পুথোরক্লিব লাইরিক্সি ক্লব্সিগী ওইন কুন্নিথোইসুব লাইরিক্নি। দাঃ শামুঙৌ নৌন সক্ তাক্নিংঙাই ওইদ্রে। লম্দম্সিগী মাঙ্থরক্লিবা সা-উচেক্ কয়াগীদমক্ মিপাইজরিব, মরুওইনা কৈবুল্গী সঙাই অমদি থৱায় পান্বশিংগী ফগৎনবা হোৎনরিবা মীসক্নি। সা-উচেক্কী মরম্দ লাইরিক্ কয়া পুথোক্খ্রে, হন্দক্কী "সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা" কৌবা লাইরিক্ অসি লোয়নসিল্লোন্গী অনৌবা মচল্ অমনি লৌজে। লাইরিক্সিদ লাইনিংথৌন কংলৈপাক্ করম্ন সেম্লক্প, মায়গৈ ঙাক্প লাইদগী হৌরগ চীং, পাৎ, তুরেল, উচেক্-ৱায়া, সা-ঙা, মরুওইন লোক্তাক্ পাৎক মরী লৈনবা থৌদোক্ কয়াবু সৈথারি।

লাইরিক্ অসি তাংকক্ তরেৎ (৭) থোক্না "খণ্ড কাব্য" অম ওইন ইবনি। অহান্বদ, কৈবুল্ লম্জাও কৌখিবগী ৱারী, য়োইমোংব তাইথিংমাং (খৃঃ ২৬৪-৩৬৪) মচিন্ মনাওন কাক্য়েন্ মীঙম্ব হাৎখিবা, কৈবুল্গী লম্মিৎ তুমিৎ কুপ্ন সৈথারি। অসিগুম্ব কৈবুল্সি মালেম্দ তোম্থিন্ ওইরিবা সঙাইগী অমত ঙাইরবা চঙ্জফম্নি তাক্লি।

অনিসুব "খোয়নৌ চান্নবীগা" হায়বসিদি সঙাইন লমওক্, মবুং সক্ন নুংসি চান্নন লৈমিন্নবগী মরম্দ সক্লি। সঙাই-লম্ওক্ অনিসি লাইন মফম্সিদ পোক্লম্বরা খল্লি। খারসাসু চীংনুং মান্নুংদ খুদোং থীবদগী লম্দম্সিদ চংজফম্ লৌরি। সঙাইন খারসাগসু চান্নে। সঙাইন তুফক্-তুফাই চন্বা উবদা খারসান করিগীনো মরম্ তাক্উ তক্সিল্লি। মখোয়গী লৈফম্ কৈবুল্ লম্জাও ঈসিং থুম্জিল্লক্পদা ৱাবনি, মদু ফহন্গদবদি কংলৈ মবুংমৌপাসিংনি হায়রি।

অহুমসুব (হিয়াং হিরেলদা) দ সনা মান্বী সঙাইন খারসাগী ৱারীদ পিরাং সিষ্থদুন মাগী মমান তাক্পিরম্ব ৱারীদু লীরক্ই - মখোয়গী পারী-পুরীদি তাইবং মীনি। মতাং অসিদ কংলৈপাক্কী পুৱারীগী ৱারী সীংবুল কয়াসু অইবন পল্লি, পুদাংকোই খুৎকোইবন সঙাই ওন্খিব, খুমন্গী লুচিংব কাক্প লৈতোন্ পান্বগী লুরেন্ কক্তুনা পুরক্খিবগী

ৱারী লিরি। (মৈদিংঙু থৱান্ থাবা, খুমন্ নিংথৌ পুন্সিব; মচা মচা থাজনদুন নুংসি-চান্নন তিন্নবনি। লম্গী ৱাহৌদগী খুমন্ নিংথৌন অরোন্ব ৱাখল্লোন্ অমদ মৈতে নিংথৌবু হৈরেম্ খাঞ্জান্গ লান্ তৌনবদা পাংবিয়ু হায়। লান্ ঙমদুন হল্লকপদ হাৎনবা হোৎনখি। মদুদ মীতৈগী অঙম্ব এলাংবন খুমন্গী লুচিংব ক্বাক্প লৈতোন্ পান্বগী লুরেন্ কক্কুনা হিনাউদ হাপ্লগা পুরক্খি - মদু অইবনা তাবুনুংদগী চিংথোরক্লি)

মরিসুব (তামনা তামখ্রবী) দ সাহেব্ মচা এল্বাল্ ৱিল্সন্ (Alban Wilson) ন লম্দম্সিদ, সঙাইন য়াংনে চেন্ব উখি। পরসিএলদ (Percy Eld) নসু লোক্তাক্ খোঙ্বান্দ সঙাই অমা উখি। অসিগুম্বা সঙাইসি কংলৈবাক্ত কনানসু খঙ্বিদন লৈরকই। মতুংদ কেপতেন্ গুথ্রি (Captain Guthrei) ন কসাররোম্দগী কংলৈবাক্ য়ৌরক্পদ সঙাইগী চীরোং অমা ফংখি। মদু মহাক্না মেক্লেলেন্দ (McClelland) দ খুদোন্ তৌখি। মেক্লিন সঙাইবু কাউদনব, পরসি এল্দবু নিংশিংদুন সরবস্ এল্দি (*Cervus eldi*) থোন্খি। মাগুম্ন তরক্লবী লমাঙ্ (La-mang) কৌবী অমসু থাইলেন্দদ তাম্ন লৈহৌই। বর্মাগী থামিন্ (Thamin) থাইলেন্দগী লমাঙ্ অসি কৈবুল্গী সঙাইগী ঈরেম্খাক্নি। পুনসি য়াচংলক্পসিদ মখোয়গ উনবা ফংলরোইদ্র হায়ন সঙাইন ৱাজবদু সৈথারি।

মঙাসুব (আশাগী মঙলান্দা) দ তোরবুংগী সঙাইন কৈবুল্ লম্জাওদ লৈখিবগী ৱারীনি। অদুঙৈ, মোইরাংগী মীয়াম্ন অৱা ঈপাক্ত লুপ্লকই। লাইগী লাইফাওদ সাসিং চাম, ঙাসিং চাম কৎলু হায়। লৈবাক্-নিংথৌগীদমক্ কদেংন সা, কদাংন ঙা ফাগে লেপ্নখি। কদেংনা মসানৌ তোনু-লাইজিংলেম্বীগীদমক্ ফারক্প সঙাই নাউপুরবীদু পীনিংবগী লাংতক্লব মতৌ, অমরোমদ তোনু লাইজিংলেম্বীদি নিংথৌগী তালোয় ওইখিরম্ব, পাউদু তাবদ ৱাখল্ তরংনরবা কদেং থাংজহন্বদু মখোঙ্ন পুব মফম্দ চৎলক্লে। কৈবুল্গী হানৌ লেঙ্লেঙ্লবা মফম্দ সঙাইগী মঙক্তগী থৌরি কোঙ্গোই লৌথোক্কুনা থাদোক্লম্লে। মতম্ অদুদ নাউপুরবী সঙাই অদুন তাম্হৌরবা মথংলেন্ মাবু উনিংবগী তথক্প মীৎয়েং, মসানৌ তোনুন নিংথৌকোন্দ, কদেং-তোনু, সঙাই লাব-অমোম, নিংথৌ-তোনু, কদেং, সঙাই নাউপুরবী ..... অসিনচিংবা। কবিগী খুৎয়েক্ থমোইদ নীংথিন পাল্হন্বা ঙম্ই।

মসাগী তোঙান্ তোঙান্বা হীরম্দ ইব লাইরিক্ তরাগী মথক্তা পুথোক্খ্রব অইবসিগী নৌন লৈসাৎ তম্লক্লিব লোয়নসিল্লোনগী মচল্ অসি রাইতরস্ ক্লব্ন মীয়াম্দ সিন্নজরি।

*ইবোপিসক নোংথোম্ব*
*সেক্রেতরি,*
*রাইতরস ক্লব মণিপুর, নম্বোল।*

নম্বোল
২১।৮।২০০৭ ইং

# শঙাইগী পুন্সি ঃ খণ্ডকাব্যগী অনৌবা চাংয়েং

'Art is perfect when it seems to be nature, and nature hits the mark when she contains art hidden within her : Longinus.

মণিপুরী সাহিত্যদা অশাংবা ৱারী পরিংদা শাগৎপা শৈরেংগী মশক (মহাকাব্য নত্রগা খণ্ডকাব্য কৌনবা) অমা অহানবা ওইনা কবিরত্ন হিজম অঙাংহল (১৮৯২-১৯৪৩) না *শীঙেল ইন্দু* (ইবাঃ ১৯৩৬, ফোঙবাঃ ১৯৩৭, মতুংদা *খম্বা থোইবী শৈরেং*, ইবাঃ ১৯৩৯/৪০) ফোঙলকপদগী মথঙ মথঙ ওইনা কবিরত্ন হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্র (১৮৯৭-১৯৪৬) গী *তোনু লাইজিংলেম্বী* (ইবাঃ ১৯৩৫), কবিরত্ন অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ (১৯০৭-১৯৪৪) গী *কংসবধ* (ইবাঃ ১৯৩৫/৩৯, ফোঙবাঃ ১৯৫৪), গুরু অরিবম সুরচান্দ শর্ম্ম (১৯১৫-১৯৯৮) গী *কবো লোই* (২৮/২/৪৭ মতুংদা - *লমজা অনীঃ* ১৯৫৮) খুমন্থেম ইবোহল (১৯২৪-১৯৮) গী *নুংশি কৈন্যা কাদা* (ইবাঃ নিংথৌকাবা, জুন ৫, ১৯৫০), শীজগুরুময়ুম নীলবীর শাস্ত্রী (১৯২৭-২০০৫) গী *খোংজোম তীর্থ* (১৯৬০) অমদি সৌগাইজম রুহিনীকুমার (১৯২৮-২০০৬) গী *ইৱাংলোন থাদোই* (ইবাঃ ১৯৪৮, ফোঙবা ভোল্যুম ১ঃ ১৯৯৫; ভোল্যুম ২/৪ঃ ২০০৫ঃ হৌজিক ভোল্যুম ৫/৭ ফোঙগদবা ৱাৎলি) নচিংবা পুথোক্লরকখি। য়াম্না তাংনা থোক্লিবা কাব্যগী খুৎই অসি ২০ শুবা চাহীচাগী অরোইবা দেকেদ অমদি ২১ শুবা চহীচাগী অহৌবা দিকেদ অসিগী মনুংদা খোর্জে পায়দুনা থৌদাঙ য়াবা অশৈবা পংনা থোরক্লখিদ্রে। চিরবা মতম অসিদা লাইওইখ্রবা কবিশিং অসিগী খোঙ্গুলবু মুৎতনবা আশা অমদি শীংনবা অমগা লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যদা নৌহৌননা য়াহৌ থেংবা শৈরাংবা অমা ওইনা খোঙ থাংজিল্লকইবা অহলশিংদা চনলবা কবি (ডা.) খাঙেম্বম শামুঙৌ (পোকপাঃ হৈক্রুজমঃ ১৯৪৩ -, হৌজিক্লা নম্বোল বাজার) গী মমিং নীংশিংবা য়ারক্লে। বিজ্ঞানগী চাংয়েং কয়াদা মপুন্সিগী শরুক তংখাই অমদি কখোকখ্রবা মতুংদা মণিপুরী সাহিত্যদা খোঙ থাংজিল্লকপনি। ডা. কমল (১৯০০-১৯৩৬), ডা যোদ্ধচন্দ্র সনসম (১৯৪৪-), লমাবম বীরমনি (১৯৪৮-), য়ুমলেম্বম ইবোমচা (১৯৪৯-), জিলা সিংহ কোন্সম (১৯৫৪-) অমদি ক্ষেত্রি রাজেন (১৯৬৬-) গুম মণিপুরী সাহিত্যবু পামজরুবনা পুন্সিগী লেমহৌরিবা শরুক্তা সাহিত্যগী পুজারী অমা ওইনা স্বার্থত্যাগ তৌরিবা কবি (ডা.) শামুঙৌনি।

## সন্ধ্যাগী ঈশৈঃ নুংশিবগী নুংশিবা (২০০৭)

কবি শামুঙৌগী অনৌবা চাংয়েং অমগা লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যদা অহানবা খুদোল তল্লিবা খণ্ডকাব্য অমনি। পৃথিবীগী মফম অমত্তদসু ফংদ্রিবা, মণিপুরগী তাংলবা লনগৈ অমা ওইরিবা কৈবুল লমজাউদা লৈবা *সনামানবী* শঙাইবু অশৈবনা পার্সোনিফাইদ তৌদুনা তাইবঙ মীগুন্না কল্পনাগী তুরীদা শঙাইগী পুন্সি ঈচেল অমবু সাহিত্যগী কেনভাসতা য়েক্লুনা পুথোকপনি। কৈবুল লমজাউগী ফুমথক্তা ময়ুম ওইজবা শঙাইগী পুন্সিগী অৱা-নুংঙাইগী মচরিৎ অমা উৎপনা মপুংনি। অসিদা মশাবী শঙাই লাবগা তোরবুং লমদমদা কায়নখিবা অদুগা অরোয়বদা চিংঙু থাংজিংগী থৌজালদগী কৈবুল লমজাউদা অমুক হন্না উন্নদুনা কায়নরুরবা মতুংদা ৱাইথুংনবনা পোলোয় ওইবা কাব্যনি। কাব্য অসি সর্গ তরুক থোক্না খায়দোক্লগা মঙ্গলাচরণগী মতাংদনা তোঙান্না *শৈহৌঃ'সনামানবী'* হায়বা তাঙ্কক অমা অহৌবদা হাপ্তুনা খণ্ডকাব্য অমা ওইনা শাগৎলি।

## মঙ্গলাচরণ ঃ শৈহৌঃ সনামানবী

ভারতকী কাব্য শাস্ত্রগী মতুংইন্না খণ্ড কাব্য অমগী অহৌবদা মঙ্গলাচরণ (প্রার্থনা) হাপ্পা চৎনৈ। মসিগী নিয়ম অসি ঙাক্লা কবি শামুঙৌনা মাগী কাব্য অসিদা তোঙান্না 'শৈহৌঃ সনামানবী' হায়বা তাঙ্কক অমা হাপ্তুনা তাইবঙ শেম্বা মপু- ঈশ্বরগী মফমদা খুরুমজবগা লোয়ননা শৈথাজবনা অহৌবা ওইরগা সাহিত্যগী লাইরেম্বীগী মফমদা মানা ইজরিবা কাব্য অসি লৌশিনবীয়ু হায়না কচ্চবগী মঙ্গলাচরণ (প্রাথনা) য়াওরি। কবিগী ৱাহৈদা - *'কচ্চরী তোল্লবনা, সন্ধ্যাগী ঈশৈ কৌনা/লৎনবীনু পলেম্না, তোল্লবনি নচানা'* - (শৈহৌ ঃ ৮১)। মখা তাবদা শঙাই কৌবী শাসিগী মতীক মগুণ, হৌরকফম, পুন্সি সন্ধ্যা ওইশিল্লকপগী মশকনচিংবা লিজবা শৈথাবা অমদি মণিপুরগী মহৌশা খুৎশেমগী নিংথিবা ফজবা শকলোনশিংবু শীংথাবনা মপুং ওইরি। শঙাইগী পুন্সি সন্ধ্যাগী ঈশৈদি - *'দুঙৈগী শঙাই ৱারী/লৈখল লৈশক খন্দনা, তোরবুংদা শঙাই ৱারী/লৈচু লৈনম থিদনা, কৈবুলদা শঙাই ৱারী/লৈনা লৈখোক য়েংদনা, কংলৈগী শঙাই ৱারী/লৈহী লৈবুক শোক্তনা, মালেমগী শঙাই ৱারী'* - (শৈহৌ ঃ ৭৯)। *'শঙাই কৌবী নহাক্লি, নতীক নঙাল নাইরিবা/শঙাই কৌবী নহাক্লি অৱা হুইজোং লাংলিবা/শঙাই কৌবী নহাক্লি, তনিক তনিক খাঙলিবা/শঙাই কৌবী নহাক্লি, পুন্সি য়াচংলক্লবা/শঙাই কৌবী নহাক্লি, সন্ধ্যাই ঈশৈ শক্লিবা'* - (শৈহৌ ঃ ৮২)।

## অহানবা সর্গ ঃ কৈবুল লমজাউদা

সর্গ অসিদা শঙাইগী লৈফম ওইরিবা কৈবুল লমজাউগী মহৌশা খুৎশেমগী ফজবা, নিংথিবা কয়াগী মতিক-মগুণ শিংথাবা-শৈথাবগা লোয়ননা কৈবুল লমজাউ

কৌথিবগী লিজেন্দ ওইনা লৈখ্রবা মৈতৈ পৌরানিক্কী ৱারী শিংবুল অমসু পো কাংলি। সনামানবী শঙাইগী শওঙ শাবান, থোইদোকপা মতীক মগুণসু শিংথারি। অশৈবগী ৱাহৈদো - '*মালেমদা তোমথিন ওইবী, হিরালক্তা য়াইওইবী/ খোইমু খ্বাংজেং শাবানবী, থম্মৌ হেরা পুম্বুম্বী/ নোংথাংলৈমা শক্তম্বী, তথক তথক মীৎয়েংবী/ য়ামজেল মৈরা মম্লবী, য়াওরৌ শঙাই শকহেনবী*' - (সর্গ ১ ঃ ৩২)। মখা চত্থরকপদা মণিপুরগী ইতিহাসনা শকখঙলবা মৈদিংঙু তাউথিংমাং (২৬৪-৩৬৪) গী মতমদা (*তুতেংলোন* পুয়াদগী) তাউথিংমাংনা ময়াম্বুং য়োইমোংবগা পুন্না তু-খোঙ তেংথিবগী ৱারী, মীচাবা কাকয়েন মীঙম্বা হাৎতুনা - উচেকসিগী মশানা লোক্তাক্কী ঈশিং থিংখিবা - অদুগুম্বা মফমদুবু ঈথিং কৌথিবগী মতাং অমদি (নুমিৎ কাপ্পা পুয়াদগী) খ্বাই নুংজেংবম পীবানা তাউহুইরেং অহনবা নুমিৎপু তেন্দমদুনা কাপখিবা; অরোয়বদা লোক্তাক ঈশিং মৌখলকপদগী খোরদাক তুরেলগী মরিল তৌখিবা অমদি লোক্তাক ঈশাই মাপলগী মশক তাকপনা মপুং ওইরি। (খুদমঃ '*থাঙ্গা চীংনা তুংয়ান ওই, কৈবুল চীংনা লেমফুনি/ তোয়া চীংনা খোয়দৌ ওই, মুকাপ চীংথি শমব্রুনি/ পাবোৎ চীংজাউ থাবাক ওই, লফুপাৎনা থাখুমনি/ চীংমৈ চীংনা নীংদু ওই, থাংব্রেন য়াঙবী খ্বাংচেৎনি/ খোরদাক ঈরম ঈচেল ওই, শঙাই লৈবাক লাইফমনি* - (সর্গ ১ ঃ ৩০)। অশৈবনা মৈতৈগী অরিবা পুয়া লাইরিকশিং - *তুতেংলোন* অমদি *নুমিৎকাপ্পা* নচিংবদগী মরুওইবা থৌদোক খরা - 'তু-খোঙ তেংবা' অমদি 'তাউহুইরেং অহনবা নুমিৎপু কাপখিবা' নচিংবা এপিসোদশিং অসিগা মরী লৈননা কৈবুল লমজাউগী হৌরকফম অমা শাগৎনবা হোৎনবগী মমি তারি। পেনা অশৈবগী শৈহেক অমা য়াওরি।

## অনীশুবা সর্গ ঃ খোয়নৌ চান্নবীগা

সর্গ অসিদা কবিনা কৈবুল লমজাউদা লৈরিবা লমওক্লা শঙাইগী মবুং শক্লা নাউকোনবীবা অমদি খরশা কৌবী শজিনা শঙাইগী চান্নবী মতারোই ওইদুনা পুন্না নুংশি চান্ননা লৈমিন্নবগী ৱারীদা য়ুম্ফম ওইরি। মতারোই খরশানা শঙাইগী তোপ-তোপ্পা শক্তম, মতীক মগুণ শৈথাবগা লোয়ননা ত্রেতা যুগতা সীতাগী পুক্নিং হুখিবা মারিচাগী মায়াগী ম্নাগী শজিগা চাংদম্নরী - (কবিগী ৱাহৈমক্তা হায়রগা - '*মারিচাগী মায়ানা, সনা শজি শক্তম্না/ ... নিংথিরমদ্রা মহাক্না, শকহেনবী শঙাইগুম্না*' - (৪৪)। শঙাইগী শবান শাওঙ শাদা উৎপদা - '*নঙগী তঙাং কুচুনা, নুজা লৈহাউ পাম্খকনি/... নঙগী লুরেল চীরোংনা/ নুজা পিশুম থাজনি* - (৪৫)। শঙাইগী ফজবদি নিংথৌরেল শাহজহানগী তাজমহলদগীসু তাদে। অসিগী প্রমানদি - '*তাজমহলগী নিংথিবা, তগুপ তরেং নুংঙৌনা/ ... লাম্বা নত্তে অরেম্বা, য়াওরৌ শঙাই নঙতনা*' - (৪৮)।

সর্গ অসিগী অরোয়বা শরুক্তা মতারোইগীদমক্তা খনবদা অৱা ছুইজোংলাংলবী খরশানা - শঙাইগী মফমদা পুকমেন পাউমেন্নরদুনা থেমজিন ৱাহৈনা করিগী হেদো নাহে চনবনো হায়না হংখিবা - শঙাইনা মাগী পুন্সি মাংলমচৎকী অৱাবা ৱারী লিরকপগী অহৌবা মতাংনা সর্গসিগী অরোয়বা ওইরি।

## অহুমশুবা সর্গ ঃ হিয়াং হিরেলদা

সর্গ অসিদা মপুং ওইনা অশেবনা উৎলিবসি-মণিপুরগী ইতিহাসনা শকখঙলবা ঐতিহাসিক থৌদোক খরা অমদি মৈতৈগী লিজেন্দ ওইনা লৈখ্রবা পৌরানিক ৱারীগা মরী লৈননা শঙাইগী পারী পুরীগী হৌরকফম তাকপগা লোয়ননা কৌবা ঈঙেল চীংদগী উনিংথৌ উজাউ য়াল্লগা হিয়াং হিরেল শাদুনা লুৰাংই তুরেলদা ইহান-হান্না হিয়াং তান্নখিবগী থৌদোক্লচিংবা শিংথারি। হোংনেম লুৰাংনিংথৌ পুন্সিবা (৭শুবা চহীচা) গী মতমদা পুন্সিবগী ময়াম্বা লুৰাং পুদাংকোই খুৎকোইবনা লম্লক শা শঙাই ওনখিবা-নিংথৌনা নুংবান ৱাংমিৎখু খুৎহৈবা অমদি লুৰাং ৱাংমনাউ শিনহৈবা অনিদা কৌবা ঈঙেল চীংদগী য়াল্লগা পুরকখিবা উনিংথৌ উজাউবু ৱাকয়ে তান্নহি শাহল্লগা অহানবদা হি অদুগী হিরুম্বাক্তা ময়াম্বা পুদাংকোই খুৎকোইবনা ওনখিবা চিরেল তোমপোকপগী য়াওরৌ শরু অকংবনা হান্না তোংহন্দুনা লুৰাংই তুরেলদা হিয়াং তান্নখি। মতুংদা মৈদিংঙু থৰাম্বুবা (১১৯৫-১২৩১) গী মতমদা থৰাম্বাবা নিংথৌনা হৈরেম ঙমদুনা খুমনলোমদা লাকপদা খুমন নিংথৌ ক্লাকপনা মৈতৈ নিংথৌ মঙাইবু (মকুবু) ফানবা থৌরাং শিনবদা থৰাম্বুবাগী মমোমলোই, খুমন পুংদা ওংখ্রবী চীংখৈথানবীনা খুমন নিংথৌ হোজংদগী মপাবুঙবু হুনখ্রো হায়না ঈঙ্গিৎ তৌরক্লবদা- থৰাম্বুবনা লালোইশিংগা লোয়ননা মায়ওন থৈরগা হিমায় লৈরগা লাকপদা খুমন নিংথৌ ক্লাকপনা হিবান পায়দুনা নিংথৌবু হিংনা ফানি থৌরাংলুবদা - মৈতৈগী অঙম্বা এলাংবনা ক্লাকপগী লুরেল ককখিবা - লুরেল অদুবু হীনাওথক্তা থেক্তুনা লানঙম ঈশৈ শক্লুনা কংলৈ লমদা হল্লকখিবা - থৌদোকসিবু নীংশিংনবা ঙসি ফাওবা হিয়াং হিরেলদা - '*খুমন ক্লাকপা লুরেলনা, হিনাওথক্তা ফমৱাইবা/য়াওরৌ শঙাই চীরোংনা, হিরুম্বাক্তা লৈতেংবা*' (১৩৪) গী চৎনবী অসি মুৎতরি। মতাং অমদনা মীওইবগী থৰায়গা ঙানু থঙ্গোংগী শাইওনগা মরী লৈননা অধ্যাত্মিক্কী মীৎয়েং অমসু উৎলি।

## মরীশুবা সর্গ ঃ তামনা তামনখ্রবী

সর্গ অসিদা শঙাইনা পাঙ্গল শোল্লবী মতারোই খরশাগী মফমদা - মখা তানা ৱারী লিরি। মমাংঙৈ কংলৈ লমদমদি ৱাৎত পাদ লমদম ওইরম্মী। চীংয়া তময়া, লবুক লমহাং, চীংজুম লাইজ ঈফুৎ মফম - মশাবী মাঞ্জ মানা লমজিংদুনা পুবিরম্মী। শঙাইথেল, শঙাইপ্রৌ, শঙাইলৌ, শঙাইতাবী খুলশিংদা শঙাইগী লৈফম ওইরম্মী। মালেছ মচাশিং -

এলবান ৱীলসন অমদি পারসি এলদ নচিংবনা শঙাইবু লোক্তোক খোঙবান্দা অহানবা উখি। মতুংদা গুপ্থি অমদি মেকক্লিলেন্দনা মালেমসিদা শঙাইগী মশক তাকখি - মমিংসু থোনখি। কবো অৱা লৈবাক্তনা 'থামিন' (অচৌবা শজি) অদুগা থাইলেন্দদনা 'লামাঙ' (শজি অচৌবা) হায়না মমিং থোনবা শজি মখল অনিসু লৈরি। মালেমগী ওইনা তাংলবা শঙাই হায়বা শাসিগী য়ুরালগুম্লবা পুন্সিগী মশক অদু কবিনা অসুম্না ফোঙদোকলি। (শাসু মীওইবগুম্না অমর নত্তে, নোংমদি শোয়দনা শিগনি হায়বা ৱাখল্লোন অদু মতাংসিদা উৎলি) - '*য়ুরাল কৌবী থৱায়না, অৱা অনা কাওথোক্লা/ মীৎকুপ অমা হরাওনা, মালং ফৌশু লক্লনা/হিংলম্লগা খন্দনা, কেমখিবগুম থৱায়না/ থামিন লামাঙ মখোয়না, খরশা শঙাই ঐখোয়না/ লোইখিগনি খঙদনা, ঈপাক কোঙ্গোল তাক্লুম্না*' - (৩১)।

## মঙাশুবা সর্গ ঃ আশাগী মঙলান্দা

সর্গ অসিদা কবিগী কবিত্ব শক্তিগী মশক উবা ফংই। মোইরাং কংলৈরোলগী শাইওল তরেৎকী মনুং চনবা কদেং থাংজহনবা অমদি তোনু লাইজিংলেম্বীগী শেৎন-খাইনবগী তাঙ্কক অমগা মরী লৈনহল্লি। মোইরাং নিংথৌ পুরিকলাইগী মতমদা - মোইরাং লমদমদা কুম কাংদুনা লৈবাক মীয়াম্না অৱাবা তারবদা - থাংজিং লাইফাওদগী লৈবাক মীয়ামগী অৱাবা কোক্লবা ঙারম চাম্মা অমদি শারম চাম্মা থাংজিং লাইদা কৎলবদি লৈবাক্কী অৱা-অনা পুম্বা কোক্কনি। কদাং ঙারুংহনবনা ঙারম চাম্মা অদুগা কদেং থাংজহনবনা শারম চাম্মা ফানবা লৈবাক নিংথৌদগী থৌদাঙ লৌরে। কদেং থাংজহনবনা তোরবুংদা শারম চাম্মা ফাবা চৎলমদাইদা মশানৌ তোনু লাইজিংলেম্বীগী মফমদা কোম্বীরৈ খুদোল্লম্মী। মতুংদা কদেংনা তোরবুংদা শা ফাবা চৎখি। শারম চাম্মা ফারবা মতুংদা মশানৌ তোনু লাইজিংলেম্বীগী মফমদা নুংশি খুদোল তম্নবা য়াওরৌ শঙাই ফানবা লাম্মৈ থাবদা থাবুম তরেৎ নাউপুরবী শঙাই অমোম অমা ফাবা ঙমজখি। শারম চাম্মাগা লোয়ননা শঙাই অমোম্না তুংথংনা পুদুনা কদেংনা তোরবুংদগী হরাউনা হল্লকখিবা, শাশিং চাম্মা চিংঙু থাংজিং লাইদা কৎলবা মতুংদা কাওরেল কোনজন মতমদা মশানৌ তোনু লাইজিংলেম্বীগীদমক্তা অখন্ননা ফারকপা নাউপুরবী শঙাই অমোম অদু নুংশি খুদোল পীরুনবা পুরকপদা মশানৌদি নিংথৌকোন্দা ওংখিরমলে। মোইরাং লৈবাক্কী মহারানী ওইরম্লে। নীংবা কায়রবা কদেংনা মশানৌগীদমক্তা ফারকপা শঙাই অমোমদু কৈবুল লমজাউদা নুংশিনা নানবিদুনা থাদোকপিখি। শঙাইনা কৈবুলগী থোক থোক নোম্বা ফুমথক্তা অহানবা লৈবগী ৱাজবা, মশাবীগী কায়ন ৱাখলদা মৈওইখিবা - করম্বা কোরৌ নুমিত্তা মশাবীগা উন্নবা ফংগদগে হায়বগী আশাগী আশাদা শঙাই অমোম্না কৈবুলদা লৈখিবগী অৱাবা কয়াদু মতারোই খরশাগী মফমদা লীরি। শঙাইনা মশাবীগা কায়নবা, কদেংনা

মশানৌ তোনুগা কায়নবা - অনিসিগী কায়নবগী মশকশিং কবিগী উপমা অলংকারনা শৈথারিবসি য়েংসি ঃ

*'ঐনা থংলেন কায়নবা, মানা হৌনা নোকখিবা/মানা শানৌ শেৎনবা, ঐনা মৈচাক খাঙলিবা/হায়বীয়ুনে খোইনৌনা, মসিরনে তেংবানবা/লাকখিগদ্রা শোইদনা, নুমিৎ অমা চঙলবা/শাবী মাগা উন্নবা, পামু মাগা লোয়নবা'* - (১২৫)।

ট্রেজেদিগী মচাক অমা ওইরিবা 'পিটি এণ্ড টেরর' গী মশক অদু মতাংসিদা উবা ফংই। নুংশিবগী খ্বায়দগী ৱাবা খমথেংবা মতাং অদু কবিনা উৎননবা লাক্লে।

## তরুকশুবা সর্গ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা

সর্গ অসিদা তোরবুং লমদমদা শঙাই লাবা অমোম কায়নখিবা - শঙাই অমোম্না কদেং থাংজহনবনা ফাদুনা পুরকখিবা - শঙাই লাবনা তোরবুং লমদমদা মশানৌ কায়ন মৈচাক খাঙহৌবা - শঙাই লাবনা মশানৌ অমোমগী খোঙ্গুললিরকপা, কৈবুল লমজাউদা মখোয়নি কায়নরুরবা মতুংদা অমুক উন্নখিবা, হরাওজগোই শামিন্নখিবা (অশৈবগী ৱাহৈদা *'কায়নরুবা থৱায়না, উন্নবগী হরাওনা/পনথৌ পাম্বোম খিঙ-খিঙনা, মোম্নু খ্বাংচেৎ লাকশিন্না/শানৌ মানা মাঙচিংনা, শাবী খোঙথাং হাপ্তুনা/ফুমগী তাম্বা লোক্তুনা, ঈকা ঙাগুম হরাওনা/শারে জগোই নোয়-নোয়না, থেক্কা থেক নৌগা-নৌনা'* - (২৩)। মখোয়গী জগোই য়েংগদবগী কংলৈ লমদমগী চীংয়া তময়া পুম্বদগী চেক্লা শুনা পায়নরকপা, কৈবুল লমদমদা লৈফমগী মুন্নরকপা মতাং অমদি মীরমগী উচেক অমদি ইরমগী উচেকশিংদুগী খৎনরকপা মতাংদা অহল ওইবী ৱাইনু কৌবী চেক্লানা ৱায়েনদুনা নুংশি চান্ন-লৈমিন্নহনখিবা - অরোয়বদা *'শঙাই কৌবী নহাক্লি, নতীক নঙাল নাইরিবা/শঙাই কৌবী নহাক্লি, অৱা হুইজোং লাংলিবা/শঙাই কৌবী নহাক্লি, তনিক তনিক খাঙলিবা/শঙাই কৌবী নহাক্লি, পুন্সি য়াচংলক্রবা/শঙাই কৌবী নহাক্লি, সন্ধ্যাই ঈশৈ শক্লিবা'* - (১১৩)। হায়না অশৈবনা শঙাইগী শৈরোয়-ঈশৈ শক্লগা কাব্যগী পোলোয় ওইরি।

## ৱারোইশিন

কবি (ডা.) শামুঙৌ বৈজ্ঞানিক অমনি। শিনফম্না বিজ্ঞানগী ওজানি। পামজরুবা খোয়দারুবনা মণিপুরী সাহিত্যগী কাব্যগী ঈচেলদনি। য়াহৌ থেংনা মণিপুরী সাহিত্যদা খোঙ থাংজিল্লকখিবনি। অদুবু হোৎনজমলগী মহৈ শোয়দনা ফংগনি।

অশৈবনা পুথোরক্লিবা খণ্ডকাব্য অসি মণিপুরী সাহিত্যদা নৌনা থোকই। বিজ্ঞানগী অচুম্বগা মণিপুরগী ইতিহাস অমদি লিজেন্দগী অচুম্বগা পুল্লগা অনৌবা সাহিত্যগী খুৎশেম অমদা চাংয়েং তৌদুনা পুথোরকপনি। মণিপুরী সাহিত্যগী অঙনবা মতমগী ৭ শুবা

চহীচাদা ঐখোয়না থেংনখিবা '*হিজন হিরাউ*' কাব্যদা মৈতৈ ৱাকমানা কৌবা ইঙেল চীংদা হৌবা উনিংথৌবু মীওইবগুম শাগত্তুনা মীওইবগুম ৱাখল খলহন্দুনা পারসোনিফাইদ তৌরগা অৱাপোলোই (ট্রেজেদি) ওইনা শাগৎপগুম, অশৈবগী কাব্য *সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা* (২০০৭) অসিদনা কৈবুল লমজাউদা লৈবা শঙাই কৌবী শা অমবু মীওইবগুম অপাম নুংশি অমদি কায়নবগী থুংনবগী ৱাখল ফাওহন্দুনা পুন্সিগী মশক অমা য়েক্লি। পোলোইদা থুংনবা - কায়নরুরবা শাবী শানৌ ৱায়থুংনবনা কাব্যগী মচরিৎ অমা ওইনা কৃয়েটিভ আর্ট ফোর্ম অমদা শাগৎলি। শঙাইবু কাব্য অসিগী মরুওইবা চরিত্র ওইরি। মসি মণিপুরী সাহিত্যদা চাংয়েংনি, অনৌবনি। বাংলা কবি মাইকেল মধুসুদন দত্ত (১৮২৪-১৮৭৩) না মাগী কাব্য, *মেঘনাদ বধ* (১৮৬১) দা রাবনগী মচানুপা মেঘনাদপু মরুওইবা চরিত্র অমা ওইনা শাগৎপগুম, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ (১৯০৭-১৯৪৪) না মাগী কাব্য, *কংসবধ* (১৯৪৫) দা কংসবু মরুওইবা চরিত্র অমা ওইনা শাগৎলি। অদুবু কবি শামুঙৌদি - তাইবঙ মীওইবগা মরী শুংলে লৈনদ্রবা শা অমবু অথোইবা চরিত্র ওইনা শাগৎলি। ঙসি ফাওবদা অশৈবা অমত্তনা মণিপুরী সাহিত্যগী কাব্যদা অসিগুম্বা চরিত্র অসিগী মশক য়েকপা লৈখিদ্রি। মসি সাহিত্যগী রিভোলুসন অমনি। কলিদাসগী *মেঘদুত*, Omar Khayyam (1050-1123) গী *Rubaiyyat (1460-61)* নচিংবদা শ্লোক (স্টেঞ্জা) অমগী পরেংসি মরীনা অমদি হরিবংশ রায় বচ্চন (১৯০৭-) গী *মধুশালা* (১৯৩৫) দনা পরেং নিপালনা শাবা থেংনৈ। অদুগা কবি শামুঙৌগী কাব্য অসিদি পরেং মঙানা স্টেঞ্জা অমা ওইরি। বিজ্ঞানগী অচুম্বা পুরক্লবা লাক্লবদা থাবুম তরেৎশুনা নাউপুরবী শঙাইগী মশক তাক্লবা লাক্লে (মঙাশুবা সর্গ ঃ ৬৬) অদুগা সরাংথেম বরমনি (১৯২৮-) গী *মোইরাং শাইওন* (৪শুবা শরুক ঃ ১৯৯৫) দনা - '*হৈরাং হৈরু পানখিবা থাবুম তরুক ফারবনিনা*' (লা. ৫৩১) হায়না ইরি। কবিনা মতাং চানা পোইটিক জসটিস্ট অমদি দ্যুজ এক্স মোচিনাগী পাম্বৈ শীজিন্নবা থেংনৈ। খুদম ওইনা ঃ ৫ শুবা সর্গদা চিংঙু থাংজিং লাইনিংথৌনা অয়াংলৈমা পাম্থোইবীদা শঙাই লাবা অমোম্বু থৌজানবীবগী মতাং অমদি মঙগী ৱাবু তাইবঙদা অচুম্বা ওইরকপা (Sigmund Freud : (1856-1939) অমসুং C.G. Jung : (1875-1961) নচিংবগী দ্রিম ভিজনগী ৱাখল্লোনবু সাহিত্যগী মচল অমা ওইনা পুশিল্লকপা (৫শুবা সর্গ ঃ ৬৮/৬৯), লিজেন্দ ওইনা লৈখ্রবা কোম্বীরৈ লৈরাংগী ৱারী, মোইরাং কাংলৈরোলগী শাইওন ৱারী (মরুওইনা ঃ শাম্বা নহা লমগানবা খমনুং য়াইদিংকোনু অমদি কদেং থাজহনবা তোনু লাইজিংলেম্বী) অমদি মৈতৈগী অরিবা পুয়া লাইরিকশিং - *তুতেংলোন*, *হিজন হিরাউ* অমদি *নুমিৎ কাপ্পা* নচিংবগী মরী লৈনবা এপিসোদশিং য়াওহনবা অসিনা কাব্য অসিগী মগুণ হেন্গৎহল্লি।

কবিগী লোনশেম (নিওলোজি) অমদি শীজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতা ক্লাসিকেল ওই। সল্লাইমিটিগী মশক অমা য়াওরি। (খুদম ঃ মীৎচি নোংথাং তেনকাপ্পা, কুমশিং কুমজা ননখ্রবা, থৱায় মহি ঈশিংনা, কোরৌ মঙাল শাৎত্রিঙৈনচিংবা; ফুম্বু মোম্পাক ওইনা - 'কৈবুল ফুমদি মোম্পাক্নি', অশং অমান নাপী শিংনবু লম্পাক ওইনা - 'অশং অমান লম্পাকনি', অৱাবা অমদি কায়নবগী মশক য়েকপদা - 'তারমদাই কোরৌগুম্না, হেদো নাহে চল্লিবা'নচিংবা) মতাং চানা অনুপ্রাস অমদি উপমা অলংকারনচিংবা শিজিন্নৈ। শৃঙ্গারনা মপুং ওইরগা করুণ (সর্গ ৩ ঃ ৮৩) অমদি বীর রস (সর্গ ৩ ঃ ১৩২) নচিংবা য়াওরি।

কবি শামুঙৌগী কাব্যগী মগুণ শীং থাবদা লোইরোই। মণিপুরী সাহিত্যদা অতাংবনি। ২০ শুবা চহীচাগী অঙন্বা মতমদা থোরকখিবা ক্লাসিসিস্ট কবিশিং - অঙাংহল, নবদ্বীপচন্দ্র, দরেন্দ্রজিৎ - নচিংবগী ক্লাসিকেল পরম্পরাবু খোঙ্গল মুৎতনবা থৌদাঙ য়ারিবা ২১ শুবা চহীচাগী অহানবা দিকেদ অসিগী মনুংদা রিভাইবেলিস্ট অমা ওইনা থোরক্লিবা কবি শামুঙৌনি। মহাক রোমান্তিসিজমদা থাজবা আইদেলিস্ট অমনি। পুন্নমকসিগী মথক্তা ক্লাসিকেল সাহিত্যদা খোর্জে পায়রিবা ক্লাসিসিস্ট অমনি। শুপচিন্ননা হায়জরবদা - কবি শামুঙৌদি কাব্য ইগদবা অশৈবনি। মঙোন্দা কবিত্ব শক্তিগী প্রতিভা লৈ। *সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা* - কাব্যগী অরোয়বা শরুক্তু মখা তানা ফোঙলকপা তারগদি - ঐখোয়না অশৈবা অসিগী কাব্যগী অশেংবা মচরিৎ অমা লেপ্পা ঙম্লগনি। নোংমদি শোয়দনা কবি শামুঙৌগী মফম অমা মণিপুরী সাহিত্যগী কাব্যগী ঈচেলদা য়াওবা ঙম্বা ঈশ্বরনা পীনবিসনু!

আশির্ব্বাদ পীজরি।

(ডা. শরতচন্দ্র লোঙ্‌জোম্ব)
এক্স জেনরেল সেক্রেটরী
কলচরেল ফোরম মণিপুর

শিংজমৈ, ইম্ফাল
তাং ২২/৮/২০০৭ ইং

# অহ্বগী কলমদগী

প্রকৃতিগী তম্পাক্তা নোংমা নোংমগী হোংলক্লিবা চীং, পাৎ, তুরেল অমদি অকোয়বগী শক্তমদা লমদমসিগী থৱাই কোটি কয়ানা অৱা-অনা মায়োকনরি। য়েলহৌঙেগী ৱারী শীংবুনশিংগা শগোন্নরক্লবা লমলক্কী থৱাই কয়ানা চীংশাং লম্মৈগী মৈশা খাগুলি, লৈফম চাফম লৈরক্তবগী অৱাবা নংলি; হূগী মশক ওইরবা পাৎ, কোম, তুরেলদা তাউফিং তাউফিং ঈরাকনরি। পুন্সি মমী ইশাম শান্না অরোইবা পুংজা ঙাইরি। অসুন্না অৱাবগী ঈপাক্তা ঈরাক্রদুনা পুন্সি য়াচংলক্লবা শা-উচেকশিংগী মরক্তা অথোয়বনি-ঐখোয়গী শঙাই।

থাইনদগী শঙাইগী নোয়-নোয় লাওবা হকচাংগী তোংশাবু কল্লকনরকই, মাগী মচী চীরোংবু মীহৌনরকই। মাবু উরুবদা কনা অমতনা লেমনা থাদোকনিংদে, কলক-মীহৌবগা লোইননা হাৎতোকপিবতা মথংই। অদুগা, মীওইবগী মীশিংনা ঈশিং ঈচাউগুন্না হেনগৎলকপগা লোইননা চাওখৎ থৌরাংগী খোঙজেলসু য়াঙখৎলকই। উমং-ৱামং কোকশিল্লকই। লমহাং-তুমহাং মাঙশিল্লকই। ঈশিং-নুংশিৎ মোৎশিল্লকই। লেপতনা হোংলক্লিবা ফিভমসিগা চাশিন-চুশিন্ননা হিংবা ঙম্বা মীরৈবাক্কী শা-উচেকশিংনা ঐখোয় ইরক্তা চংলক্লি। মপান মরা তানা লৈবা হৌরক্লি। অদুগা মফমসিগী থৱাই কয়ানা চীংদগী তমদা, তমদগী চীংদা য়ুমহোংনরি। মখোঙ য়াঙবা কয়ামনা মণিপুর থাদোকনরি। চীংলোন লান্নরি। মাংলমচৎতা মণিপুর তম্পাক্কী চীংখোঙ চীংয়া শিনথুংনা লৈরম্বা শঙাইগী লৈফম-চাফম অশুম অশুম পীকশিল্লক্তুনা কৈবুল লমজাউদা অরোইবা চংজফম লৌখি। 'কৈ কিনা চেল্লগা শওম ওকনৈ', মফমসিদসু অৱাবদা অৱাবা, মাবু অদুমক ওৎপিরী, নৈবীরি। হৌজ-থেংখাঙ কয়াগী ঈশিং ঈচাও, ফুমদি মৈহৌ- লাংপোক্তা শঙাইনা লৈরক-খুল্লক্তা চেনশিল্লুই। মতমদুদা মখোয়বু কনবীবগী মহুৎতা হাৎতোকপীবনা অয়াম্বনি। মরম কয়াসিদগী শঙাইগী মশিং জর-জর হনথরক্তুনা ১৯৫০ অদুৱাইদা মণিপুরদা শঙাই লৈত্রে, খোঙ্গুল মুৎখ্রে হায়নখি। মতুংদা, ইনতরনেসনেল য়ুনিয়ন ফোর কনজারভেসন ওফ নেচরনা কৈবুল লমজাউদা শঙাই ১০০ মুক লৈরম্বা থেংনখি। নুমীৎতুদগী মফমসি শঙাইগী লৈফম ওইরকপনা ১৯৭৭ তগী নেসনেল পার্ক ওইরে। হৌজিক মফমসিদা শঙাই ১০০

মুক অদুগা ভারতকী জুশিংদা ১০০ রোমগা লৈরি। করিগুম্বা মরম অমদগী মখোয় খরসিনা হেক মাঙখিবদা পৃথিবীদগী শঙাই খোঙ্গুল মুৎলে হায়নরনি।

শঙাইনা থাইনদগী ঐখোয় ইরক্তা লৈদুনা ঐখোয়গী অশেংবা লল ওইরক্লবসু ঙসিদি মহাক পৃথিবী অপুম্বগী ওইরে। মাবু ঙাকপি-শেনবীনবগীদমক্তা পৃথিবীগী কাচীন কোয়াদগী মীৎয়েং চংনরক্লি। শেলগী মতেং, পাঙ্গল থৌনা কয়া পিনরক্লি। শঙাইবু '*মণিপুর ষ্টেট এনিমেল*' ওইরগসু ঊরীষাগী নন্দনকানন্দা '*স্পেসিস ওফ দ য়ার*', মাইসুর জুগী ১০০ রকশুবা মপোক নুমিৎতা '*ওৱার শঙাই*' বৃতিশ ইয়ারৱেজনা '*কোনজার্বেসন ওফ য়োর শঙাই ইজ নাও ওৱার বিজিনেস ওলসো*' হায়দুনা ইকায়খুম্নরি। অসুক পাকচাওনা মীৎয়েং চিংশিনবা ঙল্লিবা শজিনি-ঐখোয়গী শঙাই।

রাশী-গুন চংখোন্না, চিংলেম্না ফজবা শজি মখল খন্নরকপদা ঐখোয়গী শঙাইবু কন্নানসু চিৎথনিংলমলোই। লাবাগী তিঙদা য়াঙদা চুম্না চুং-ফিরান চাবা মতৌ, ঙাংলৈনবা কাঙচেৎ কুচুদা য়াঙলেন কোরী চেল্লিবা, পীশুম মথক্তগী হৌরকপা মানবা মচীনা কোথক্তা থা মচেৎ শারিবা চীরোং, কোইরাওনবা মীৎকি তথক-তথকপা মীৎয়েং, থোক-থোক নোম্বা ফুমথক্তা খুমাঙ হোৎলগা খুদুং কাওরিবা লমজেল-পুন্নমক তশেংনা শুমহৎথনিঙাইনি। অসিগুম্বা মহাক্কী শক্তমবু য়েংনিংলকপা, মিতারকপা কুইরে। ১৯৭৫ দগীনি। মতমদুদা শঙাই জুরা অমা-অনি চীংমৈ চীংয়াদা তরক-তরক্না খাজিল্লগা থম্বীরম্মী। মীয়াম্না য়েংনবনি। মনিং-মখা তম্না লৈজনিংবা মখোয়বু অফা-অপুন্ননা থম্বীরম্বা নুংঙাইরুদে। মখোয়বু উরুবা অদুনা অমুক্কা হেন্না পুকনিংদা অকনবা ইহুল পীরক্তুনা শঙাইবু হেন্না হেন্না নুংশিরকই। থমোয়দা তাখিবা মমীদুনা চহি ২০ মুক্কী মতুংদা শঙাই (১৯৯৩), শঙাইনা ঐখোয়বু ঙাইহৌরি (১৯৯৬) কৌবা লাইরিকশিং পোকখি।

কৈবুলগী নারক্তা তুমিৎ, কাং, কাকফৈম্না চওম শারিবা ফুমথক্তা শঙাইগী তথক-তথকপা মীৎয়েংনা মওল-মওল খলহনখি। মাগী মীৎয়েংগী অর্থ খঙনিংখি। ফাইরেলগী অঙাওবা লৈচিলগুম্না ঐগী ৱাখলনা চহি ১৫ রোম কৈবুল লমজাউদা কোইপাই পাইরুই। নারক শীংলক্তা চংলুই। চীংমৈগী উচাল মরক চীংমায়দা নুমিৎ চুপ্পা ফমলুই। মহাক থোরকপা ঙাইরুই। উন্নরকপা নুমিৎতা মাগী মীয়েংগী ৱাহং নম্বোনরগা হল্লকখি, উন্নরক্তবা নুমিৎতনা 'করি তৌরবনো' নিংবা কায়খি। খোংচৎ কয়ামসু পাবোৎ চীংদা মাবু থিরুই, তোয়াদা ঙাইরুই। খোঙচৎ কয়া ফুমথক্তা কুমদুনা মাগী খোঙ্গুল লিরুই। ফুমদিগী তানথা খঙহৌদনা ফুমদা পুৎথবা য়াওখি। খুউ, খ্বাং য়ৌনা লৈখোমদা পুৎথখিদুনা কাখৎপা ৱাখি। মরাইবক থিরবা শঙাইদো, মখোয়সু ঐগুম্না অৱাবা নংলমগনি। চিংখৎপিনিঙাই লৈতবদগী পুন্সি লোমখিবফাও যাওামেনি। চৈরকসিদা, শাদানবগী লাংনা ফাবীগদবগী

তানলুম্বসু ৱাৎতে। অসিগুম্বা অৱা-অনা, খুদোংথিবনা শৌ-শারবা মফমসিদা শঙাইনা লেল্লমগদবা পুন্সি মরেলদু মীৎতা শং-শংনা উই।

চহি কয়া চংনা হংজা-চৎচরুবা, থিজিনজরুবদগী সনামানবীগী মীৎয়েংগী অর্থ মশেম-মরাং উরকই ঃ

"সনামানবীগী মীৎয়েংদো! ৱাহৈদি য়াওদে হায়ববু ঙাংথোরকপা লোন্দগী হেন্না ময়েক শেংই। থমোয়দা চৈনা ফাওহল্লি। মহাক্কী কোয়রাওনরবা মীৎস্নাগী হীরাগুম লুরবা মীৎনহা অনিনা অশাংবা পা মরক্তগী তথক-তথক্লা য়েংলকপা মীৎয়েংদুগী অর্থ সমুদ্র ঈমায়গুম ঙমখৈ নাইদে। নোংমদোল লৈচিলগুম ৱাখল মওল মওলহল্লি। শাদানবগী তেন্না পাল্লবা উচেক অমনা হৈমুল ফারবা উহৈনা লৈপাক্তা থরো কাংদ্রুম ওনবগুম ওনগনি অদুগা, সনামানবীগী মচিল থৌরবা মীৎচি তেন্না থমোয়দা লেংখ্রবা মহাক্তুনা অয়ো চৈনাদি ফাওদনা ফুম্বংননা লেপকনি। মোনালিসাগী মীৎয়েংগা মীৎচানরুবা কনানা, মথমোয়গী পাওখোঙ ফোঙদোকচৈ-কপথোকই, নোকথোকই, হরাওবা ফোঙদোকই, শাওনিংবা উৎথোকই। অদুগা সনামানবীগী মীৎলমদা তারুরবা মহাক্তুনা শাওনিংলম্বা তোকখি, নোকনিংলম্বা কাওখি, হরাওলম্বা লেপখি, কপনিংলম্বসু মাঙখি, মশাগী মথমোয়দা তাশোন্না চক-চক থিন্না মীৎ অনিমক পাঙনা-পাঙনা অদুমক মঙলাকনৈ। মহাক্কী মফমদদি থাবল ফরবা অহিংসু খোইরাং-খোয়শাওনিঙাইনি, নোংয়াই ইচিক শুল্লকপগী অইংবনসু ওলাং-ওনশাওহল্লি। অদুগা, নিদ্রা লাইরেম্বীগী মচিন থৌরবা তেনসু ময়া কুম্লগা হন্দোকখি। তশেংনমক সনামানবীগী মীৎয়েংদা ঙাওরোইদবা কনামতা লৈরমলোই, লৈরম্লগদি মহাক্তু থমোয় পান্দবা নুঙগী শক্তম শোয়দনা ওইরমগনি।

সনামানবীনা উন্নরুবা মীপুম খুদিংদা লোনথোক্তবা মীৎয়েংনা ৱাহং কয়া হংদুনা লাক্লি অদুবু পাউখুমদি কনামতনা পিবীরমদে, ৱাখলগী পোৎলুমদমক কোকথোঙনরগা হনখি। পাউখুম ফঙহৌদ্রবসু মহাক্কী ৱাহংদি লেপত্রি, ৱাহৈনা থল্লবা কোয়রাওনবা মিৎস্না অনিদুনা উরুবা খুদিংদা য়েংলুই, পীরাংনা থুমহৎলবা মীৎলু অনিদুনা লাংতকননা হংবগুম তৌই-ঐগী ইরাল করিনো।"
- সনামানবীগী মীৎয়েং (১৯৯৮)।

নোংমা (ফ্রেবুয়ারী ২০, ১৯৮৩), চীঙমৈগী অৱাং-নোংপোকলোমদগী শঙাই লাবা অমনা মাংথারগা অমোম অমা অদুগা পিক্লিবা মচা অমনা তুংইন্দুনা চেল্লকপা উরুই। য়াম্না পাখৎনা চেল্লকপা মাল্লি। মতমদুদা চীংমৈ-তোয়াচীং ফাওনবা হিরম পাকনা লৈরম্মী, হৌজিক্তি শেংদোপীদ্রবা ফুমদিনা ইফুন ফুনখ্রে। শঙাই লাবদু ইৱা ৱাদনা হিরম লান্না চোংখি, অমোমদুনা ঈশিংদা তাশিল্লি (অমুক কাখৎলগা চেনখি), অদুগা মচাদু

হিরম লানবা ঙমদনা লেপতুনা লৈ (মতমদুদা মচাদু খোংব্রা হায়বা লাপমনখিবনা তাবা ফংদে, মমা কৌদুনা খোংব্রা হায়নদি খল্লি)। শঙাই লাবদুনা হিরম ৱাংমদা খরা চৎথোক্লগা লেপতুনা লৈ। নুমিৎতুদগী শঙাইনা মপাঙ ঙাইনা ঙাইনা লমজেলমিন্নে হায়বসি তশেংনা থাজখি। খুদোংথিরবা তানজা অসি ফাওবা পারী-পুরীগী হৈনবী শাজৎ কাওনদে। মখোয়না মীপায় খোঙজেল লমজেলসি চেল্লকপগী মরম ওইরমগদবা মাল্লি, নুপা অনিনা শীংজা মপুল কোকথোংনরগা থোকখিবা উই। থৌদোক্তুবু নিংশিংনা চহি ১০ গী মতুংদা 'ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু' মীংথোনবা রেদিও দোকুমেন্টরী (১৯৯২) অদুগা লাইরিক ওইনা (১৯৯৭) খুদোল তাজখি। ঙসিনা অমুক পুন্সি য়াচংলক্লবা শঙাইগী অরোইবা তেংথাখোল ওইনা লানথোকচরি - সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা।

শৈরেংবু ক্লাস নাইনা তম্লক্তবা ঐঙোন্দা লাইরিকসি ওইনবা শাগৎপদা ওনথোক্লা অৱাবা মায়োক্লখি। মতীক মগুন লৈরবা শজি মখলসিগী অরোনবা পুন্সি ৱারীবু করম্না শেমজিন-শাজিনগনি। লেংশিনগনি। করম্না পাউদমগনি? ফনমক ফজবা মচু-মচুগী লৈশিং ফংলগসু লৈরাংবীনা হৈজদবদগী জুম-জুম্বা লৈপরেং ওইবা ঙমলোই খনজবদগী কয়া ৱাজখি। অহানবদা খল্লুই, ৱারীগী মওংদা শৈথাসিরা? চেনা ফম্না য়াম্না ইরুই। চেতা মাঙলগা তোকখি। অদুদি, অদুদি ...? মতম কয়া অমুক হৌখি। ইং ১৯৯৯ দা কৈবুল লমজাউগী খাঙ-ঙথোং খুনিঙথেক হায়নবা মফমদা শঙাই অমোম অমা শাদানবগী লাংদা শিরম্মী। এনভাইরনমেন্তেল সোসিয়েল রিফোরমেসন এন্দ শঙাই প্রোতেকসন ফোরমনা শা হাৎপগী খোঙ্গুল লিরুই। শা হাৎপা ফাখি। অসিবা শাদু গারী ট্রক অমদা লৈগী দোলাই তোংহনখি। কৈবুলদগী ময়াই-লম্বী পরিং লাক্লগা সরকারদা ৱাকৎলম্মী। মতুংদা টিদিম লম্বীদা হল্লকই। শঙাইদু লৈতবগীদমক্তা ফোরমগী মীওইশিংনা থমোয় শোক্লা কপনখি। মরু শিৎনাননা কোকলগা অৱাবা ফোঙদোকনখি। থমোয় কায়রবা খোংচৎতু য়াওরুরগা হল্লকপদা তুম্বা য়াখিদে। ঙাওন-শাওনবা মরক্তা শঙাইগী অরোইবা তেংথা ঈশৈ ওইনা পুথোক্লবগী ৱারেপ লৌখি। শৈরেংগী মওংদা লাইরিকসি ইবা হৌখি - সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা।

লাইরিকক্কী ময়াঙদি উচিন-নাচিন্না শাগৎচরে, অদুবু হেন্না লুবা অমমুক মায়োক্লদৌরি। শঙাইগী পুন্সি ৱারীগা শাগোন্নবা ৱারী শীংবুন ময়াম অমা লৈরি। ইরমগী কয়ানি, মীরমদগীসু। কদ্রক-কদ্রক লাওবা বিগ্যানগী ৱাহৈ ৱাতানা মরোল অমা। মখোয় ময়ামসি করম্না লেংশিনগনি? চাশিন-চুশিন্নহনগনি? অৱাবদা অৱাবা, লাইরিক মচাসিমা পুথোক্লবা হোৎনবদা চহি কয়া হৌখিবা খঙহৌদে।

তুমা শুদবা অঙ্কা মশিং মরক্তা মঙা অদুগা তরেৎ *অনিসি ঐখোয়গী কলচরদা* য়াম্না নকশিল্লি। মীওইবগী হকচাং শাগৎপদা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক অমসুং অতিয়া হায়বা পোৎলম মঙা চংই। থৱাইসু মঙানি। মশিং তরেৎকীসু অদুমঙাই-চৈওল অমগী নুমিৎ তরেৎ, হেলোয় তরেৎ, লাইরেম্বী তরেৎ হায়নৈ। তাঙকক তরেৎ য়াওবা (শৈহৌ য়াওরগা) লাইরিকসি পরেং মঙা মঙানা পদ নৎত্রগা লমায় অমদা পদ মঙা মঙা ওইরগা (থৱাই মঙা) ৱাহৈ তাঙকক তরেৎ তরেৎকী (লাইরেম্বী তরেৎ) ঈশৈনি হায়না খনজবনি। শঙাইনা নাওপুবগী মতম মপুঙদা থা তরেৎ (নিপাল চংলকপদা মচা পোকই) অদুগা কদেংনা তোরবুংদগী ফারকখিবা শঙাইসু থা তরেৎ নাওপুরবী মমানি। লাইরেম্বী তরেৎ খুদিংগী অরোইবা ময়েক/ৱাহৈ য়ারিবমখৈ মান্নবা হোৎনজে। করিগুম্বা অশোয় অঙাম য়াওরম্লবসু ঙাকপিগনি।

লাইরিকসি ইজবগী মরুওইবা পান্দমসু মঙানি। পান্দম অমদা, শঙাইগী মশক খঙমিন্নাবা। ঙসি মালেমদা ফংলিবা শজি মখল ১০০ মুক্কী (মণিপুরদা ফংবা মখল মরি য়াওরি-শঙাই, খরশা, শাজল অদুগা শজি অঙাঙবা কৌই) মরক্তা শঙাইগুম্না চৎঙখোনবা অনি শুরমলোই। অদুঙৈ, ত্রেতা যুগতা সিতাগী থমোয় হুখি হায়নবা সনাগী শাজি অদুনা মঙোন্দগী হেল্লমলোই। অদুগা, মমান্নবা অতৈ শজিশিংগী মরক্তা মহাক্কা খ্বাইদগী হেন্না ফিভম শোক্লা হিংবগী মরেক-মহাও য়াওদ্রবী ওইরি। মণিপুর ব্রো এন্তিলর দিয়ার, দানশিং দিয়ার ওফ মণিপুর, এলদ'স দিয়ার, থামিন দিয়ার, পুম্নমক শঙাইগী মমীং ঙাক্তনি। অদুগা, *সর ভস এলদি এলদি* হায়বনা মহাক্কী বিগ্যানগী মীংনি। মীংসি থোন্নবা হোৎনবদা পারসি এলদ, গুথ্রি, মেকক্লিলেন্দনচিংবা বৃতিশ মচাশিংনা য়াম্না ৱাজখি। কোইচেন চেন্নখি (মরিশুবা তাঙকক)। শঙাইবু নুংশিজবা ঐহাকনদি মাবু সনামানবী কৌজে।

মণিপুর শঙাইগা শকমান্নবা শজি মখল অনিমসু মণিপুরগী ৱাংমদা লৈ। অমনা থামিন (বিগ্যানগী মীং ঃ *সরভস এলদি থামীন*) কৌদুনা ব্রমা (ম্যানমার) দা লৈ। অনিশুবা অমনা লা-মাঙ (বিগ্যানগী মীং ঃ *সরভস এলদি সিয়ামেনসিস*) কৌদুনা থাইলেন্দ, লাও, কম্বোদিয়াগী মফমশিংদা লৈ। শঙাইগুম্না মখোয় অনিশু অতাঙবা শজি অদুমক ওইরে। মাগী মাগী লৈবাক্কী আইনশিংনা ঙাকপি শেনবীরি।

মহৌশাদি মণিপুরদা লমলক্কী শা-উচেকশিং মরাং কায়রম্মী। অদুগা মতমসিগীনা মখোয় অয়াম্বা মতমগী খোঙলৈ নংদুনা অতাঙবা মখল ওইরে। মশক উখিদবা/খোঙ্গুল মুৎখিবসু কয়ামা। অদুঙৈগী পেংবা, থরাক, ঙাতোন, খাবকশিং মশক উখিদ্রে। তোকপা, পাইবং, মোইৱাংশাথিবী, হুইথৌ, কৈজাও, শামুশিং মমীংতা ঙাইরক্লে। মহৌশা নিংথমথাদা চাক্তাবা পাইরকলম্বা লমঙানু ময়াম অমা ঙসি মণিপুর য়ৌনরক্লে। য়ৌরক্লিবা খরগী

মশীংসু অঙকপা ফংনা হনথখ্রে (মঙাশুবা অমসুং তরুকশুবা তাঙকক)। লমদমসিগী শা-উচেকশিংগা শকখঙনবা হায়বসু লাইরিকসিগী পান্দম অমনি।

পান্দম অমদা অমুকসু অহল লমনশিংনা থম্বীরম্বা ৱারী-শীংবুন, পাউখোঙ, পাউরৌ-পাউতাক, প্রমান-পানথৈশিংগী বিগ্যানগী ৱাহনথোক খঙনিংলুই। খুদম অমদা (শৈহৌ), কৌব্রুনা লেমফু ..., লোক্তাক সনা তেঙ্গোৎ ... হায়নবগী বিগ্যানগী ৱাহনথোক করিনো? চহিগী নোংজুথা য়ৌরকপদা 'কৌব্রুনা কুমদম্বা' হায়নরিবসি করিগীনো? মহৌশাগী য়াওলদা খা-নোংপোক্তগী হৌরকপা সমুদ্রগী ঈশিং মনিল পুরকপা নুংশিৎনা মণিপুর য়ৌরক্তুনা কৌব্রুদা য়েরবা ওইরমগদ্রা? চীংগী তুরেলশিংগী মরক্তা বরাক্কী মশা-মরেং ওইরিবা ঈয়ে তুরেলগী ঈচেল য়াম্না কল্লি। তুরেলসি হুনথা হুনথা চেল্লি। মসিনা ঈশিং চাওরকপদা তুবৎ লাল্লুবা ঙমনদে। ৱারী অমদা লনগী মবেম্মা ফৌওইবী লাইরেম্বীনা কংলৈ থাদোক্তুনা চৎলগনি হায়। কৌব্রুনা ঈয়েগী ঈশিং য়েখৎতুনা ফৌওইবী লানবা ঙমহনখিদে ৱারীনৈ। মসিবু মশালুম্না ঈশিং মনিল পুরবা লৈচিলনা কৌব্রুদা য়েরগা নোং কন্না চুমনখিবদগী ঈয়ে তুরেল লাকঙম ফাঙমদনা ঈশিং চাওবগা মরি লৈনরমলোইদ্রা? অদুগা কৌব্রুদগী থক্তোরকপা লৈচিলগী শরুক খরনা খা পাংনা হুমখিববু ফৌওইবীনা খা লৈবাক্কী লোক্তাক য়ৌরকপা হায়নরোইদ্রা?

লমদমসিগী থোইদোক হেন্দোক্লা মোইরাংগী লোক সাহিত্য, শাইওন-লাংওন ৱারীশিংদা শঙাইগী মরুওইবদু শৈথাজবসু লাইরিকসিগী পান্দম অমনি। হিরমসিমক্তি চাংজৌ নাইদনা পাক-চাওই। ঐগুম্বগী ঈতিক্লা ঈপাকসী কুমলুবগী থৌনা লৈজদে। মপান্দা লেপ্লগা উরু-তারুবা খরা পাউদমজবনি।

থাইনদগী নিংথৌগী হিয়াং হিরেলদা শঙাই মকোক অদুগা হিনাওদা খুমন ক্বাকপগী মকোক হাপ্লগী ৱারী তাজরকই। মতীক-মগুন লৈরবা হিজন হিরাওগী ৱারী থেংনরুই। হৈত-হৈত অপংবগী ৱাখলনা লাম্বা ফংবা লুৱাংগী পুদাংকোইনা য়াওরৌ শঙাই ওনখিবা (অহুমশুবা তাঙকক), লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা কৌবা-ইঙেল চীংদগী উনিংথৌনা হি শাখিবা, লুৱাংঈ তুরেলদা অহানবা হিতোংবদা পুদাংকোইনা ওনখিবা শঙাই শরু হিথক্তা থমখিবা; মৈদিংঙু থৱানথাবগী মতমদা খুমনগা ঙাইওইনবা, অরোনবা লানফম অমদা মৈতৈনা খুমন ক্বাকপগী মকোক কক্লগা হিদা হাপলগা পুরকখিবা, পুন্নমক হাপনবা হোৎনজৈ।

অদুঙৈ, য়োইমোংবা-তাওথিংমাংনা কংলৈগী তু-খোঙ তেংখিবা (অহানবা তাঙকক), কাকয়েল মীঙম্বা কৌবা হিংচা-য়াইতম্বা উচেকপু মচিন-মনাওনা হাৎখিবা, উচেক্কী মশানা লোক্তাক ফৈনা থৎখিদুনা ঈশিং মৌখৎলকপা (ঈথিং কৌখিবগী ৱারী), খোইরিতাক্লা

শঙাইগী লৈবাক কৈবুল লমজাউ ফাওনা খোরদাক তুরেল তৌখিবা, লানফম অমদা কৈগুম কিনবা মৈতৈ নিংথৌ শোকখিবা/ফাখিবা মফমনি-কৈবুল লমজাউ কৌখিবগী ৱারীশিংসু মতাঙ মতাঙদা থেৎচিন্নবা হোৎনজে।

য়েলহৌঙেদগী লৈরক্লবা লোক্তাক পাৎনি। মোইরাংগী মতীক লৈরবা শাইওন-লাংওন পুন্নমক মহাক্কী তম্পাক্তনি। মহাকনা পুন্নমক খঙহৌই/উহৌই। কুমজা খুদিংগী শজিবু চৈরাওবা নংনবা লৈশাৎলিবা কোম্বীরৈগী লৈওন ৱারী মহাক শিং-শিংনা খঙই (মঙাশুবা তাঙকক)। মোইরাং লৈবাক কুমথি-কুমগাংদুনা অৱা-অনা কোকনবগীদমক্তা কদেং থাংজহনবনা তোরবুংদা শাফাবা চৎপা, চৎলমদাইদা মহাক্না তোনু লাইজিংলেম্বীদা কোম্বীরৈ চরোং পিরম্বা, কদেংনা তেরবুংদগী নাওপুরবী শঙাই ফারকপা, তোনুনা কোনুংগী লৈমা ওইখিরমদুনা শঙাই অমোমদু কৈবুলদা অমুক থাদোকখিবা, মহাক্কী মচা-মশুশিংনা ঙসিফাওবা কৈবুলদা লৈরিবা, ... লোক্তাক মাদি লোইনমক খঙহৌই।

অইবনা য়াম্না লুম্না খনজবা পান্দম অমনা, মতমসিগী জাৎ-কাঙলুপ মরক্তা য়েংথিনবা খায়বুং-খায়বুং তাবা কোকহনবনি। কৈবুল লমজাউ অদুগা লোক্তাক পাৎতা শা-উচেক ময়াম অমা লৈমিন্নৈ। কৈবুল লমজাউদা শঙাই, খরশা অদুগা লমওকশিং নুংশিনা লৈমিন্নৈ। লমলক্তা লৈমিন্নরিবা মখোয় ময়াম মরক্তা অমনা অমগী হক ঙাক্না চৎনৈ। লোক্তাক পাৎতসু অদুমঙাই। মফমসিদা উচেক মখল ২০০ রোম লৈ। মখোয়গী মরক্তা মফমসিদা মরুম মচা কোক্কুনা লৈবা কয়ানি অদুগা মতম মতমগী চাক্তারবসু কোঙ্গায়নি। নিংথমথাদা অৱাংথংবা পৃথিবীগী মফমদা উল মপাক-মপাক্না কুপশিনখিদুনা লৈফম চাফম লৈরক্তবদগী খরা শাফগদবা মফম থিরকপা উচেক ময়াম অমা লোক্তাক য়ৌরকই। শঙাইগী জগোয় য়েংবা লাকই, কৈবুলদা ইরম অমসুং মীরমগী উচেক ময়াম ইপুল পুল্লি (তরুকশুবা তাঙকক)। থৌদোক অমদা মীরমদগী পাইরকপা ঙানু খারানা খরা ফগদ্রা খন্না তৌরুবা থবক অমনা উচেকশিংগী মরক্তা মৈ হৌনা শাওনরকখি। ইরমগী উচেক, মীরমগী উচেকশিংগী মরক্তা নাকপাক-নাকপাক তান্নরক্কুনা উংখৎনরকখি। পুন্নমক খনথবা ৱাৎহৌবা, খৌজেংগী ৱাখলনা থোকহনবনি। ভাব তান্নরগা ইফা ফখি। মসিমক নৎত্রা ঙসি ঐখোয় খুনাইনা পামনরিবা ?

লাইরিক অসিনা খুই ওইরিঙৈদা সি আই কলেজদা মণিপুরিগী ওঝা ইবোপিসক নোংথোম্ব অদুগা এল সানোয় কলেজদা মণিপুরিগী ওঝা শরতচন্দ্রা নোংথোম্বা অনিনা থৱাই য়াওনা পাবীখি। বনালগী অরুম-অয়াং, ৱাহৈগী অথোৎ-অমেং কয়া তাকপিরকখি। মসিগীদমক্তা ওঝা অনিগী মফমদা শিংবা ঙমলরোইদবা লমন তোনশিনজরে। অদুগা লাইরিকসিগী কাচীন-কোয়া থুংদবা কয়া ইবীররুবা হায়জরুবদা হরাও হরাও য়াবীরকখিবা

কলচরেল ফোরম মণিপুরগী হান্নগী সেক্রেটরী সরতচন্দ্র লোংজোম্বগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

লাইরিক অসিগীদমক্তা কৈবুল লমজাউ নেসনেল পার্ক মনুং চংদুনা শঙাইগী খোঙনেৎ খোঙদাফম, অরোন-অথুপ পুক্সি মরেল য়েংবা ফংহনবীখিবা অমদি পার্ক মনুংদা ইতেং পাংবীখিবা ফোরেস্ট দিপার্তমেন্তকী মীওইশিংবু থাগৎচরি। থোইদোক হেন্দোক্না ইয়াম্বা শক্লবা শ্রী ওইনাম বাবুনা হিবান্দা তান থারগা শকখিবা খুলং/খুনুং ঈশৈশিং ঙসি ফাওবা কাওবা ঙমদ্রি।

লাইরিকসিবু মীয়াম মাংদা পুথোকচনবগীদমক্তা মশক শেম্বীরিবা লময়ানবা প্রিন্টর্সগী ইচিল ইনাওশিংবুসু ঙমখৈ নৈতনা থাগৎচরি।

অরোইবদা লাইরিক অসিনা মরম ওইদুনা মালেমদগী খোঙ্গল মুৎশিল্লক্লবা শঙাইগী মীয়ামগী পুক্নিং খজিক্তং চিংশিনবা ঙম্লবদি ঐগী হোৎনজমন পুন্নমক মহৈ য়াক্লে খনজনি।

নম্বোল, নিংথৌকাবা.
সেপ্তেম্বর ১০, ২০০৭

শামুঙৌ
( শামুঙৌ )

# ক্লবকী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | চহি কয়াগী মমাঙদগী (শৈরেং) | ১৯৯৬, | চীংশুবা শামু |
| ২। | কোরৌহনবগী অমুবা মঙাল (শৈরেং) | ১৯৯৭, | খাইদেম তোম্বা |
| ৩। | সুরগী লৈবাক্তা নোংমা (ৱারীমচা) | ১৯৯৭, | কুঞ্জো নিংঙোম্বা |
| ৪। | এরিষ্টোটলগী পোয়টিক্স (শৈরেং কলা) | ১৯৯৭, | বি. এস. রাজকুমার |
| ৫। | নোং নঙসু চুরখো (শৈরেং) | ১৯৯৮, | ধজমনি খোইনাইজম |
| ৬। | হনুবীদি হিংহৌরি (ৱারীমচা) | ১৯৯৮, | ইবোপিসক নোংথোম্ব |
| ৭। | অনৌবা মঙাল অমগীদমক (ৱারীমচা) | ১৯৯৮, | সালাম শান্তিবালা |
| ৮। | সনামানবীগী মীৎয়েং (ৱারীমচা) | ১৯৯৮, | ডাঃ কেঐচ শামুঙৌ |
| ৯। | লৈহাউগী লৈনম (ৱারীমচা) | ১৯৯৮, | শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা |
| ১০। | লোয়ালমগী বসন্ত (উপন্যাস) | ১৯৯৮, | এন. মংলেম |
| ১১। | খুঙ্গংগী ঈশৈ (শৈরেং) | ১৯৯৯, | লাইমুজম রামেশচন্দ্র |
| ১২। | অরিবা মণিপুরী সাহিত্য নৈনবা (অহানবা শরুক) | ১৯৯৯, | অহোংশাংবম তেজমনি |
| ১৩। | নুপীদা রাজনীতিগী শক্তি হেনগৎহনবা (ৱারেং) | ১৯৯৯, | তোইজম বিহারী সিংহ |
| ১৪। | থাজগী অমম্বা নাকল (শৈরেং) | ২০০০, | সলাম তোম্বা |
| ১৫। | মৈতৈ লমজা (উপন্যাস) | ২০০২, | এন. মংলেম |
| ১৬। | চিত্রকার (উপন্যাস) | ২০০২, | সলাম তোম্বা |
| ১৭। | কুশ কহুং পতংগা ঔর কথা এক গাও কি (অনুবাত) (শৈরেং) | ২০০৩, | মেঘচন্দ্র হৈরাংখোংজম |
| ১৮। | নোংহৌ (সোনেত সিক্যেন্স) | ২০০৪, | সলাম তোম্বা |

| | | |
|---|---|---|
| ১৯। | প্রকৃতিগী তম্পাক্তা (ৱারেং) | ২০০৪, ডাঃ খাঙেম্বম শামুঙৌ |
| ২০। | চোয়জাইনরবা লৈরাং (শৈরেং) | ২০০৫, চিরোম ইবোতোন সিংহ |
| ২১। | লৈরোল শাৎলে (শৈরেং) | ২০০৫, খাঙেম্বম ইবেতোন দেবী |
| ২২। | উমংলাই হরাওবদা অনৌবা মীৎয়েং অমা (নৈনবা) | ২০০৬, ইবোপিসক নোংথোম্ব |
| ২৩। | সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা (খণ্ড কাব্য) | ২০০৭, ডাঃ খাঙেম্বম শামুঙৌ |
| ২৪। | ভারতকী খনগৎলবা ফুঙ্গা ৱারীশিং (ফুঙ্গা ৱারী) | ২০০৭, খাঙেম্বম ইবেতোন দেবী |

# য়াওফম


| | | |
|---|---|---|
| ১। | শৈহৌ ঃ সনামানবী | ১ |
| ২। | কৈবুল লমজাউদা | ১৮ |
| ৩। | খোয়নৌ চান্নবীগা | ২৫ |
| ৪। | হিয়াং হিরেলদা | ৩৬ |
| ৫। | তামনা তামনখ্রবী | ৬৫ |
| ৬। | আশাগী মাঙলান্দা | ৭২ |
| ৭। | নুংশিবগী নুংশিবা | ৯৮ |

## শৈহৌ

# সনামানবী

১। চীংউ মতীক লৈরবা, মঙাল নোংথাং অয়াঙবা
লাইলক্তগী অথোইবা, লাইনিংথৌদি কুমপুবা,
থিরকপদা অহেনবা, লমদম-মা নিংথিরবা
খুনদিনফম লৈশেমনবা, ৱাতানাফম অরোনবা
নৎত্ৰা খুন্দা হানবা, কংলৈ লমদম নিংথিবা ?

২। নৎত্ৰা লমদম্না, মতীক লৈদা শোন্নবা
পৃথি ইমা লনওইনা, নোংথৌ পানা লাইওইবা
কুমগী নোংজু কাঙদনা, অইং অশা খায়রিবা
মহৌশা লাইরেম্বীনা, মোমোন মোমোন নোক্লিবা
ফজবগী নিংথিনা, য়াওরৌ শঙাই পোক্লিবা।

৩। চুমথাং মচু মচুনা, 'তিয়া পক্লা ঙাল্লিবা
খোংজোমনুবী তরেৎনা, থাগী লৈবাক ঙাল্লিবা
নোংথাং কুফেৎ কাফেৎনা, নোংচুপ চীংয়া ঙাল্লিবা
চীংথ্ৰাও পরেং পরেংনা, নোংপোক চীংমায় ঙাল্লিবা
সনামানবী শঙাইনা, কংলৈ শিন্না ঙাল্লিবা।

৪। লৈশেমঙৈদা মপুনা, তম্বা শিনথা পীখিবা
অতিয়াবু লৈশেন্না, হারাপানা য়ৈখায়বা,
মপু লুরুক ৱাখলনা, নোংথাংলৈমা পোকখিবা
লাইরেম্বীগী মীৎচিনা, হারাপাবু শুমখিবা
লমদমদুনি লাইয়াম্না, পাওশা ঈশৈ শকখিবা।

৫। *“য়াওরৌতগী শঙাইনা, মচী কেককরু থোক্তরি*
*ললহানপুংগী কাকফৈনা, মনা হুমাই সাতরি*
*তোকফমদগী ঙমুনা, খোইচু তোংলোং চিনতরি*
*কোংপতগী ঙাখানা, চেংলৈ কানক নক্তরি*
*শুক্লা মহৈ য়ান্দরি, য়াংকোক্লা মপাল সাদরি...”*

৬। মতম তরুক লোয়নবী, পুঙলোন তানথা কায়দবী
চীংনা পল্লোন পলোনবী, লারোল তরেৎ থাখুম্বী
নোংজু-নুংশা খায়রিবী, লাইজ ঈমায় নীক্লিবী
অশং চরৈ থোক্লিবী, থৱায় লিশিং য়োক্লিবী
মতীক ময়াই চেল্লিবী, কাংলৈপাকনী নুংশিবী।

৭। নোংদোল থৱান তরেৎনা, মাইচৌ তরেৎ পোকঙম্বা
কোরৌ তরেৎ শক্তমনা, নুংজেং তরেৎ ফাওঙম্বা
লাইরেম্বীদি তরেৎনা, মীৎকুপ-নাহুম শিংলিবা
খুজেং-পালোয়নদুনা, কোয়না লৈনা শংলিবা
লমদমদুনি কায়দনা, মহৌশাগী ললওইবা।

৮। ইরিল নম্বুল পরিংনা, খোয়রি লিশাং থারিবা
মায়কৈ মরি হাঙদনা, খোইয়ুম থোঙঙাকনরিবা
থাংজিং ৱাংব্রেন পনঙাকনা, মারজিং কৌব্রু পনশাবা
পাখঙবা লাইনিংথৌনা, কংলা মেন্দা ঙাক্লিবা
পোইরৈ লমনি নিংথিবা, অৱাৎ অপা লৈত্রবা।

৯। খোইয়ুম মতীক অমনা, ওইরি ’তিয়া, নোংদোলগী
খোইয়ুম মতীক অমনা, শেল্লি মালেম পৃথিগী
খোইয়ুম মতীক অমনা, হুল্লি নুংশিৎ মালংগী
খোইয়ুম মতীক অমনা, হাপ্লি মৈশা তাইবংগী
খোইয়ুম মতীক অমনা, পীরি লাইজ থৱায়গী।

১০। মালেম লৈশেম হানবীনা, লৈমরেল শিদবীনা
ইমোইনু 'হোঙবী কৌনা, তাইবং শিনথা কায়দনা
মীৎকুপ পুংজা তুমদনা, কৈদা শোয়খিনি খন্না
অৱা অনা কাউথোক্না, মপুগী শিনথা লুন্না
ঙাক্লি শকনাইদবীনা, লৈরক কোনশাং শিনথুংনা।

১১। লাইরেম্বী মীৎয়েং' মনা, কারি নোংহৌ 'তিয়াদা
ফুরা মথোল মথোলনা। মালং মীৎচি তানথাদা
হিতান্নরি লৈচিলনা, নিংথৌ তুরেন ঈচেলদা
চেংলৌ হেনবী নুজানা, চিংহী শম্বাল লাংবদা
শান্নবগুম ইরোইনা, চন্দ্রনদি হিদেন্দা।

১২। লাইরেম্বী থৌদা' মদা, লৈচিল শক্লোন হোংলকই
মুরা চীংদোল পরেংদা, চীংলাই পরেং থোরকই
নোংমাইচীংগী লুতোন্দা, দলাল মথোল শারকই
নিংথৌবাককী ঙমখৈদা, শামী-লান্মী লেঙলকই
শঙাইশেলগী লমজেলদা, হিরম লম্বী ইল্লকই।

১৩। মাগী মীৎয়েং অমনা, কুমশুরবী লৈচিল ওই
হামুক কাল্লী ওইরক্না, তুবী ময়ায় কারকই
নোংলিক পরেং পরেংনা, মালেম লিশাং থারকই
ঈরম-খোংলম কংদনা, ঈচেল ঈফাঙ নাইরকই
মহৌশাগী থৌশিলনা, থৱায়গী থৱায় হাপ্লকই।

১৪। মাগী মীৎয়েং অমনা, পা-নি নোংদোল তিয়াগী
মাগী মোমোন অমনা, মা-নি মালেম পৃথিগী
মাগী ইঙ্গিৎ অমনা, হাপ্লি মতীক থৱায়গী
মাগী খোঙথাং অমনা, পীরি ঈনিল হকচাংগী
মাগী শাথেক অমনা, ওইরি নিংশা তাইবংগী।

১৫। মালেম ইমা সিয়োমদা, তুমখুল্লিবা থৱায়শিং
লৈপাক লৈমা মথাদা, চাউজরিবা উপালশিং
উশা কারোং উফৈদা, মেৈল্লে লাংলি উরৈশিং
মতম পুংলোন তানথাদা, নোকচরিবী লৈরাংশিং
নোংদোল লাইজ ফংবদা, থৱায় হাপ্লে থৱায়শিং।

১৬। লাইজনুংদা লেমলৈনা, খুরক হাংদ্রে কংলৈপাক
ইঙা শৈশক হারিনা, পুমনিল-নিল্লে কংলৈপাক
পুংজা পুবী চেল্লানা, য়াকায়রক্লে কংলৈপাক
চীনুং উমং য়াওরৌনা, খৌশারক্লে কংলৈপাক
খোইয়ুম মাগী থৌরাংনা, ৱাৎত্রে পাদ্রে কংলৈপাক।

১৭। মায়কৈ ঙাক্লে লাইয়াম্না, মথৌ মঙম য়েনথোকনা
অৱাং ঙাক্লে মারজিংনা, চীংখ্যেদা নোংমাইচীংনা
মৈরম ঙাক্লে ইরুমনা, নোংপোক্তা শোরারেলনা
খাদা ঙাক্লে ৱাংব্রেন্না, সনাথোংদা থাংজিংনা
কৌব্রু ঙাক্লে লোয়ানা, নোংচুপ খোরিফাবনা।

১৮। লাইরেম্বীনি অহেনবী, ফৌগৈ লনগৈ চোলহনবী
অৱাৎ অপা লৈতবী, হায়জা খুদিং পীঙম্বী
কোরৌ মৈশা খুইদবী, অহিং মিশেল খাঙঙম্বী
কংলৈ থুংনা কোয়ঙম্বী, শাইওন য়াম্বী লাইরেম্বী
কোলোই নিংথি ফৌওইবী, লৈরি কংলৈ ললওইবী।

১৯। শাইওনবীনি মহাক্না, খোঙজেল ইন্না মতমগী
লাংওনবীনি মহাক্না, পলেম ওইনা মালেমগী
অপোকপীনি মহাক্না, চীংবুরোই তম্বুরোইগী
নাওকোনবীনি মহাক্না, তাইবং থৱায় পুম্বগী
নাওশুম্বীনি মহাক্না, পলেম ওইনা অহীংগী।

২০। ইমানি ইংতপ্লবী, ইচিক হুল্লা থাবলগুম
ইমানি পীনাহৈবী, কোরৌ মৈরা নুমিৎকুম
ইমানি চাংজৌ নাইদবী, থবানমীচাক লমদমগুম
ইমানি পোৎথাদবী, চীংনুং লাইজ ঈফুৎকুম
ইমানি নাওয়োকফবী, সমুদ্রা ঈরোননুংগুম।

২১। তলা উজাউ উরেলগুম, লোইনাইদবী লনগৈনি
অহিংগী থাবল্লেগুম, লৈনম চেনবী মহাকনি
থরো-থারিক-থম্বালগুম, লৈহী চেনবী ইমানি
কেতুকীদি লৈরাংগুম, 'খাঙকনবী অপোকপীনি
কালেনগী লৈপাকলৈগুম, থৌনাফবী পলেমনি।

২২। ফৌওইবী কৌবী মহাক্লা, প্রকৃতিগী শক্তমনি
মাগী শক্রোন শক্রোন্না, তাইবং মতীক মঙালনি
অশাও খাম্বী মৈশানা, নোংলৈ নুংশিৎ ওইবনি
নুংশি চানবী মীৎয়েংনা, ঈশিং কংফাল খায়বনি
অইং অশা চাংতম্না, পুক্কে লনখৈ লেপ্পনি।

২৩। নোংপোক চীংগারকপদা, নোংদোল কোরৌহনবনা
নুংতি নুমিৎ মতৌদা, মপু শিনথা কায়দনা,
ঙাল্লি য়াঙ্গোই শয়াঙদা, চুপ্পি লিশিং পায়দুনা
নিংথৌবাককী মকোয়দা, কোয়রুনবা শিনথুংনা
হাপলুনবা তাইবংদা, থবায় মতীক থাৎতনা।

২৪। নোংমা কোরৌ অমদা, ফৌওইবী লাইরেম্বীনা
খল্লকই পিবুকনুংদা, খোয়দৌ তিল্লাং য়োৎথনা
থারগে পামদ-পামদা, পোইরৈ লমদম নুংশিনা
খোইনৌ তরুক থানদা, তিন্নবা লুনা চান্না
মতম তরুক মীঙ্গৌদা, থৌগল্লিবী ওন-ওন্না।

**সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা.**

২৫। কৌশিল্লি নাপ্পাচিক্লা, খোইনৌ কনা ৰাৎতনা
লোয়নরিবী মিগুম্না, মীৎকুপ পুংজা কাঙদনা,
ৰাতানৈ চিল্লোকননা, থোংজাউ পোরোল লোনশিন্না
অহিং লিক্লা তাগুম্না, নাশোন পীক্লা তুমিন্না
চৎলসি চীংলোন লান্না, পোইরৈ লমদম থাদোক্লা।

২৬। ফৌওইবীদি লাইরেম্বী, মহৌশাগী শক্তমনি
মাগী শক্লোন তপলবী, কায়ফদবা মতমনি
খোইনৌ তরুক লোইনবী, ঋতু তরুক মশকনি
লৈনা-উংনা চৎলিবী, মালেম পৃথি খোঙচৎনি
'সিগুম নিতি কায়দবী, তাইবং থৱায় হাপ্পনি।

২৭। ফৌওই মতীক খঙলবা, মগুণ থোয়বা উরবা
লাইয়াম মায়কৈ ঙাক্লিবা, করি শোয়নি শেল্লিবা
য়েন্নৈ পোরম কায়দবা, মায়কৈ মায়কৈ ঙাক্লবা
থিনদে খক অৱাবা, উৎনৈ মথৌ খঙনবা
তাননৈ মীৎশিং-নাশিংবা, হোৎনৈ লম্বী থৎনবা।

২৮। ঙকপদগী ঙক্লবা, য়াম্বদগী য়াম্লবা
কুপ্পদগী কুপ্লবা, চাউবদগী চাউরবা
লুবদগী লুরবা, ৰাংবদগী ৰাংলবা
মম্বদগী মম্লবা, ঙানবদগী ঙাল্লবা
লোইবা খম্বা নাইদ্রবা, প্রকৃতিনী হক্লবা।

২৯। লোইনাইদ্রবা লিকলমবু, লোইনাইরিবা থৱাইনা
উফুল মরীক অমবু, মশক খঙদ্রি নচানা
তুংইনজগে পরিংবু, তিম্খং তুম্বৌ খংদনা
শৈথাজগে নগুণবু, লৈতোন লৈয়েং শেংদনা
শকয়ী মৈতাল ঙাকশংবু, খঙদবগুম অঙাংনা।

৩০। হায়রোইদ্রনে মসিনা, শৈশকলোইদ্রা অসুন্না -
কুমওন লিক্রম কায়দনা, সমুদ্র খোনবা মালংনা
হুমলকপনি পাক্তন্না, ঈপাক ঈমায় শিৎনা
ঈথক শাফু হৌরকনা, কঙফাল মায়কৈ তমলক্লা
পাইরকপদা উমুনা, চেনখৎপগুম ঈশিংনা।

৩১। কোরৌ মৈশা লাংলবী, লাইজা ঈপাক ঈশিংনা
মনিল তনওল ওল্লবী, খা নুংশিৎনা হুমদুনা
নোংদোল ফিজং খল্লিবী, লশিং মপোপ ফৌগুন্না
কৌব্রু চীংদা কারুবী, হিংচা শক্তম শাইওন্না
কৌব্রু মানা কুমদম্বী, হায়নরোইদ্রা তাইবংনা ?

৩২। নৎতব্রা মসিবুনা, শৈথানবা 'শৈবনা
লৈচিলগী য়াওল উনা, নুংশিৎকী মায়রম খঙনা
পাইরি লৈচিল মপৈনা, কৌব্রু মায়কৈ পাংলক্লা
পোইরৈ লমদম থাদোক্লা, চৎলগে চীংদোল লান্না
ফৌওইবী লাইরেম্বীনা, লনগী 'বেম লনলৈবীনা।

৩৩। কারক্লে লাইরেম্বীনা, ৱাংলা চীংদোল তমলক্লা
খোঙফম চেৎনা খোঙথাংনা, খউ-খুদক শনশানা
খুৎনা লৈশা খোৎতুনা, তুমনৌ পান্দোঙ লাম-লান্না
মায়থোং নোংজাবী ঙাংনা, থমোয় মীহুন হৌ-হৌনা
লানঙমদে চীং ৱাংবনা, পোৎথাই হুমাং শিনথনা।

৩৪। পাঙখকলোইদ্রা লৈচিলনা, য়াওল শুনা লুম্লদা
পাইঙমদ্রে, ৱাংমা লান্না, পনবু ওইরে লম্বীদা,
কুমশীং শুর নুপীনা, ৱানা লেঙঙম-শাঙমদা
শৌবগুম খুউ খুৎশানা, মাঙ্গোল দারী কাবদা
নোংবু ওইরে লৈচিলনা, য়েরে কন্না চীংমায়দা।

সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা

৩৫। নুঙশুক নুঙশুক নোংলি ওই, পরেং পরেং চীংমায়দা
ঈরম খোঙলম লিশিং ওই, ফকলাংগুন্না চীংমায়দা
মচুম তারা য়াইশা ওই, মুন্নরকপা চীংমায়দা
হিংচা য়াইতম শক্তম ওই, হুনথরকপা চীংমায়দা
ঈয়ে তুরেল ঈচেল ওই, নোংচুপ হারম চীংমায়দা।

৩৬। ঈরৈ কল্লম ঈচেলনা, মনিং তম্লি ঈয়েগী
নুঙবী নুঙজাও হুনথনা, ঈশিং চায়রি ঈয়েগী
লানবা ঙমদে কনানা, ঈচেল য়াঙবী ঈয়েগী,
হায়নদ্রা লাইরেম্বীনা, লানবা ঙমদ্রে ঈয়েগী
লম্বী থিংলে কৌব্রুনা, ঈচেল য়েনা ঈয়েগী।

৩৭। হরাওজরে কৌব্রুনা, নীংবা থুংলে খন্দুনা
খাক্লা নোক্লে লাইধৌনা, খুবাক প্রোক-প্রোক খুদুনা
খৌসারক্লে হরাওনা, থেংগৌ খোঙথাং হাপতুনা
পাঙখকলোইদ্রা মসিনা, কুম্বু তম্লে কৌব্রুনা
মীৎচী নোংথাং তেনকাপনা, অখাক অরাও থ্রক থ্রক্লা।

৩৮। তাইবংগী ফৌওইবীনা, পল্লে কোরৌ শিংবুন্না
চিন্তা পোৎলুম কোকথোংনা, তৌফম খঙদা নুংবংনা
মায়থোং লৈদা লুক্তুনা, মীৎলু পীরাং ঈহৌনা
খোঙবী লৈপাক তক্তুনা, খুৎশা খুজিল চীক্তুনা
লেপ্লে, চৎনি তুংইন্না, অরোল লম্বী খাপাংনা।

৩৯। ওইরোইদ্রা মসিবুনা, মশা লুম্না লৈচিলনা
চীংদোন লানবা ঙমদনা, থক্তোরকপা খাপাংনা,
শঙাইশেন্না পাইগুম্না, নিংথৌ তুরেল লান্দুনা
থবান মরক শমদুনা, পনথুং পোফম খঙদনা
মায়য়োন খোঙচৎ কায়দনা, ফৌওইবীবু কৌননা।

৪০। লৈত্রবা লাইরেম্বীনা, চীংলোন ঋাঙমা লানখ্রবা
ওইহৌরনি কংলৈনা, অইং অশা খায়দ্রবা
তুফক-তুফাই চন্দুনা, অমম লাংনা কুপ্লবা
অৱা মীকপ নৎতনা, হরাও মীনোক তাদ্রবা
কোরৌ থক্কী নুংশিৎনা, থৱায় মনিল য়াওদ্রবা।

৪১। ওইহৌরনি কংলৈ-মা, মকু নুংথিল নাহেবা
হিরোসিমা মীকুপ-মা, শবী চোলোম তৌরিবা
কুরু-ক্ষেত্রা লানফম-মা, লংজা ক্বাক্কা পামজবা
খেবচীংগী নুমিৎ-মা, লমহুই হুইথৌ শঙলিবা
খাঙেনফম মোংফম-মা, তম্নলাইনা হরাওবা।

৪২। ফৌগৈ লনগৈ চোল্লরোই, চেংগী চেংগৈ হাপ্লনি
নুমিৎ থক্তা ঙাল্লরোই, থাগী থাবল মল্লনি
হৈকোল হৈমী তম্লরোই, লৈকোল লৈমী কংলনি
শাবী-শানৌ খায়ররোই, নুংশি মীৎয়েং শাল্লনি
কোকিল শৈশক তাররোই, বসন্ত-ঋতু কংলনি।

৪৩। হৈকোল শংবা খোইনিংনি, লৈকোল শংবা খোইমুনি
লাইজনুংগী লেমলৈনি, ফৈরাথক্কী পোম্বীনি
হৈবোংনুংগী তুমিৎনি, লৈশৌবুংগী মুকথুনি
মালং পোকপী য়ুরাননি, চীংনুং ঈশৈ হারিনি
তাইবংগী থৱায়শিংনি, ঙম্না লোইনা মল্লনি।

৪৪। ফৌওইবী লাইরেম্বীনা, মায়ওল্লকপা খা-পাংনা
লাই অথোয়বা অনিনা, থাংজিং মারজিং কৌবনা
মায়থোং উরুমলাংদুনা, মীৎস্না মালেম লুরুক্কা
তানৈ করি তুমিন্না, নাশোন পীক্কা চেকশিন্না
লৈননবা ইমানা, কংলৈ লমদা লেঙদনা।

৪৫। অদুঙৈগী তামখ্রবা, কুমশিং কুমজা ননখ্রবা
ময়েক লারিঙৈ 'শেংবা, কংলৈয়েক্লা তোঙানবা
লৈরম্মী তম্বা 'থোইবা, শাগৈ পিবা অকনবা
নুমিৎকুন্না ঙাল্লম্বা, থাবাগুন্না লংলম্বা
মৈতৈগী লৈশাপাম্বা, মোইরাং লুমবুশু 'কনবা।

৪৪। নুপারক্তা অথোয়বা, লানশিংনৈ কিন্দনা
শয়েং থেক্লা মুক্লবা, পাম্বোম ঙানৈ ইন্ননা,
লাল্লু চোমায় লোকখিবা, লুমবুশুবু মৈতৈনা
লমদম-মা নিংথিরবা, নিংশিংনরি কাওদনা
'লোক্তাক' কোলোইনখিবা, পোইরৈ লমদা মৈতৈনা।

৪৭। নীংলকপদা পাঙথোকনা, মতীক লৈরা লাইনিনা
মপু মতীক থাগোন্না, তুবীগুম পুক্লিং চংনা
থোকলে লাইজা লেপতনা, চীংয়া ঈফুৎ থোক্লুন্না
তুখোঙ খুদিং ফাওদোক্লা, হিরা হীগুম তরুনা
থক্লে লোক্তাক লেপথুন্না, চাংজৌ নাইদ্রে ঈপাক্লা।

৪৮। ঈপাক ঈরং মতৌদা, ঈশিং পাম্বী হরাওরে
থরো থম্বাল খেঞোংদা, লিক্লা কাপলে ফজরে
থম্না কুপত ঈমায়দা, তোরবুং নুংশিৎ থুংলরে
মুনা মুনা মীৎয়েংদা, ঈথক জগোয় শারক্লে
চীংদুম চীংদুম ঈপোমদা, লাইরেম্বী লমুক্লরে।

৪৯। য়েলহৌঙৈদা লেপতনা, নোংখোঙ ফুক্লে লৈচিলনা
লংথরি নোংজু ওইনা, নোংলি খুরক হাংদনা,
তেনজৈগুন্না নোংলিনা, কপলি চীংমায় হন-হন্না
থুগায়রগে মতৌনা, তেনজৈ চাম্ম-চাম্মনা,
হন্দোরকই পাখৎনা, ঈঙাং তৈনা ঈশিংনা।

৫০। চীংমায়দগী ঈখেংনা, তান্নরকই লমজেলনা
তাংজ লিনগুম পাম্বক্লা, মরৈ হা-হা তমদুনা
থেক্লা খোয়না ঈরৈনা, খোংলম ঈরম হন্দুনা
কুমলকই তমপাক য়ৌনা, পোৎথাজৈ শ্বর হোন্দোক্লা
ঈতুঙলকই পাকতক্লা, ওইনখি লোক্তাক কৌনা।

৫১। চীংনুং মানুং পোকচবী, তম্পাক লমদা চাউজবী
তু-খোং-তুরেল মীঙ্গৌবী, শিংলি নাওরি শক্তম্বী
লৈনুং তিনগুম থেক্লিবী, তাইবং থবায় হাপলিবী
নম্বুল নম্বোল য়াঙ্গংবী, ঈচেল য়াঙনা লমজেনবী
লোক্তাক মানি নিংথিবী, ঈরম লিশিং তাকলিবী।

৫২। ঈশিং লোকফম মফমনি, চাংজৌ পাক্লা লংলিবা
লোক্লা তাকপা মফমনি, লোক্তাক কৌনা লংলিবা
পাৎকী-কোমগী মফমনি, ঈমায় চোন্না লংলিবা
থাংজিং শুমাং মফমনি, ঈশিংতনা লংলিবা
কংলৈ ঈপাক মফমনি, মীৎয়েং তাম্না লংলিবা।

৫৩। মালেম লৈশেমঙৈদগী, মতীক লৈনা ঙাল্লিবা
কুমজা কুমওন কয়াগী, নুংঙাইবসু উরবা
চীংউ অশাও মীৎয়েংগী, অবাবসু খঙলবা
শাফম-লানফম কয়াগী, চায়নাপুঙসু ওইখিবা
লোক্তাক পাৎনি কংলৈগী, চহি নম্বোনরবা।

৫৪। লেমফুমক্কি লবাইগী, নোংদোল পক্লা কৌব্রনা
খোয়দৌমকনি তাইবংগী, কংলৈ লৈয়োল কংলানা
সনা তেংঙ্গোৎ তাইবংগী, ঈপাক ঈরেল লোক্তাক্লা
কুমজা চাম্ম-চাম্মাগী, কুমশিং চাম্মা পুম্বিনা
শৈশকনি অশৈবগী, লৈরদৌবা মান্দনা।

সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা

৫৫। মৈক্লোলগা চুহিংনা, থুম্বা হেনগৎলকুম্না
ওৎলগা, হন্না হন্না, ৱাংলেন পুংজা কাংদনা,
কংলৈরোলগী ৱারীনা, পাথাং পুথাং লাল্লক্না
শৈশকুর লেপতনা, শৈদিন্নরগা পুন্না
হেনগৎলি লংবা ঙান্না, থাওমৈগুম মুৎনাইদনা।

৫৬। সাহিত্যগী পুক্কৈনি, মোইরাং লৈবাক লিরবা
তাবুনুংগী চরৈনি, ফিথুপ কায়দা নল্লিবা
লোইনাইদ্রবা লুবাকনি, লৌথোকপদা হাঙদবা
ফুদোঙলবা সনানি, মৈচংলা হেন্না লংবা
শিজিন্নদা মাঙবনি, কাঙখাথাংগুম তারিবা।

৫৭। মপোক লাঙওন লাঙওন্না, শাবী শানৌ পোকখিবা
য়েৎলোম ওইরোম কায়দনা, নুংশি মীৎচানখিবা
অপাম নুংশি থুংননা, থমোয় মহী চেনখিবা
লৈচাশেৎনা কায়ননা, থমোয় ময়ী চৎখিবা
লৈরোন চনখ্র মতম্না, লোক্তাক মানি খঙহৌবা।

৫৮। থমং খোঙজিন নিংথিবা, খোইয়োন শোয়বুং চীক্লবা
চীংঙু থাগোন্নখিবা, শারী নামুং শকখিবা
নুংশি মীৎচানখিবা, পামু চীল্লোক্লখিবা
হৈরাং চামিন্নখিবা, লৈরাং চীনমিন্নখিবা
লাংওন ৱারী নুংশিবা, লোক্তাক মানি উহৌবা।

৫৯। তাইবং লৈশেম মপুগা, লুনা চান্না লোয়নবা
লমখুনু চেক পোক্লগা, কুরু-কুরু শোনজবা
কুরু মানা থুপখ্রগা, লৈফম খঙদা ঙাওজবা
কংলৈ তম্পাক থারগা, থাংজিং লাইকোন পাঙখিবা
তিনখি থাংজিং কুম্মোগা, ঈপাক মানা উহৌবা।

৬০। শাদানবগী তেনচিন্না, থমোয় থুন্না থারবা
থব্রায় থাদৌ হকচাংনা, থরো কাংদ্রম ওনখিবা
তাইবং চেংজেন লোমদুনা, মপু লৈকোন হনখিবা
মাঙফদ্রবা থব্রায়না, শাবী শানৌ পোকখিবা
শৈশকনরি 'শৈবনা, ঈশাই মানা খঙহৌবা।

৬১। শাইওন ব্বারী তরুবা, থাবতনা ব্বাৎহৌনি
ফৌওইবীদি কৌনবা, পানথোইবীদি লাংওননি
অকোংজাম্বা লাইওইবা, নোংপোক নিংথৌ থব্রায়নি
হেজুনহা লমঙানবা, খাঙুথক্তা কেমখিনি
মরোল মরোল লোল্লিবা, লোক্তাক ঈশাই ব্বারীনি।

৬২। লাইরৌলেম্বী ব্বাখন্দা, হেনজুনহা পাঙ্গলবা
নোংয়াই ইচীক তাঙলৌদা, লমতা থাংজা তুংওইবা
খুন্দিনবীগী লময়াইদা, শারোই ঙারোই ওব্লবা
তিনমু ফৎত চিরোলদা, লাইমু খুৎতা তাখিবা
শানৌ মাদি খঙজদা, লোক্তাক মানি উহৌবা।

৬৩। থোঙারেলগী তালোইনি, তাইবং লক্তা শাইওনবা
য়াইদিং কোনু মীঙ্গৌনি, কোম্বীরৈগা লোয়নবা
লমগানবগা পাখঙনি, নুংশি মীৎচানখিবা
মপুরোইগী ব্বারক্নি, অমং য়াইথোং কুমখিবা
অদুঙৈগী ব্বারীনি, ঈপাক মানা কাউদ্রিবা।

৬৪। হাওবা-কোনু শাইওননি, থাংজিং কুম্মৈ য়াওরিবা
খম্বা-থোইবী ব্বারীনি, নুংশি চাংয়েং লময়ৌবা
অব্বাবগী মরুপনি, থাংজহনবা ফমনাইবা
লাইজিংলেম্বী শীঙেলনি, পীরাংলক্তা ব্বাইথুংবা
মল্ল-মল্লা সনানি, লৈনম শরা শল্লিবা।

৬৫। চাকপ্রম চনু শিলহৈবী, ৱাংলেননি পুংদিনহনবা
লৈরাংগুম্না তনৌবী, পাখঙ পুকনিং খোয়দাবা
নানবী ঈচেল তপ্লবী, লিকলাইগুম্না লুরিবা
য়েংদশিন্না মীৎলাওবী, পাখঙ লাকপা ঙাইরিবা
লাইজা ঈপাল লাংলিবী, লোক্তাক মানি খঙহৌবা।

৬৬। থুমখোং কংলে তোরবুংগী, থুমহী খোক্লে ৱারনি
লাইপাউ চেক্লে থাংজিংগী, লমজা অমা ইরাৎনি
ঈকং খোক্লে মোইরাংগী, ঙাশিং চাম্মা কৎকনি
ঙানবা-শাংলৌলেম্বীগী, পুন্সি থৌদোক ৱারীনি
লোক্তাক মশাইকোন্দগী, কুইর কুইর লংখিনি।

৬৭। য়াইথিং কোনু মঙলান্দা, নুরা থমোয় হুখিবা
খোয়োলঙৌবী শোইবুংদা, উন্নখি খোয়োল হাওবা।
নিঙোল মাগী হাকন্দা, হাওবা-কাওবা চায়নবা
হাওবা তিমেন তাদোন্দা, খুমন পুন্সি লোমখিবা
য়াইথিং মানা হাওবদা, লোক্তাক মানি খঙহৌবা।

৬৮। নুপালক্তা অথোয়বা, অঙোম মৈতাল অরাবা
কৈরেল কৈবল চন্নবা, খোইরেনতাক্তা কুমখিবা
পাম্বা শানি লৌশিংবা, নোংবান পুন্সি লোমখিবা
কোংয়ান থৱায় অচংবা, পিথাদোই শক্তমখিবা
থাদোই থাদোই কৌরিবা, লোক্তাক মানি তারিবা।

৬৯। পলেমমকনি লোক্তাক পাৎ, মচা চাম্মা পোক্লিবা
ইকোপ-খরুং-লফুপাৎ, লাইজা ঈমায় চোল্লিবা
পুমলেন-তাকমু-লাইশোইপাৎ, লেৈম্লে পুক্কে ওইরিবা
লৌশি-উত্রা-সনাপাৎ, পোম্বী চেক্লা ৱাৎতবা
ৱাইথৌ-ৱাইনু-য়াৱলপাৎ, লিক্লাং তম্ফা হৎলিবা।

৭০। তাইবং ফাওদ্রি থৱায়না, সিয়োমনুংদা মপোল্লি
শকউদবা থৱাইনা, লোক্তাক খোঙনুং য়াতারি
ঙারম লিশিং ৱাৎতনা, ঈরোলনুংদা শান্নারি
নিংথম উলেন খাঙদুনা, মীরম পোম্বী চাক্তারি
তুবানশাগী য়াওরৌনা, ফুমবাকথক্তা শান্নরি।

৭১। লমকেৎ লমহাই পুকলুবী, শরেং-পোরোম-ঙরাকনি
পেদৎননা পেহৌবী, ঙাহৌ-ঙানোই-থারাকনি
চীনহাইকন নাপনচাউবী, ঙাশেপ-ঙাক্রা-ঙাচিকনি
কংলৈ নাৎকা লোয়নবী, ঙানপ-ঙাতোন-খাবকনি
থাবতনা ৱাৎলবী, ৱাৎত-পাদা পুক্কৈনি।

৭২। লোক্তাক খোঙবান ওংজবী, লৈরি য়াওরৌ শকহেনবী
তাইবং মদোম ঙায়রবী, জগোয় হৈবী ফজবী
উরমক্তা উনিংবী, নিনি থাজ চীহৌবী
য়েংলমক্তা য়েংনিংবী, য়াওরৌলক্তা অথোয়বী
সনা কুচু লময়ৌবী, য়াওরৌ শঙাই মিঙ্গৌবী।

৭৩। মালেম লৈশেম লোয়নবী, শঙাই কৌবী মহাকনি
কংলৈ চনু শেংলবী, শঙাই কৌবী মহাকনি
নুমিৎকুম মঙাল চাউবী, শঙাই কৌবী মহাকনি
শাগৈ নাতৈ তামলবী, শঙাই কৌবী মহাকনি
মুৎলমদাই থাও মৈগুম্বী, শঙাই কৌবী মহাকনি।

৭৪। ৱারীনরি কংলৈনা, শঙাই পুন্সি তেল্লবা
শৈশকনরি নুংশিনা, শঙাই মিৎয়েং থক্লবা
শৈথানরি পামজনা, শঙাই খোঙথাং নোম-নোম্বা
পাউরৌনরি কাউদনা, শঙাই চীরোং নিংথিবা
শিংথানরি খোয়দানা, শঙাই শাথেক খোইখোইবা।

৭৫। শৈশকনিংলুই চঙখোন্না, লৈয়েং খৎপা হৈতনা
ফংনিংলুই থাজ খুৎনা, থীকনেম্বী খল্লুদনা,
চেননিংবনি কলম্না, চেবাংথক্তা নিংতম্না
য়াওরৌ মতিক উদনা, লৈশি লৈথোন তমদনা
পুংলোন খোঙকাপ ফাদনা, তানলম তানথা খঙদনা।

৭৬। নুংতি শিল্লম কায়দনা, নোংদোল খুরুপ থৌরিবা
মাগী মশেক মঙালনা, তাইবং থব্রায় হাপ্লিবা
মাগী মীৎয়েং মীৎয়েংনা, অইং অশা খায়রিবা
অঙান লম্বী থৎতুনা, পনথিংনি থৌরাংলুবা
পাঙখকনি মীৎতাংবনা, অমম্বদা তেনদম্বা।

৭৭। 'মুবা লৈচিল মপৈনা, পৈরসু নোংদোলশিন্না
নুংশিৎ লিশিং লিশিংনা, হুল্লবসু পুল্লপনা
সমুদ্রগী ঈথক্লা, হৌরক্লসু মীৎথক্লা
হিমালোয়গী চীংদোন্না, ৱাংলসু নোংদোল পকনা
অঙানববু থৎতুনা, থিংবা ঙম্লোই কনানা।

৭৮। নুমিৎকুম মঙাল চাওনা, য়াওরৌ মতীক অরাবা
লেংশিনজগে তৎতনা, লিক্লাং পরেং অহেনবা,
মতৌনি অঙাংশিংনা, চীংজাউ ফুকনি থৌরাংবা
ওইগনি খোঙতেকপনা, ফুদিৎতা মাজোঙ চোংবা
পাঙ্খকনি অঙাওবনা, মালংদা ফুরাশাবা।

৭৯। লিজগেকো হৈতনা, 'দুঙৈগী শঙাই ৱারী
লৈখল লৈশক খন্দনা, তোরবুংদা শঙাই ৱারী
লৈচু লৈনম থিদনা, কৈবুলদা শঙাই ৱারী
লৈনা লৈখোক য়েংদনা, কংলৈগী শঙাই ৱারী
লৈহী লৈবুক শোক্তনা, মালেমগী শঙাই ৱারী।

৮০। করি খঙদা ইজগে, হিয়াং হিরেল শাবগী
খোঞ্জেল থোক্তা লীজগে, পুকমেন পাওমেন্নবগী
লৈয়েং ফাইনা শকচগে, শাগৈ তাম-তামহৌবগী
ইকোক নোন্না শোনজগে, পীরাং-লক্তা তেংথাগী
নাশোন পিক্লা নোনজগে, য়েক্লা লাঙ্গোই চনবগী।

৮১। লেংজনিংই জুম-জুম্না, লৈরাং পরেং চোন-জোন্না
শকচনিংই শুর পান্না, তমনাগুম্না, নুংশিনা,
মপুঙ ফাদ্র লৈয়েংনা, শকঙমদে খোনথাং শুনা
কচ্চরী তোল্লবনা, সন্ধ্যাগী ঈশৈ কৌনা
লৎনবীনু পলেম্না, তোল্লবনি নচানা।

৮২। শঙাই কৌবী নহাক্কি, নতীক নঙাল নাইরিবা
শঙাই কৌবী নহাক্কি, অব্রা হুইজোং লাংলিবা
শঙাই কৌবী নহাক্কি, তনিক তনিক খাঙলিবা
শঙাই কেবী নহাক্কি, পুন্সি য়াচংলক্লবা
শঙাই কৌবী নহাক্কি, সন্ধ্যাই ঈশৈ শক্লিবা।

অহানবা

# কৈবুল লমজাউদা

৮৩। নিংথৌবাক্কী ময়োন্দা, ঙানলিগুম ধ্রুবতরানা
সমুদ্র ঈরোননুংদা, তরংলিগুম হিরানা
নোংমাইচীংগী লুরেলদা, ফিঙৌরিগুম লৈচিলনা
চীংউ থাংজিং লৈকোন্দা, শাৎলি সনা ফুদোঙনা
লোক্তাক ঈপাক খোংবান্দা, মোইরাং লৈবাক কৌবনা।

৮৪। নিংথিজবা লমদমনি, ফজবনা থল্লবা
লাইজ ঈমায় চোনবনি, লৈমলৈ ঙানা হরাওবা
য়েলাং কেঙোই লৈকোননি, ইমাশিংনা খোয়দাবা
হুপনৌ-কম্বোং মোমপাকনি, তুবানশানা পামজবা
ৱাংত-পাদা পেরেনি, অপাম খুদিং ফংঙম্বা।

৮৫। হায়নবদাই মফমসে, শকনবদাই অদুঙৈ
মতিক লৈদা কংলৈসে, সলাই নিংথৌ পাল্লিঙৈ
মায়থিফদে নিংথৌসে, শয়েং পাম্বোম ঙানাঙৈ
লোইপোৎ কারৈ লমদমসে, মৈতৈ মোইরাং নাইরিঙৈ
কংলৈপাক্কী মপুসে, কৈগুম কিনৈ মমাংঙৈ।

৮৬। ৱারীনরি কংলৈদা, মৈনা ৱাই তাঙনা শন্না
নমু তাইবং চীরোন্দা, মৈতৈগীদি নিংথৌনা
লোইপোৎ লৌবা চৎঙৈদা, খোঙলৌলকখি মোইরাংনা
শোকখি ঈহিং নাঈহিংদা, কায়দা থোঙলে লেংদনা
কৈবু পুরে কায়নুংদা, কৌনৈ ‘কৈবুল’ কাউদনা।

৮৭। চীক্লা নারক মোংশোংনি, মহৌশাদি ৱারীনৈ
মীওইবগী খুজিলনি, উমং ৱামং তেমশীংনৈ
'কনবা লম্মৈ মৈরীনি, উমং শানা মীপায়নৈ
লৈফম লৈত থৱায়নি, লোক্তাক মায়কৈ লানজেননৈ
লমজাউ কৈগী পুনফমনি, 'কৈবুল লমজাউ' মীঙ্গৌনৈ।

৮৮। পোম্বীরক্তা চাউদম্বা, চেক্লা লক্তা অথোয়বা
মচীন তেনজৈ তাদম্বা, খুজিল লোংখুম লাঙ্গোনবা
ঙাবু চাগে নীংতম্বা, মীবু ফাগে খাতম্বা
তম্পাক শীন্না কোয়ঙম্বা, চীংলোন লান্না পাইঙম্বা
চেক্লি কাকয়েল মীঙম্বা, থোইনা মঙাল নাইরীবা।

৮৯। কংলৈ নিংথৌ মপুনা, লৈবাক ৱাবা কোকনবা
মীঙম্বা মশা ককনা, লোক্তাক য়ায়দা থাদবা
খোইরিতাক পাঙ্গলবনা, ফুমদি ঈরম খায়খিবা
লোক্তাক ঈখায় পীদুনা, তুরেনচৌবী তিনখিবা
লৈরী ৱারী ৱাৎতনা, মীরোল মীরোল লাল্লবা।

৯০। মৈদিংঙু য়োইমোংবনা, শানৌতোন তাওথিংমাংনা
লাইগী মচা অনিনা, ৱাজৈ মীয়ামগী খন্না
কুমগী নোংজু ঈশিংনা, চেনথোকফম লৈরক্তনা
ঈরিরকপা তুংশিন্না, অৱা কোক্লা মীয়াম্না
ৱারেপনরে চেকশিন্না, তু-খোং তেংসি হায়দুনা।

৯১। শিনথা পীনৈ শোইদনা, মচিন মনাও অনিগী
ঈরিন তুরেন মরুনা, য়াকাফম পাখঙবগী
শানৌচা য়াইহৈতোন্না, থৌবাংনি কোকলেন্দগী।
ঈ-অহল ময়াম্বনা, কৌবা ঈ-মরুদগী
লিরেল পোপতেক হায়দোক্লা, ঈতিনফম-ফাও ময়ামগী।

**সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ** নুংশিবগী নুংশিবা

৯২। খুৎশু থাংলেন পায়দুনা, য়োৎলৈ নোংথাং কুপলিবা
লৈশা চাম্মা শিনপাংনা, পাখং চাম্মা শিনশুবা
লৈরী জগোয় শাদুনা, লৈপাক লৈনেৎ হাপ্লিবা
লৈবাক মপু নিংথৌনা, শিনথা পীরি শোয়দবা,
নমু তাইবং ৱাৎতনা, য়াৱা উচেক শুরিবা।

৯৩। শৈশকই খৌজেং নান্না, থারুক কৌবী উচেক্লা
ঈশৈ তানথা চাননা, তুম-তুম পুংয়ৈ উথুম্না
খোনথাং নিকনা লাউদুনা, হরাওই কৌদ্রুক চেক্লা
শীন-লাংই কোইচেন চেন্না, শোঙাইরাবা কৌবনা
য়ুবু য়েল্লি ৱাৎতনা, মোংবা চেক থেংগ্রাবীনা।

৯৪। চীৎথদরে চেক্লাশিং, কংলৈ শীন্না নিনবশিং
লোইবী চীংদা য়ারেকশিং, লাংমৈ মৈহুম শাপানশিং
তম্পাক শীন্না পাউজেলশিং, চরোই তেতু কৌনশিং
ঈরোননুংবু পামজশিং, উমু-উরেল হায়নশিং
ঈফৈথক্তা কায়দোংশিং, ৱারক-শেন্দাং খরংশিং।

৯৫। লাক্তে চেক্লা তুনানবী, কুচু ফিজোল নোংজাবী
মপাঙ কনা তিনদবী, নারক মোঙশোং পামজবী
কোকিলগুন্না লৌনম্বী, থমোয়দা হূ-ফুমঙম্বী
ফংখি চৈরাক হক্রবী, তুরেল ঈশিং থক্তবী
নোংগী ঈশিং খৌরাংবী, কোলোইনখি নোংগৌবী।

৯৬। হায়না ৱাবু হোংদনা, তুতেংলকপা অনিনা
মৌবী ৱাপল নমখায়না, শামু চাম্মা চৎকুন্না,
উম্নৈ মতম কায়দনা, পম্বোম খিঙ-খিঙ চোক্তনা
লমদমদুদা পুল্লপনা, নুমিৎ থানা থোককুন্না
ঈতিল্লিবা ঈচেলনা, ঈরিল-লিলোং কৌননা।

৯৭। পাউদমনরে অনিনা, তারা চয়োম চামিন্না
ৱারেপনরে নৌহৌনা, শিনবাঙমিনসি লোয়ননা
মখা তাবা ঈচেলনা, মচিন মনাও খুৎশন্না
শিনবু পাঙনি চেকশিন্না, লোইদ্রিফাওবা লেপতনা
ৱাই কৌবা হায়নদনা, লৈবাক ৱানা লুমলুম্না।

৯৮। চাওদম শাঙদম শাবান্না, লাংবন উচীখোয়গুম্বা
নুজা ওইবী কন্নানা, পায়মা খৈনা মীতাবা
নিঙোল কাদা চেকশিন্না, মাগীতগী ওইনিংবা
শোক্লুবদা নুংশানা, কাগদৌগুম পামুবা
তম্বদুনি চপয়ুংনা, শিনবু পাঙনি থোক্লিবা।

৯৯। উরুবদা মীয়াম্না, লৈরাং 'নিগুম তনৌনা
থরক হুক্লে মীপাইনা, মচিন মনাও নুংশিনা।
কাকয়েল মীঙম্বা চেক্লা, শনাচীংগুম চাউথোইনা
মশা লমখন শাখপনা, নুংতি নুমিৎ কাংদনা
চাক্তারি লৈরোল খোন্না, মীকিদে লাইকিদনা।

১০০। ঙাংনহৌই খোয়রাঙনা, চৎখিদবা পামুইদা
পনথৌ ওইবশীংদুনা, পারীগুম্না নুংশিদা
পলেম লেঙ্গা ওইবীনা, ঈথক হৌরক খোল্লাংদা
মশুং মমান্নবনা, পাবোৎ শনগুম লম্বাদা
ঙমনা শোন্নে নুংশিনা, পীরাং শিনথৈ মীৎলুদা।

১০১। লাইরেল মচিন-মনাওনা, শঙাইশেনবু ফানবা
শাফা লাংবু তিংদুনা, নোংদোল লম্বী থৎলুবা
লাইগুম্লবা উচেক্লা, শামু তরা পাঙ্গলবা
লাংগী লাংমীৎ থদৎনা, কাকয়েল মানা পাইখিবা
পাঙ্গল থোক্তে মীয়াম্না, য়েংনহৌই মীঙম্বা।

## সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা

১০২। ইরাকনরা কনাবু, কনবীগে মতাগুম্না
ৱাজরিবা লাইরেনবু, উবীরে লৈমরেলনা
খুশু থাং য়াইওইবীবু, পীনবীরে নুংশিনা
তেবী তেনজৈ য়াঙবীবু, চানবীরে শিদবীনা
হাৎঙমলকউ কাকয়েনবু, নানথবীরে খুৎশানা।

১০৩। থৌবাংলকপা খা-পাংনা, নিংথৌ মচিন মনাউনা
কোরৌ মৈশা কীদনা, হকচাং হুমাং ঈরুপনা,
করি মতৌনো 'সিনা, 'মুক্তা থোক্ত খোঙচৎনা
থুংলরিবা মম্বনা, নুংথিল মতম লোইদনা,
উয়ুঙগুমলে শানৌনা, মীৎতি পাঙনা মঙ-মঙনা।

১০৪। খুদুম শীঙই শাওনিংনা, করিগীনো মহাক্লা
মতম খোঙলৈ থুগায়না, কোরৌ মনীং তম্বোইনা,
নিংশিংলকই শানৌনা, অদুঙৈদা কাউদনা
কাপখি হায়বা পীবানা, খ্বাই নোংজেং কৌবনা
নুমীৎ অমা তেনদম্না, মপু অমা লোইশিন্না।

১০৫। তাউহুইরেংদি অহানবা, অহিং মপু মওইবা
নুমীৎ সনা অতোম্বা, নুংথিল লৈঙাক মপুবা
নিংথৌ অনি পাল্লিবা, লৈবাক অমা লেঙদবা
অমগীসু শীনথাবা, অমগীসু শীনবাংবা
ৱানৈ লৈবাক থৌপুবা, মপু অনি পেন্নবা।

১০৬। তেনবু শারে নোংজেংনা, লাংমাইচীংগী ৱাহলনা
থাংজা তরেৎ থাগোন্না, হূবু চোৎলে তেনচিন্না
খুকাপ তম্বী হন-হন্না, শোয়বা য়াদে অমুকনা
লিরী চীংই খিঙ-খিঙনা, য়াইশা লাকঙম পাম্বোম্না
মোমোন নোকচৈ পীবানা, শিনথা পাঙনি শোয়দনা।

১০৭। অঙান পুংফম লোইদুনা, লাক্লবদা য়াচঙনা
থোরকই তাউহুইরেংনা, মায়থোঙ লৈকা হায়দোক্লা
মতৌদুদা নোংজেংনা, খাঙবা ঙমদে শাওনিংনা
মীৎয়েং কারল লাক্কুনা, কাপ্লে নিংথৌ ফাওরেংনা
অৱা কোকলে মীয়াম্না, পীবা থৌনা লিংজেলনা।

১০৮। ৱাখল লমুক্নরিবা, শানৌ মচিন-মনাউনা
উরকই শাখপলিবা, মীঙম্বা কৌবা চেক্লা
তানফা ফাখি য়োইমোংবা, ঙারাকপী ঙা লাককুম্না,
ময়াম্বগী ৱাজবা, য়াইহৈতোন তেলহৈবনা
ককখি মশা পাক্লবা, তাখি লোক্তাক ঈথিংনা।

১০৯। পনবু ওইরে মশানা, কাকয়েন মাগী শাইরুংনা
ৱাংখৎলক্লে ঈমায়না, জর-জর লেপতনা
কুমগী নোংজু ঈশিংনা, লমজেন্নগুম মাঙথানা
শান্নরক্লে হরাওনা, খুল্লক থুংনা কোয়দুনা
কনা করি য়েংদনা, অৱা তারে মীয়াম্না।

১১০। খোইরিতাক্তি লাইওইনা, লৈবাক ৱাবা কোকনবা
নোংজু নুংশা সেপতনা, খুৎসু থাঙলেন পায়খিবা
ফুমদি ফুমশাং কক্তুনা, ঈরম পরীং নাপখিবা
কৈবুল লমজাউ লমখায়না, লোক্তাক ঈখায় পীখিবা
লৈরি ঈরম তরংনা, খোরদাক মরিল কৌনবা।

১১১। মরেপ ওইরি খা-ৱাংনা, কৈবুল লমজাউ লমদমনি
তীঙদা য়াঙদা চপচানা, তোঙ্গা নুজা শাবাননি
ফজবগী ফজনা, মায়থোং থাজ মকোয়নি
চরৈ মখল মখলনা, মতম তরুক হোংবনি
তুরেল চৌবী কৌবনা, নুজা ফিগে ফীবাননি।

**সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা**

১১২। থাঙ্গা চীংনা তুংয়ান ওই, কৈবুল চীংনা লেমফুনি
তোয়া চীংনা খোয়দৌ ওই, মুকাপ চীংথি শমব্রুনি
পাবোৎ চীংজাউ থবাক ওই, লফুপাৎনা থাখুমনি
চীংমৈ চীংনা নীংদু ওই, থাংব্রেন য়াঙবী খ্বাংচেৎনি
খোরদাক ঈরম ঈচেল ওই, শঙাই লৈবাক লাইফমনি।

১১৩। গুন খিবীক্লা লৈতেংবী, কৈবুল লমজাউ মীঙ্গৌবী
লাইজ ঈপোম হৌরিবী, ফুমদি তাঙথক হারিবী
তৌ কম্বোং তুবুমনবী, শিংউৎ খোয়মোম শমওইবী
লেমলৈ ঙারম শুরিবী, পোম্বী চেক্লা ৱাৎতবী
লমদমনি মতীকলৈবী, অপাম খুদিং পিঙম্বী।

১১৪। লমদমসিদা অরোইবী, চংজফমনি তাঙলবী
মালেমদা তোমথিন ওইবী, হিরালক্তা য়াইওইবী
খোইমু খ্বাংজেং শাবানবী, থম্বৌ হেরা পুমবুম্বী
নোংথাংলৈমা শক্তম্বী, তথক-তথক মীৎয়েংবী
য়ামজেল মৈরা মম্লবী, য়াওরৌ শঙাই শকহেনবী।

১১৫। ইচীক হুলা অহিংনি. তাইবং থৱায় শুল্লিবা
পাবোৎ চীংজাউ তময়ানি, শঙাই মদোম লেল্লিবা
তোয়া চীংগী নাপোমনি, য়াওরৌ হিক্লা কপ্লিবা
নাকেনথাগী ঈশৈনি, তেংথা-নাওই শক্লিবা
লকানুংগী পীরাংনি, থাবল ঈপোম কায়রিবা।

১১৬। শঙাই কৌবী নহাক্তি, নতীক নঙাল নাইরিবা
শঙাই কৌবী নহাক্তি, অৱা হুইজোং লাংলিবা
শঙাই কৌবী নহাক্তি, তনিক তনিক খাঙলিবা
শঙাই কৌবী নহাক্তি, পুন্সি য়াচংলক্লবা
শঙাই কৌবী নহাক্তি, সন্ধ্যাই ঈশৈ শক্লিবা।

## অনিশুবা

# খোয়নৌ চান্নবীগা

১১৭। থায়নদগী শঙাইনা, লমজাউ খোনবা নারক্তা
তিম্ফা কাকফৈ য়াওন্না, তুমিৎ কাঙগী মরক্তা
কুমগী ঈচাউ খাঙমিন্না, পাবোৎ তোয়া চীংথক্তা
য়াওরি ঁমসু নুংশিনা, য়াইহিপমিন্না তৌরক্তা
লমওক কৌবা তাইবংনা, নুংঙাইজবা ফুমথক্তা।

১১৮। লমগী থব়ায় মহাক্কি, অশাও শক্লোন লময়ৌবা
লৈমায় খোৎনা হিংবনি, পাননাও শীংনাও মীতাবা
শামু য়াইশা পাঙ্গলনি, তৌগে হায়বা তৌঙম্বা
তাইবং লৈশেম য়াওবনি, মতীক ময়াই লৈরবা
লমওক, শঙাই ইমুংনি, কৈবুল লমজাউ ঙাক্লিবা।

১১৯। তাইবং য়ুমথোং কাউদবা, শোন্নরি শকউদবা
শ্রীহরি অচুম্বা, অরানবগী য়েক্লবা
জগৎ মপু লাইওইবা, পোকখি হায়না ওক ওইবা
লানবীনবা য়াইতম্বা, হিরন্যাক্ষ হিংচাবা
কনবীনবা মীওইবা, লাইয়াম ব়াবা কোকনবা।

১২০। নোংহৌ ঙম্বা কুচুদা, মতু তুম্বৌ তুবানবা
লফু লেম্ব্রা নাতোন্দা, চিম্বাল শরৈ শাঙম্বা
কোরী ঙাংবা মীৎয়েংদা, ময়া শঙ্গাই থাংওইবা
য়াংলেন লৌরী পরিংদা, তিম্খং তুম্বৌ পরেংবা
শক্তমসিবু উবদা, অকি অখণ্ড মীপায়বা।

সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা

১২১। শীংথানরি তাইবংনা, মতীক ময়াই লৈবনি
পাম্বা মরৌ লৌশিংনা, মীকোক চাম্মা পাঙ্গলনি
মায়োক্নবা লানফমনা, থৌনা লৌশিং হাপ্পনি
কোনশঙ চংলা থাংগুম্না, হেন্না মথৌ শংবনি
শামু লাক্লে চেন্দনা, কৈরেল কৈজাউ থুকপনি।

১২২। য়েলহৌঙেদা শঙাইনা, খোঙদাদ্রিঙৈ কৈবুলদা
লৈজরম্মী নিংতম্না, লোইবী চীংখোঙ চীংয়াদা।
নমু তাইবং খুজিন্না, ইংনা চীক্লা লৈঙমদা
শাগৈ নাতৈ তামহৌনা, খোঙ্না পুবা মফমদা
লৈখি চংখি তুমিন্না, অনৌ পুন্সি য়াওন্দা।

১২৩। তাঙলৌদুদা সনাদা, কনা হন্না লৈত্রবী
মীপায় চাওবী তুনান্দা, কিনা তথক য়েংলিবী
ফুমগী তাঙথক তানথাদা, খোঙকাপ খোঙফম চুমদ্রিবী
লাইজ ঈপাক ঈরংদা, মীৎয়েং ঙাওনা তুরিবী
কোনবীখিবা মথাদা, লমওকনি মবুংওইবী।

১২৪। শিনৌ লশিং থোৎলবী, শঙাই কৌবী মহাক্নি
লৈনাগুম্না তনৌবী, চোয়নৌ সনা কুচুনি
জগোয় চাম্মা উৎঙম্বী, য়াওরৌ খোঙকাপ খোঙথাংনি
কোয়রাও মীৎয়েং থক্লবী, নোংথাংলৈমা মতীকনি
য়েংলিমক্তা উনিংবী, য়াওরৌ চেংলৌ হেনবীনি।

১২৫। য়াহৌ ঙনবী নহাক্লা, অয়ুক য়েন্দা মাংওইনা
চীন্দমলিঙৈ হরাউনা, কম্বোং মনৌ পামজনা
চঙলকপদা লমওক্লা, ওক থু-থু শাওরংননা
য়াওরৌ খোঙফম লেংদনা, লৈবদি নাচুংদনা
মচিন মৌপ্পা ওইদুনা, কিদবরা নহাক্লা?

১২৬। লমওক কৌবা নহাক্না, হানৌ উরু ফুকলিঙৈ
শিংউৎ কম্বোং মোনখাংনা, উরুম লাংনা উইরিঙৈ
লৈখোম লৈনাং লৈওন্না, থরো কাংদ্রুম ওল্লিঙৈ
সনামানবী তুনান্না, ননাক নকনা চংলকঙৈ
লৈথোকপদি তুমিন্না, হায়নখিব্রা মমাংঙৈ।

১২৭। থাবুম থাচেৎনরিবা, পলেম ফৈবমনরিবা
সনা পারি চাউদ্রিবা, হংঙা মীকপ তোয়রিবা
পলেম মানা শুমলম্বা, খোঙদোইরমদাই চীন্দবা
নঙনা মীৎয়েং নাথৈবা, লৈবননো করম্বা
নুংশি লীপুল চেৎলবা, তৎনা থানা য়াদবা?

১২৮। হৌরক লীখুল তিন্নদে, তুরেলগুমই মালেমগী
শক্রোন শক্তম মান্নদে, লৈরাংগুমই লৈকোলগী
শাজৎ চাকচা পুল্লুদে, লেমলৈগুমই ঈনুংগী,
অদুবু, ৱারৌনদে, থৌদাগুমই মপুগী
নুংশিনৈ থাদোক্লদে, মীওইগুমই ইমুংগী।

১২৯। খোইয়ুম চীংউ থৌরাংলা, শঙাই লমওক পোকখিবা
শাবী শানৌ থৱায়রা, ৱাশক পরৈনখিবা
হকচাং মিগী মতৌরা, থৱায় অনি চান্নবা
নুমিৎ থাগী মতৌরা, মতীক মঙাল হাপনবা
উপাই লৈত্রা মশেল্লা, ফুমথক য়ারেকমিন্নবা?

১৩০। নৎতে কৈবুল লমজাউসে, লমওক নাপলখক্তগী
নৎতে ফুমদি ফমপাকসে, শঙাই সনাখক্তগী
নৎতে ঈপাক নারকসে, ঙানু থংগোংখক্তগী
নৎতে চরোৎ লাংদোনসে, উরিৎ চরোইখক্তগী
য়াওরিবনি লমদমসে, খরশা কৌবী য়াওরৌগী।

সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা

১৩১। খরশানিদি পিক্তকপী, শঙাই মাগী চান্নবী
ফুমদিথক্তা তেনকাপ্পী, নারক শীংলক পামজবী
খোঙথাং তনাপ তনাপ্পী, খোঙজেল য়াঙগে য়াঙম্বী
ঈপাই চাউবী তথকপী, মরু লুক্সা লমজেলবী
মানি কুচু ফোল্লাওবী, কাংচেৎ মচী চীংরোংবী।

১৩২। শঙাইগুম্না তুশোন্না, খরশানি নাওশোল্লবী
ওইরমই মাসু চাউনা, শাগৈ নাতৈ খুৎকনবী
কংলৈ চীংয়া শীনথুংনা, পোইরৈ তময়া লৈতেংবী।
ওইরে মাসু ব্লাৎতনা, মতম চৈনা ফংলবী
তাইবং মীওৎ মীনৈনা, চীংনুং লমদম থারবী।

১৩৩। লাংলেন থদোই থোইবীনা, মনাই সেনু চানবীগা
ইঙেল হারি খোনথাংনা, খোংজোমনুবী থরায়গা
থাবল ঈথক ঈপোমনা, চীংনুং উচেক নোংইনগা
নোংমাইচীংগী শজিক্কা, খেবচীংগী থাবাগা
লৈমিন্নগুম লোইননা, চান্নে শঙাই খরশাগা।

১৩৪। অদুবু, খোইনৌ ওইবী, নোংদম মাগী নোংদমদা
য়েক্লা লাঙ্গোই চল্লবী, মায়কৈ মায়কৈ খুদিংদা
চাংজৌ ঈথুমলক্লবী, নখোয় লোৎফম কদায়দা ?
ফংলিবরা চীক্লবী, লমদম-মা কৈবুলদা
কল্লক খম্বল লৈত্রবী, মতম মাগী য়াওন্দা ?

১৩৫। পাম্বোম লিশিং পান্দুনা, মীৎয়েং লিশিং উরিবী
খমনুং কিকোই শক্তন্না, য়াওরৌ শারম থৎলিবী
মাগী মোইথেম ঈশৈনা, থমোয় হুনা কৌরিবী
ময়া লাওনা কাদুনা, নখোয় য়োৎকে ঙাইরিবী
ময়োকননি করম্না, মতম কৌবী লৌনম্বী ?

১৩৬। মতম পাম্বোম অমনা, খুৎশু থাংলেন পায়দুনা
থৎখ্রে, মায়কৈ শীন্দুনা, লেপখ্রে য়েক্লবা ওইনা
থাকখ্রে, লাং চেকশিন্না, লাংমিৎ লাংখোঙ হোদনা।
মায়খোঙ তিঙক তিঙক্লা, মীৎলু পীরাং ঈহৌনা
খাঙজহৌবা নৎতনা, করি ওইনি নখোইনা?

১৩৭। নুংশুক নুংজা লেপ্লিবা, মায়খোঙ লৈচিল কুপশিন্না
মীৎফম-উফম কুৎলিবা, অহিং মিশেল খাঙমননা
চায়রুং ময়েং তারিবা, চারা লিশিং হেনমননা
শঙাই মতৌ উরুবা, লৈবা ঙমদে খরশানা
অৱাবদা ৱাবীবা, খোইনৌ মতৌ ওইবনা।

১৩৮। হায়জরকই খরশানা, "শঙাইও পুকফরবী
মালেমদা নদোম ঙাইনা, তোমথিন থৱায় ওইরিবী
ফুমগী তানথা কায়দনা, জগোয় খুৎথেক উৎঙম্বী,
নোংগৌবীদি চেক্লানা, কুমগী নোংজু ঙাইগুম্বী
নঙবু উনিং মালেমনা, ঈখৌ লাংনা থিরিবী"।

১৩৯। "খরশাগীদি লোয়নবী, নুংতি খুদিং ইতানা
তুফক তুফাই চল্লিবী, নতু ইপোন পোন্দুনা
মায়খোঙ থাজ মক্লিবী, চীম্বাল য়ারী খ্রক-কংনা
মীৎলু পীরাং হৌরিবী, চিন্তা পোৎলুম কোকথোংনা,
হায়বীয়ুনে চান্নবী, অৱাবদু তশেংনা।"

১৪০। "য়েলহৌঙৈদগী লুনা, তিন্নরকপা থাদনা
নপুক ইপুক খঙননা, থমোয় থমোয় হাংদোক্লা
নঙগী ৱাবদা ৱানা, পুক্লিং হকচাং মনথনা
নতেঙ ইতেঙ পাংননা, লৈমিন্নশি লেঙদনা
ৱাশকনখিবা চেৎনা, নতানি খরশা ঐনা"।

সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা

১৪১। "হৌজ থেংখাং কয়াদা, ঐগীদমক ইতানা
যেক্লা মায়রোং য়াবদা, ৱাবীখি খঙনা খঙনা,
নচা ইচা কুন্দৈদা, য়েংমিন্নখি নোকমিন্না
য়োংলে মেলৈ নাইনদা, লৈমীন্নখি নুংশিনা
তেংবাংজগে ইতাদা, হায়য়ু উনবী হাংদোক্লা"।

১৪২। "থমোয়নুংদা ওমলিবা, মৈগী চীংগুম ফুমদুনা
মৈহৌদুনা চাক্লিবা, মৈরিবুদি থোক্তুনা
চৈনা চৈথেং পীরিবা, খুৎফম মমী তাদনা
ফোঙদোক্তুনা কপলিবা, কনা খঙদা খোইনৌনা
পাউদমবীয়ু অৱাবা, ৱাৎপা করি লৈতনা"।

১৪৩। "তানিং তামাং ওন্নবা, তাইব ং খুজিল থৌরাংনা
লেপ্পা কৌবা লৈতবা, ঈথৈ লৈঙোই হাগুম্না
ঈগী ঈচেল লেপহনবা, শিংলি নাওরি থদৎনা
হূগী নোংবু চুহনবা, কুমগী নোংজু কাঙহননা
মখোয়তনা থোকহনবা, খঙজসনু মখোয়না"।

১৪৪। "থাংঙমদবা পোৎলুমসু, য়াংই পুমিন্নরগা
ওল্লি ঈশিং মনিলসু, নোংদোল ৱাংনা কারগা
পুক্লি হাপ্পী ঈচাওসু, তুরেল ঈখায় পীরগা
হেল্লি শজিক মহাওসু, তান্ন-তন্না চারগা
ইতাই থমোয় মৈচাকসু, ইঙ-ঙমনি লীথোক্লগা"।

১৪৫। অৱাবদা ৱাবীবা, খজাই লেংওন ঙাশিন্না
কপ্পদা কপমিন্নবা, পীরাং মতুম শিনথনা
নোকপা উরা নোকচবা, মায়থোং মকা লামথোক্লা
খোইনৌ ওইগী চানবীবা, খরশা মতৌ উবনা
কাউজে সনা অৱাবা, লীজৈ ৱারী নুংহিক্লা।

১৪৬। "পোক্লবা য়াওরৌ ওইনা, কংলৈ লৈহাও ঈশিংনা
খোঙজেল খুদিং মীপায়না, অকি অখঙ নানথোক্লা
মরক লেপ্লী শদৌনা, শ্বর পামফেল হোন্দোক্লুনা
খোঙথাঙ খুদিং ৱাদুনা, তুংহন য়েংই পাখৎনা
ইপাঙ কনা ঙাইননা, লমজেলমিন্নে লোয়ননা"।

১৪৭। "লোয়নরকই হৈনবা, পারী পুরী তৎতনা
ইপাঙ ঙাইনা ঙাইনবা, অৱা অনা কাওথোক্লা
ইতৌসিবু কাউদবা, উরগা কংলৈচানা
'করি য়াওরৌ ওইরিবা', হংনৈ কোকচুংশিন্ননা
উৎখি ঐবু নুংশিবা, য়াওরৌ শঙাই মিংথোন্না"।

১৪৮। "লোইবা খম্বা নাইদবা, ঐগী অৱা ৱারীনি
নুঙসু ৱারী তারবা, থমোয় মচেৎ কায়গনি।
অতাউ ফুমথক খোঙথাংবা, য়াওরৌ ঐখোয় অনিনি
ঐগীদমক ৱাবীবা, নুঙসু পাঙ্গল শোনবীনি
মতম খোঙলৈ নংলিবা, নুঙসু লাইবক থিবীনি"।

১৪৯। "লাইজ ঈরং কুপলিবা, কৈবুল ফুমদি মোমপাকনি
লাইজ ঈমায় লেপলিবা, চীংদুম চীংরোই কয়ানি
লাইজ ঈশিং পামজবা, অশং অমান লমপাকনি
লাইজ ঈপাল লাংলিবা, পোম্বী চেক্লা লিশিংনি
লাইজ ঈনুং চাক্তাবা, লেমলৈ মখল মখানি"।

১৫০। "ঐখোয় থৱায় কন্দৌবা, কংলৈ ইবুং ইপ্পানি
মখোয় লৈরা লৈদৌবা, শঙাই ঐগী পুক্সিনি
মখোয় লৈত্রা মাঙদৌবা, শঙাই ঐগী থৱায়নি
মখোয় মীৎয়েং চানবীবা, ঐনা নুংঙাই য়াফনি
মখোয় ঐবু শাওরবা, থৱায় কম্বী ভৌগনি"।

১৫১। শঙাই অহিক তেংথানি, পীরাংরক্তা পীহৌই
কোইরাওনবা মীৎসনানি, পীরাং থুন্না পারকই
চেনথরকপা পীরাংনি, খজাই ঈরম নাইরকই
য়েংহৈদ্রবা মায়থোংনি, খরশা থমোয় নৌরকই
পলেম মমা মতৌনি, শঙাই পুকনীং ফারকই।

১৫২। "ঐখোয় শজি চাম্মানি, মালেম শিন্না লৈরিবা
পোইরৈগীনা মরিনি, কংলৈ থুংনা চেল্লিবা
শাজল, শজি অঙাঙনি, চীংনুং মানুং পামজবা
শঙাই, ইতা তোমথিন্নি, ধ্রুবতারা শক্তম্বা
য়াওরৌলক্তা সনানি, চেংলৌ হেন্না হেল্লিবা"।

১৫৩। "ইতাই হৌফম কংলৈনি, লৈশাৎফমসু কংলৈনি
মপু মাগী খুদোলনি, কংলৈ শক্তম নহাকনি।
নঙগী মীংলেন পোইরৈনি, মায়চৌ পুয়া ৱারেপনি
তাবুনুংগী ৱারীনি, মরোল মরোল মরোলনি
চীংলোন লান্না লানগনি, মালেম শিন্না শক্কনি"।

১৫৪। "পুজগেকো খঙদনা, মীওই ৱাহৈ থুম্লবা
লুবদগীসু লুনা, ৱাখল লাম্বা য়ৌদ্রিবা
পাকপদগীসু পাক্না, নোংদোলগুম্না শল্লিবা
ফজবগী ফজনা, লাইরৈবাকপু ওইরিবা,
য়াওরৌ ইতিক নৎতনা, তাইবং লোনচৎ খঙদ্রিবা"।

১৫৫। "লীজগে ৱারী অমা, শৈশকনবা মীরোন্দা
কাউঙমদ্র থৌদোক অমা, শীংথানবা মালেমদা।
খনজগে শজি অমা, মঙালগুম্বা মীৎলমদা
খ্বাইমক্তে হেনবা অমা, মরোল অছুম পুম্বদা
আপসরাগুম্বা অমা, শিনৌ ইতা নফমদা"।

১৫৬। "ত্রেতা যুক্তা শাইওনখি, জগৎ মপু রামওইনা
তাইবংলক্তা তিল্লখি, মপানিংবা রামওইনা
অধর্ম্মবু মাঙহনখি, ধর্ম্মা ঙাকপা রামওইনা
বালি নিংথৌ লানবীখি, লানবীহৈবা রামওইনা
অশোনববু ঙাকপিখি, সিতা পতি রামওইনা"।

১৫৭। "হিংচাবগী হিংচানি, রাবন নিংথৌ কৌবনা
মীনা লাইনা কিবনি, হকচাং খৈনা তুজুংনা
মরোল অহুম নিংথৌনি, মীৎ-তাঙলবা নাপলনা
শামু য়াইশা তেবনি, মাগী মীৎয়েং অমনা
নুংশিৎ খোঙচৎ থৈঙমনি, সনা লঙ্কা মপুনা"।

১৫৮। "মচল-বেম্মা মতৌনা, লঙ্কা ইকায় নংলিবা
খাঙবা ঙমদে মহাক্না, সনা তাঙবল ফল্লিবা।
ৱাখল অনি লোঙদনা, লমন খুন্নি খল্লিবা
লান্দা থৌবা রাবন্না, শিদ য়াইবু পায়রিবা
উন্নে কনা খঙদনা, মারিচা কৌবা হিংচাবা"।

১৫৯। "ময়া হৈবা লাইনিংবা, মারিচানি হিংচাবা
অপাম খুদিং পাঙঙম্বা, মারিচানি লৌশিংবা
লঙ্কা পুকচেল খঙলবা, মারিচানি অথোয়বা
ফৎত লৌশিং উরবা, মারিচানি লৌনম্বা
রাবন, সিতা হুহনবা, মারিচানি থৌশিনবা"।

১৬০। "মারিচাগী ময়ানা, সনা শজি শক্তম্না
মচু মচু মীৎথক্না, পুক্লিং হূনা ফজনা
শান্নারবা হরাওনা, তপবোন্দা নীংতম্না
উরি উনা হাইদোক্না, জানককী পুক্লিং হুনা
নিংথিরমদ্রা মহাক্না, শকহেনবী শঙাইগুম্না"।

সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা

১৬১। "নঙগী তঙাং কুচুনা, নুজা লৈহাউ পাঙ্খকনি
নঙগী নোমহৌ শাজৎনা, নুজা খোঙথাং শাথেকনি
নঙগী তিঙদা-য়াঙদনা, নুজা ফিশা তেমগুমনি
নঙগী কোইরাও মীৎয়েংনা, নুজা মীৎচি তেনজৈনি
নঙগী লুরেল চীরোংনা, নুজা পিশুম থাজনি"।

১৬২। "নিংথিজরবা থেল-মা, নহাক্তক্তি য়াওদবা,
পাঙ্খক ওইনি লানবন-মা, নোংমৈ তোপতি লৈতবা
পাঙ্খক ওইনি কোনুং-মা, হৈকোল লৈকোল হাঙলবা
পাঙ্খক ওইনি মোঙফম-মা, শারোই-ঙারোই খুৎলিঙবা
পাঙ্খক ওইনি অহিং-মা, শজিক থাবা থোক্তবা"।

১৬৩। "মাঙখ্রবদা নহাক্লা, কাঙখুল মুৎনা কংলবা
ওইহৌরনি কুবেরনা, পুক্কে লনগৈ হাঙলবা
শোরারেনগী লৈবাক্লা, নন্দন-কানন লৈত্রবা
সমুদ্রগী লৈখানা, লিকোল মোইবুং থোক্ত্রবা
অৱাং উনলেল পোকপীনা, লুপা ফিরুক খুমদ্রবা।"

১৬৪। "তাজমহলগী নিংথিবা, তগুপ তরেং নুংঙৌনা
মোনা মোমোন ইংলবা, মীৎচি তেনজৈ তেনকাপ্না
নিংথৌ তুরেল তরুবা, থৱান পরেং তাউদুনা
মোইরাং শাইওন চংখোনবা, লোক্তাক ঈপোম ঈহৌনা,
লাম্বা নৎতে অরেম্বা, য়াওরৌ শঙাই নঙতনা"।

১৬৫। "কৈবুল লমজাউ ফুমথক্লা, শঙাই নহাক লৈত্রবা,
পাঙ্খকলোইদ্রা মহাক্লা, মরেক মহাও থোক্তবা
খারি লৌবুক লৌফমনা, লোইমোম চরোং চুমদ্রবা
চীংনুং ঈশিং চায়বীনা, লাইজা ঈরম কংলবা
চুমথাং মকোয় পরেংনা, মচু তরেৎ শুদ্রবা"?

১৬৬। "থাবল লৈরাং শাৎলরোই, নোংইন জগোয় উররোই
থম্বাল লৈনম চেল্লরোই, খোইমু পরেং পাইররোই
চীংথ্রাও য়েনিং হুল্লরোই, থাদোই তেংথা তাররোই
কুন্দো পরেং চুল্লরোই, মানজ ঙকশম থল্লরোই
লোক্তাক ঈথক কাররোই, থংগোং জুরা কেররোই"।

১৬৭। "করিনুংগী ইতানা, অদুক মৈশা লাংলীবা
নৌজরিবী নহাক্লা, মায়থোং থাজ মকলীবা
ব্লাখল লংলা পুনগুম্না, চপ-চপ, চপ-চপ লেপলীবা
কোরৌচুপ্পা কাঙদনা, পীরাংতনা চোৎলীবা
তারমদাই কোরৌগুম্না, হেদো-নাহে চল্লিবা ?"

১৬৮। "ইচীক হুলা অহীংদা, তাইবং তুমখুল তাল্লিবা
পাবোৎ চীংজাউ তময়াদা, শঙাই নদোম লেল্লিবা
তোয়া চীংগী নাপোমদা, তেংথা-নাওই কপলিবা
নতা ঐনি কৈবুলদা, অহিং মিংশেল খাঙলিবা
নঙগীদমক খনবদা, থমোয় লাইমন ওইরিবা"।

১৬৯। "শঙাই কৌবী নহাক্লি, নতীক নঙাল নাইরিবা
শঙাই কৌবী নহাক্লি, অব্বা হুইজোং লাংলিবা
শঙাই কৌবী নহাক্লি, তনিক তনিক খাঙলিবা
শঙাই কৌবী নহাক্লি, পুন্সি য়াচংলক্লবা
শঙাই কৌবী নহাক্লি, সন্ধ্যাই ঈশৈ শক্লিবা"।

অহুমশুবা

## হিয়াং হিরেলদা

১৭০। ৱাবীরিবা খরশানা, শঙাই মাবু নুংশিনা
খল্লুবদা তুজুংনা, খাঙবা ঙমদে সনানা
মীৎলু পীরাং ঈহৌনা, হীক্লা হীক্লা কপ্পুনা
পাউদমলকই নুংহীক্লা, শাংল ৱারী তৎতনা
তাকপীরম্বা পলেম্না, পুৱারীবু কাউদনা।

১৭১। "ঐখোয় পোকপা পনথৌনা, নমু তাইবং থৱায়নি
লুৱাং নিংথৌ পুঙ্গিনা, মতীক লৈবা মপুনি
মীয়াম য়াইফ ৱাখলনা, চাবা থকপা কাউবনি
লৈত-লাইরা য়োকখৎনা, থৱায় কৎকে ৱাশক্লি
চাউথোক নাপল য়াওদনা, লৈবাক মপী মপানি"।

১৭২। "লৱাং নিংথৌ ময়াম্বা, পুদাংকোইবু কৌবনা
নাপ্পা সেন্দ্রানরবা, অহল মতম ওইবনা
শিল্লম লান্না শিনবাংবা, মীনোক মৈশা লাংবনা
লাইনিং পরৈ চেৎখিবা, শঙ্গাই থাঙবু লুকথেৎনা
ওইখি য়াওরৌ তুবানবা, মতীক হাপনা মপুনা"।

১৭৩। "লুৱাং ঈনা ওনখিবা, তুবান য়াওরৌ শঙাইনা
লমলক-শাবু ওইখিবা, তাইবং-লকপু থাদোক্লা
লাল্লু চোমায় ককখিবা, লুৱাং মচা সেম্বনা
পনথৌ পানা ওনখিবা, য়াওরৌনি খঙদবনা
থমখি চিরোং নিংথিবা, পাখঙ কাদা চেকশিন্না"।

১৭৪। "চহি কুমজা লিশাংনা, অখাক অরাও নিললক্লে
মুরা লৈচিল মপৈনা, নোংখোং ফুইনা হৌরক্লে
নুংশুক নুংশুক নোংলিনা, কোরৌ কয়া লেঙলক্লে
ঈরম খোংলম পাথোক্লা, ঈচেল ৱা-ৱা চেল্লক্লে
চাংজৌ পাক্লা ঈপাক্লা, মীংয়েং পনখৈ তাম্লক্লে"।

১৭৫। "লৈবাক ৱাবা মতৌদা, থোইনা হেন্না ৱাজবা
মীয়াম নুংঙাই উবদা, পুক্লিং পেন্না নোকচবা
তৌগে খনবা ৱাখলদা, পাঙঙমদনা তোক্তবা
কল্লা নোংজু নুংশাদা, সনচীংগুম লেপঙম্বা
নিংথৌনি লুৱাং ঈদা, লৈবাক মপু পুন্সিবা"।

১৭৬। "লৈঙমলক্ত্রে তুমিন্না, নিঙায়দনা কোনুংদা
খোঙলেংথোক্লে নিংথৌনা, সনাথোঙগী ৱাংমদা
মনাই মশল থৌগলনা, শিনথা পাঙগে ৱাখলদা,
য়েংলুরনি চেকশিন্না, ঈথুম্লিবা ঈচাওদা
খুবাক লাইখল তাদুনা, লেপ্না শাবল য়াঙবীদা"।

১৭৭। "লোইনাইদ্রবা ঈপাকনি, মায়কৈ শরা শন্দোক্লা
লৈঙাঙশংবা ঈশিংনি, শরক শিবা লৈতনা
ঈথক ঈপোম ঈরেলনি, শান্নরিবা নুংশিৎনা
মচি মচি ঈরৈনি, অনেম মাইকৈ পাংদুনা
উরু উরু লৈশিলনি, তোরৈ অনি থেঙ্গাইনা"।

১৭৮। "ঈচেল পরীং তুংইন্না, লমজেল তাম্নে কৌশীংনা
অমনা অমুক হেন্না, অমনা অমুক য়াঙনা।
উরু উরু ঈরৈনা, লাকশিল্লবা কনানা
লাউরকই খোঞ্জেল হৌনা, 'ঈরাকনরে' কপতুনা
*ঐবু কনবীয়ু হান্না, ঐবু কনবীয়ু হান্না*"।

সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা

১৭৯। “খোঙবান লেপ্পা কনানা, কৌশীং লোকপা ‘মতনা
তাবীদে তানা তানা, উবীদে উনা উনা
খল্লুদে খক ৰাখলনা, লামলুদে খক পুক্লীংনা
করি তাউরি কৌশীংনা, তাইবং থৰায় মতৌনা,
তুংওইনৈ উরুদনা, কাউথোকনৈ খল্লুদনা”।

১৮০। থৰাই কৌবা চেক্লানা, মশক করি উদনা
কায়দোঙলিবা খঙদনা, হকচাং পোলাং তোংদুনা
খ্বাইমক্তগী নকশিন্না, খ্বাইমক্তগী নুংশিনা
পাইখিবগুম খঙদনা, লোইরবদা মতম্না,
লোকখীগনি কৌশীংনা, কৌশীং লোকপা মহাকনা।

১৮১। “ঙাইহাক তাউরা কৌশীংনা, লুপখিবগুম ঈনুংদা
য়াতাখিগুম তুমিন্না, থৌদু নুংগুম লৈখাদা,
তাউরিবরা কনানা, তাইবং মায়া মঙলান্দা
করি খন্দা হরাওনা, অরোই পুংফম লাকপদা
চেস্থখিনি মতম্না, চনখিনবা লৈরোলদা”?

১৮২। “কপচরবসু ৰানা, হায়জরসু মীয়ামদা
তাবিরমদে কনানা, নোকশিল্লস্মী ঙাইদনা
মীকোক লৈবা অমনা, লাওরম্মী নোংমদোন্দা
মতম ওইরক্লে হৌনা, চেংজেল লোইরে তাইবংদা
লুপ্পনি কৌশীংগুম্না, উরু উরু ঈশিংদা”।

১৮৩। লুপখিবগুম কৌশীংনা, ঈরোলনুংদা ঈরৈগী
ঈরাকনরি নোইনিংনা, খারী লবুক খোনিগী
লুপলি অশং অমাননা, পনথৌ ইখোল চায়গোইগী
হম্মা খোংলি শননাওনা, খোম্লাং মায়োকনিংবগী
নিল্লি মীকপ মীরাওনা, লৈফম লৈনদবগী”।

১৮৪। “ঈচাউবুসু পামনরি, অমম পামগুম মকুনা
হরাও তয়াম শান্নরি, লাইজ নুংগী লেমলৈনা
মচীন উতোং মকামলি, লৈমু লৈঙাঙ থক্তুনা,
কুমদম ঈশৈ ঔরাইরি, নারক্তগী হঙোইনা
ঈশিং চেক্লা ঈরোইনি, লেঙ্গা-লেঙ্গা লেঙ্গোন্না”।

১৮৫। “ঙারি থেংলি ঈরৈনা, ‘ব্রা-ব্রা’ লাওনা তোরবান্দা
নীংখাইরি খাঙঙমদনা, ‘দম-দম’ লাওনা খোঙ্জনুংদা
ঈরাকনরি তীনথোক্লা, ‘চুপ-চুপ’ লাওনা ঈরৈদা
চোংথনরি মোংশোংনা, ‘জম-জম’ লাওনা ঈশিংদা
ঈপোম হৌরি ঈথক্লা, ‘বম-বম’ লাওনা মালংদা”।

১৮৬। “নৌনা কারক ঈথক্লা, ঙা-থেংলুই হান্নগীদা
করি তৌরোই হায়গুম্না, মচাগুম্না মমাদা,
কোনশিনখিগুম মমানা, হুম হুম মথানুংদুদা
পুনখি ঈথক অনিনা, অসুম ঈপাক অমদা
তিনখিবগুম থব্রায়না, উদ উদ মালংদা”।

১৮৭। “লৈখুলদগী লিলহানা, ঈরোইনরে পরেংনা,
লৈশৌবুংগী ককচেংনা, মচা চাউথোই নম্বোনা
চেন্নরে উতোন তম্না, মরি মরি লিক্লম্না
চরোংলককী হারৌনা, ঈশৈ তানথা লেপতুনা
মশা শাইরুং থুপচিন্না, চঙকনরে পুল্লপনা”।

১৮৮। “থব্রায় লক্তা লৌশিংবা, অব্রাবদা ব্রাদবা
থিনৈ উপায় হিংনবা, ঈচাওদগী কোক্লবা,
ককচেং, হারৌ পীক্লবা, লৈজে লৌশিং চঙখোনবা
অঙকপনা থল্লবা, প্রকৃতিনা পীনবা
তাইবং কনা উদবা, মখোয়গীদি অরোনবা”।

১৮৯। "লবুক শগুন তৌদুনা, ফৌগৈ থিরম ঊচিনা
পেনু মতৈ মনাওনা, ৱাতানরে চেকশিন্না
চীম্বাল পেহৌ পেহৌনা, করি তৌশিগে হায়না,
মাঙদা থৎলে ঈথক্লা, তুংদা তাল্লে ঈপোন্না
লাঙ্গোই চল্লে কোয়শিন্না, লানফা কনা মীগুম্না"।

১৯০। "পীক্লবসু হকচাংনা, ঊচি কৌবা থৱায়গী
শীংথানৈ খ্বাইপুম্বনা, শিংই লেঙ্গারক্তগী,
খল্লি তিল্লাং য়োৎথনা, অৱাবা কোকনবগী
ফংলে উপায় শোয়দনা, হিংননবা থৱায়গী,
কৌরে হারৌ, ঊচিনা, পাউদমলক্লে থৌরাংগী"।

১৯১। "অরাম থৌরাং চাক্লবা, লংফৈ চৎপা কনানা
চীংজুম ঈফুৎ উরুবা, থৱাই মহী ঈশিংনা
মীহুল তিঙ-তিঙ হুল্লিবা, হায়ফম খঙদ মতৌনা
ঊচী মানা তাক্লিবা, থৌরাংদুবু খন্দুনা
শিনি খন্না ৱারুবা, মপোক ফংলে হারৌনা"।

১৯২। "কোয়তাউ তাউরি শীংতেক্লা, শান্নরিবা শিনথুংনা
খুৎনা লাম্বা খন্দুনা, চিংশিন্নরে হারৌনা
তোংলে থক্তা নুংঙাইনা, খুৎশা খৎপায় য়াওদনা
মখোঙ খুউ তিংথোক্লা, মশা শাইরুং ফন্দোক্লা
পোৎথানরে হরাওনা, অৱা অনা কাওথোক্লা"।

১৯৩। "ঊচি নহা চোংথোক্লা, পাম্বোম মতীক উৎতুনা
কৌশীং কাংহু লামদুনা, তুখোঙ খৈনা নীক্তুনা
খিঙ খিঙ খিঙদোক্লদুনা, তোংলে থক্তা নুংঙাইনা।
ককচেং পরেং লেংদুনা, শক্লি ঔগ্রি হারৌনা
য়েংলি কুম্মৈ ঊচিনা, তানবু থানা নাওশেক্লা,"।

১৯৪। “উরুবদা নিংথৌনা, হারৌ-ককচেং-উচিনা
লৈনরিবা ৱাদনা, ঈপাকথক্তা কিদনা,
পন্দোল লোমলে ঙকপনা, লৈবাক মপু লুৱাংনা
লাংতকনরে খঙনিংনা, নুংবংনরে চপয়ুংনা
‘করি মতৌনো ’সিনা’, মতোম হংজৈ তুমিন্না”।

১৯৫। “থাবল্লক্তা অহিংগী, নোকচগুম থাবল্লেনা,
থাউফংলগা থাউমৈগী, মৈচাক হেনগুম ঙান্না,
কোকলে মম্বা লুৱাংগী, ফংলে মঙাল মপুনা
থোক্লে কিশী ৱাখলগী, লংজা নাইতোম হন্দোক্লা
পোক্লে ৱাখল হিগী, উপী উরেল তাউহন্না”।

১৯৬। “নাতোনচাবী লৈরাংনা, লৈকা-ফন্না তেরবানগী
মীতাদে লৈরাংবীনা, লৈচল ওইনা নাচোমগী
থৌওইবীদে খোইমুনা, লৈহী কংই সিয়োমগী
করি খল্লি মালিনা, পলেম ওইনা গুলাপকী,
মোমোন নোকচৈ নিংথৌনা, তৌগদৌবা থৌরাংগী”।

১৯৭। “অয়ুক নুংথিল মৈশানা, উইরুম উইরুম খুইরবী
থাবল্লেনি শীকংনা, থাগী লৈবাক কোয়রিবী
হৌদোকপদা লিক্লানা, নাশোন পীক্লা তইংবী
মীকপ থোকগুম লৈনানা, খোইরুম নোক্লা তনৌবী,
ৱাবা কোক্লে নিংথৌনা, ঈপাক ঈরং তাউঙম্বী”।

১৯৮। “লমগী ঙানু শঙ্গুনা, কোয়না লৈনা মালেমগী
য়ুমহোংলকপদা নিন্না, উলগী লৈচিল্লক্তগী
উরকপা ঈরং লংনা, ঈপাক অমা ঈশিংগী
হরাওবগুম শাখপনা, খোঞ্জেল থোক্লা খৌজেংগী,
কয়া পেনজৈ নিংথৌনা, হিবু শানি মীয়ামগী”।

১৯৯। "হৱাওবনা থুম্লবা, লৈবাক মপু নিংথৌনা
কৌশিল্লি শকনাইরবা, অঙম অথৌ ৱাৎতনা,
পাউদমলকই লোইনবা, উরু খুদিং ৱাৎতনা
ঈপাকথক্কী ঙকলবা, উচি-হারৌ কুম্মৈনা
নিংথৌ পুক্লিং শুমখিবা, ৱাখল মরাং মরাংনা"।

২০০। "অঙকপনি মখোয়না, করি অকি পোক্তবা
ঈপাক ঈরং কিদনা, নিঙাইদনা শান্নবা
খিকলোই-লাংনা তোংদুনা, খোঙয়া ঈরিক চোৎতবা
পিক্লা থৱায় মখোয়না, মীওইবনা খঙদবা
খঙলম্লিবা চেকশিন্না, পুন্সি মহৈ য়াল্লিবা"।

২০১। "মীওইরক্তা অহেনবা, নিংথৌরক্তা শকনাইবা
ৱাখল চনীং লৈতাবা, অচুম অরান খায়ঙম্বা
তৌগে খন্না হন্দবা, অচাও নাপল কাদবা
খুজিল থৌরাং অথোয়বা, মীয়ামগীনি নুংঙাইবা
মীয়ামগীবু খনবীবা, কুইনা লৈয়ু পুন্সিবা"।

২০২। "হৱাওবদা নুংঙাইনা, লৈবাক অঙম অথৌগী
পাউজেল্লে পুংজাও থীন্না, শাগনি হি মীয়ামগী-
কনানো খুৎহৈবনা, শিনহৈবনা লুৱাংগী ?
চোংথোরক্লে হৱাওনা, শিনবু পাঙগে নিংথৌগী
লুৱাং ৱাংমনাও কৌনা, ৱাংমিৎখুসু নুংবানগী"।

২০৩। "কোরৌ অচঙবা খন্না, নোংদোল অশেংবা য়েংনা
লুৱাং খুৎহৈ অনিনা, তম্বা য়াঙ্খে লোয়ননা
খুশু থাংলেন পায়দুনা শীংজং লেংবান থোংদুনা
চেংপোৎ-চাপোৎ লেঙথোঙনা, কাংখল লৈরুম নম্বোনা
লাক্লে ইঙেলচীং তম্না, শিনবাংনবা শোয়দনা"।

২০৪। "শননাওশিংনা খৌশারি, লবুক লমহাং শিনথুংনা
হারীশিংনা তেংথারি, উজাও উপাল নোমদুনা
উরিৎশিংনা উইনরি, লাংদোন-লাংনা ফমপ্রেৎনা
শেম্বাংশিংনা হরাওরি, থেক-কোই থেক-কোই মুন্ননা
উরোকশিংনা পাইনরি, নোংজাবী লবুক শন্না"।

২০৫। "তুং-ওইহৌই তু-খোংশিং, থেক্না-খোয়না কংলৈগী
শান্নহৌই লেমলৈশিং, তোরে ইন্না তুরেলগী
শৈশকহৌই উচেকশিং, য়েনিংলক্তা উপালগী
তুমখুলহৌই থৱায়শিং, মথানুংদা পলেমগী
হিহোলহৌই লৈচিলশিং, ঈপাক শন্না চীংয়াগী"।

২০৬। "লাংমৈ পরেং পাইহৌই, ময়ুম মায়কৈ পাংলিবা
পাইবং লমচা খেকহৌই, মশানৌনা পেন্নবা
শবেং চীংচেপ চেলহৌই, নুংবী নুংফাল থিরিবা
কৈশাল কৈজেং ঙংহৌই, লৈকুৎ লৈরাই লুমলিবা
শামু শল্লুপ নিলহৌই, য়ারেকফমবু পাংলিবা"।

২০৭। "য়োংনা থৌরী হাইহৌই, কাঙখিল উরী পন্দোংদা
মোংতিৎ শরিক খিঙহৌই, লোকলৈ পুল্লে লৈকোন্দা
লাইরেল লাবা শাওহৌই, হুইথৌ লাবা চিফেঙদা
শাফু লৈখুল শঙহৌই, ককচেং লৈশৌ মীকাদা
কৈনা উরুম লাংহৌই, শজি শঙাই ৱাখলদা"।

২০৮। "ৱাবা থিদে পাখঙশিং, লানবু ঙম্বা লুৱাংগী
কাউনৈ হুমাং ঈরিকশিং, অৱা হুইজোং লাংবগী
তপথনরে খোঙথাংশিং, য়ৌরে চীংখোঙ কৌবগী।
খোঙনেৎননা নুঙপাকশিং, উলগুম ইংলা লোকনুংগী
থকনৈ লিক্লাই খুজোকশিং, কোকনৈ অরাম থৱায়গী"।

২০৯। "নোংদোল লৈচিল শোক্লিবা, চীংমায় ফক্লাং ঙল্লিবা
উজাউ উরেল শুক্লিবা, মীৎলম উতোল য়ৌদবা,
হৈরিৎ হৈবোং ঙাঙলিবা, উখোঙ ফম্না তিনচোবা
নুংশা মঙাল থৈরিবা, য়োং পাখঙ চংঙমদবা
কংলৈ চীংনি অহেনবা, কৌবা চীংনি অথোয়বা"।

২১০। "নিংথিবা থেল কৌবগী, পুখম লায়াৎ মকোয়না
তমোল তমোল নাপীগী, খুদা পরেং থাগুন্না,
থক্তা শেকপিন লৈচিলগী, ৱারেপফমনি তুমিন্না
মায়কৈ ঙাকপা লাইয়ামগী, খুন্দিলফমনি চেকশিন্না
মরক শন্না লাইয়ামগী, য়ুরাংই লাইরেম্বীনা"।

২১১। "থুংলবদা হরাওনা, চীংমায় মতাফবদা
লুৱাং পাখং য়াঙ্খোনা, শিংথানবা থৌনাদা
অৱা খু বৈ পোক্তনা, ইনিংথৌগী থৌদাদা
থানৈ পোৎয়োম কায়দনা, থৌদু মতা ফবদা
মীৎকুপ-মা পন্দনা, খন্নৈ লেকফম অহীংদা"।

২১২। "পেবেৎ কৌবা উচেক্না, ইঙা নোংজু থিদনা
লাংদোন লাংদোন লামশিন্না, মহুম মকোন শাগুন্না,
উরেপ তন্লে শকয়ীনা, খাঙঙবুনি লাইৱানা
উরা-হুমদাং মৌবীনা, ইমোম ইনা য়ুমকুপ্না,
শারে খাঙপোক নিংথিনা, লেকনি অহীং লুৱাংনা"।

২১৩। "অমম-অথেং কিদ্রবা, থৌবু পাঙবা মখোয়বু
উরি-উনা অপুম্বা, ওইরি মরুপ মখোয়বু,
উসা কারোং তোংলিবা, শক্লি মগুণ মখোয়বু
শাহিংচাবা কৈজাওবা, ঙাকনাশেল্লি মখোয়বু
লোকনুং ঈরাও তাল্লবা, শুল্লি নাওশুম মখোয়বু"।

২১৪। "মোংবা ময়ুম থাদোক্লা, তম্বা খোঙশাল্লমদাইদা
মোমনু তালোই চাউবীনা, লৈমায়থক্কী খোঙ্গুলদা
ঈশিং খুজোক খুজোক্লা, চাইথোকপগুম লম্বীদা,
হাই-হুম্লিবা উশিংনা, মালং শউম ফংবদা
নোংচুবগুম লৈশিংনা, চাইশিল্লি লুৱাংশিংদা"।

২১৫। "চীংনুং নুংশিৎ ঙাওবনা, খুরক কুণ্ডলা মৌবীগী
ৱারক নারক শমদুনা, শান্নরকপা কেকুগী
তুংইল্লকপা ঈশৈনা, নাওশুম ওইরি অহীংগী,
তঙাংলিবা নৱানা, চিন্দম্বদা খোমলাংগী
য়াতাবগুম নুংঙাইনা, তম্পাকথক্তা পলেমগী"।

২১৬। "নোংবু ঙাল্লে চীংনুংদা, লুৱাং পাঙ্গলবশিংনা
কনা করি কদাইদা, শিন্নৈ পোরম কায়দনা
কনা কানি চীংদোন্দা, খোইজু-লৈখাম হাইদোক্লা
কনা কুন্নি লোকনুংদা, তিনশী-কাংখিল কক্তুনা
কনা লান্নি চীংমায়দা, নঙবী নুঙশৌ লান্দুনা"।

২১৭। "ঈহিং নাইহিং শানরে, লমথাংজৌনা য়াৎপগী
খুয়া খুমিৎ পোমনরে, তিংখঙ তুম্বৌ য়ুবগী
উম্সা থাংজী য়াৎনরে, কাকয়েল খুজিল খোৎপগী
কোকয়েৎ ঈঙাং পকনরে, উকাকফৈনা চীকপগী
তুখোঙ মতিঙ পোমনরে, হুইথক শনথক কাপ্পগী"।

২১৮। "হনবা লৈতে লুৱাংনা, মপু থৌদাং পুরিবা
চীংনুংদা মীকিদনা, ঙাক্তনি লাইকিদবা,
মৈচঙলবা সনানা, হেনগৎপগুম্না লংবা
ৱারা খুদোংথিবনা, হেন্না থৌনা হাপলিবা
শিংথানগে চাউথোক্লা, কৈরেল ঙাকনি অথোয়বা"।

২১৯। "থাবাক খুদুপ ফল্লবা, লুৱাং খুৎহৈবশিংবু
পাম্বোম য়োৎশুক কল্লবা, পায়রসু খুৎশু থাংবু,
মখোই মতৌ তপ্লবা, উরুবদা থৌজালবু
লাইরেল মীৎকুপ তরুবা, থাবলগুম্না মায়থোংবু,
লৈনৈ শজি-মোম পুম্বা, করি তৌরোই কনাবু"।

২২০। "ফৌরা লাকোয় থেল অমা, লৈরম্মী নিংথিরবা
ময়ায়দা ঈপাক অমা, লিকলাই মহি চোল্লবা
মপাল খোঙফম থাক অমা, নুঙঙৌতনা থারবা,
শেমলমব্রা খুভম অমা, মপু মতীক উৎনবা
লাইয়াম য়াকাবুং অমা, কংলৈ লমদম ঙাকলিবা"।

২২১। "মতীক লৈরা ঈপাকনি, পোইরৈ সনা চীংনুংগী
শেম্বীরম্বা ঈপাকনি, য়াইফনবা তাইবংগী
হি-য়াই পুবী ঈপাকনি, তোমথিন ঙাল্লি মালেমগী
লোয়নরকপা ঈপাকনি, ৱারী শিংবুন কংলৈগী
মুৎনাইদ্রবা ঈপাকনি, মপোক লাংওন লাংওনগী"।

২২২। "লমফাঙজগে খঙদনা, লিবীরম্বা মাইচৌনা
মীরোল কয়া লীদুনা, সনা লীকলু তৎতনা
লৈনা 'মতা তেক্তনা, লৈচু 'মতা মাঙদনা
কোরী কোমপাক মক্তনা, কোলহীং ককয়ী কাদনা
সনা কালি ঈয়েক্না, হকপিরম্বা মুৎতনা"।

২২৩। "মতাঙ চাদে হায়ফরোই, 'দুঙৈগী শাইওন ৱারী
লৈচল চাদে খনফরোই, 'দুঙৈগী থৌদোক ৱারী
কুমজা য়াম্লে কাওফরোই, 'দুঙৈগী নুংশি ৱারী
লৈরোল চনখ্রে মাঙফরোই, 'দুঙৈগী ৱাশক ৱারী
পেরেল হৈগুম লংফরোই, 'দুঙৈগী লাংওন ৱারী"।

২২৪। "অদুঙৈগী কুমজাদা, ময়েক নাইঙৈ থবীনা
মপু মাগী শিনথাদা, কায়ফদ্রবা থৌদাংনা
নমু পোংবা হকচাংদা, লাইনিংথৌগী থৱায়না
মোনুলেম্বী ঈচেলদা, লাইরেম্বীগী মীহুলনা
শাইওন লাংখি তাইবংদা, থৱায় হামচৎনদনা"।

২২৫। "তাইবং লীক্লম কায়দনা, মীওই লোনচৎ তুংইন্না
নুরা পাখঙ অনিনা, অপাম্ নুংশি মিৎচানা
পুন্সি লৈপুল শেমদুনা, য়ুমলেপ চারা লিংমিন্না,
লৈমিননৈ নুংশিননা, থৱাই মিগুম লোয়ননা
লৈত-লাইরা কাউথোক্লা, হরাও মীনোক নুংঙাইনা"।

২২৬। "কোরৌ অমা শাবীনা, শানৌ চিংনা য়েংদুনা
য়াৱা মপাউ নুংশিনা, পাউমেল্লকই চানবীনা-
শাবীরম্বা পনথৌনা, শঙ্গোই য়ুজাও কাশিংনা
উরা খাঙেন তেকথনা, হুৎলে শুম্বী শুমজাওনা
কুমগী নোংজু ঈশিংনা, থাদরনি কায়হন্না"।

২২৭। "শানৌ নঙবু থাদোক্লা, কোরৌ শীংবুম লান্দুনা
কৌবা চীংদা কাদুনা, থিগে উনিংথৌ ঐনা,
নুজা ওইবী নহাক্লা, থোংজাও পোরোল হাইথিংনা
শম্বল-কোনথোং লোনশিন্না, নাশোন পীক্লা তুমিন্না
পোনগী চেক্কুম হাদনা, লৈরম্মুকো চেকশিন্না"।

২২৮। "ননাও ওইবী ঐহাক্লা", নোনজরকই মোমনুনা
"নাপা চিন্দ্রি শাইনোন্না, থরক হাপ্পি হৈমীনা
খোইজিখাগী মীহুলনা, হংঙা ফোঙদ্রি মীকপনা,
কোরৌ শিংবুম নৎতনা, মীৎকুপ অমা কাউথোক্লা
লৈবা ঙল্লোই তরক্লা, থাদোকপিনু ইপুনা"।

২২৯। "নঙনা চৎপা মফমদা, চৎকে ঐসু তুংইন্না
নঙনা তাউবা ঈরৈদা, তাউগে ঐসু ৱামিন্না
নঙনা নোকপা মতমদা, নোক্কে ঐসু হরাওনা
নঙনা কপ্পা পুংজাদা, কপকে ঐসু তেংথানা
নঙনা শিবা তাঙলৌদা, শিগে ঐসু লোয়ননা"।

২৩০। "লোইবী চীংনুং মানুংদি, শাহিংচাগী লৈফম্নি
নুঙবী নুঙজাউ লৈখুলদি, তাংজ লিনগী মকোন্নি
শোঙবা নারক মোঙশোংদি, কাকফে-থক্কী মফম্নি,
লোইবী চীংমায় কাবদি, নুরা শদৌ থোংগনি
ঙম্বা লোকনুং কুম্বদি, শানৌ চখমনগনি"।

২৩১। "ঐগী শামু হকচাংনা, লৈখ্রসু লোইবী চীংদা
থৱায় মীরেল মঙানা, লৈনি ননাক্তা লেঙদা
নঙবু শুংথা থাদনা, মিনা ইনগুম হকচাংদা
লাকনি ঐনা শোয়দনা, নুজা খোমলেন মঙলান্দা
হরাও নুংঙাই চীঙ্গোক্লা, পাউদমলনি নঙোন্দা"।

২৩২। "মপু শিনথা কায়হন্দা, খমনুং কিকোই চিরোন্না
তম্বা ওইবা মঙোন্দা, অৱা হুইজোং লাংহন্না,
চাহৈদবা তিনশিদা, মিতারুই চানিংমন্না
তুবী ঈফুৎ ঈশিংদা, খোইদারুই থকনিংমন্না,
মশানৌগী খোমলেন্দা, হায়রম্মী, মায়থোং মক্লা"।

২৩৩। "তাইবং চেংজেল লোইরবা, শাবী ঐগী থৱায়না
হকচাং পোলাং থারবা, থৱায় মিরেল মঙানা
ঈপাক ঈয়াই ইরোইবা, ঙানু চেক শক্তমদুনা
ঙাইরি নঙবু উনবা, 'কৌবা-কাঙ' শৈশক্তুনা,
শানৌ মাবু তানবা, পুকমেল্লম্মী শাবীনা"।

২৩৪। "নৌনা মপাঙ শেৎলবী, কায়না মৈশা লাংলবী
মোমনু লাইবক থিরবী, কংলৈ চনু শেংলবী
মবুংঙোগী য়াজবী, অঙাওবী পাঙখকলবী
কৌবা ঈপাক লুপখিবী, ওইখি চেক শকহেল্লবী
মপাঙ নুংশি থাগোনবী, ঙানু থংগোং নিংথিবী"।

২৩৫। "লাইবক ফবী কৌবনা, কংলৈ লমদা ঙানলিবা
শামু য়াইশা মতৌনা, নোংদোল লৈচিল চারিবা
পলেম ওইবী মতৌনা, থৱায় লিশিং য়োক্লিবা
মাগী মতিক মঙালনা, তাইবং য়ুমথোং শীল্লিবা
লৈহৌরনি কাউদনা, ঙানু থংগোং পোক্লিবা"।

২৩৬। "চীংয়া তময়া চোৎ-চোৎনা, ঈফুৎ থোক্লি চীংজুমগী
ঈহৌরককুম সিয়োম্না, মথোৎ কারক নিঙোলগী,
মরক থৎনা নুঙবীনা, ওইরি হৈরাং নুজাগী
মীংশেলগুম্লা নুঙঙৌনা, মায়থোং থাজা কনাগী
ফজবগী নিংথিনা, ওইরি শক্লোন কৌবগী"।

২৩৭। "চীংনুং পোকপী তুরেলনা, শান্নরি ঙাথুননা
অমুক খা মাঙওইননা, অমুক খা তুংওইননা
মফম মায়কৈ শিনথুংনা, নুঙফৌ মরক শমদুনা
য়াওরৌ শজি খোঙজেলনা, ঙানুরম ঈরম ফাৎনা
তাংজা লিলগুম থেককোইনা, মরৈ হা-হা তমদুনা"।

২৩৮। "তুরেল খোঙনুং পরিংনি, লৈরি ফক্লাংগুম ঙন্না
চেনথরকপা ঈচেলনি, নুঙজাও মথক লান্দুনা
হুনথরকপা তোরৈনি, লোকনুং থ্রক-থ্রক নীক্তুনা
মীকপ মীরাও পাঙ্খকনি, থমোয় কায়রা পলেম্না
ঈশিং চায়বী শক্তমনি, উবীদ্রবা কনানা"।

২৩৯। "তারক্রিবা ঈচেলনা, চায়থরকপা নুঙপাক্তা
পাইখৎলকপা ঈরিক্লা, লৈমায়দগী নোংথক্তা
হুনগৎপগুম নোংলিক্লা, মালেমদগী কোকথক্তা
শান্নরকপা নুংশানা, নোংলিক মরক মরক্তা
উহল্লি খনবগুম্না, চুমথাং মকোয় ঈথক্তা"।

২৪০। "চেনথরকই ঈচেলনা, ঈশিংচায়বী তুংওইনা
ইরাং 'মতা য়াওদনা, নুজা লুতুং শমগুম্না
ঈচেল খুতুং ইন্দুনা, অমুকসু মায়োকননা
শান্নারি লেমলৈশিংনা, লৈমু লৈঙাং খুন্দুনা
চাক্তারি নিঙাইদনা, হুনগৎ-হন্দা ইরোইনা"।

২৪১। "চীংঙা ঙাতুপ ঙারোইনা, মচিন তুম্বা খোংদুনা
অমুক লুপ অমুক তাওনা, ঈমায় কোঙ্গোল ঈহৌনা,
শান্নরিবা মখোয়না, কনা উদে কিদনা
তানলুমলিবা খঙদনা, উনারক্তা শংক্রিক্লা
মীৎশিংবী ঙরাকপীনা, চীনজাওবী চীনশাংবীনা"।

২৪২। "উরুবদা ফজবা, লোকনুং ঈশিং চায়বীগী
ইঙলা ঈশিং থকলুবা, লোকনুং নুঙঙ্গাই ঈচেলগী
চীংনুং ঈশৈ নুংশিবা, হারৌ-হারি-তমনাগী
ফংলবদা পোখাবা, উজাউ উপাল ফংবগী
পোকনৈ পেন্নৈ নুংঙাইবা, পোইরৈ লরাংচাশিংগী"।

২৪৩। "কায়দা হুম্বা মালংনা, শোক্রবদা হকচাংদা
ঙাথু-থেংথু মোন-মোন্না, খোইমুগুন্না লৈকাদা,
পোৎথানরে লুরাংনা, নুঙফাল মতা ফবদা
রানথবগুম লেমলৈনা, ঈশিং কংলা লৈনাংদা
নাডগুমলক্লে খঙদনা, মঙগী লৈবাক লৈকোন্দা"।

২৪৪। "ঙরাং হৌখি ঙসিনা, কোরৌ শাৎলে চীংদোন্দা
*শিনথা খংবা লুবাংনা, হৌগৎনৈ হৌদোকনদা*
হকচাং তুখোঙ শেংদোক্না, চানৈ চয়োম নুঙফালদা,
নৌনা পাঙ্গল হাপতুনা, য়েংনৈ উজোউ উরেলদা
পেনবীদৌবা নিংথৌনা, হিজাউ হিরেল লেপ্পদা"।

২৪৫। "শুক্লা চীঙ্গোল উমংনা, পোপতোক লোল্লি মৌবীনা
নাকোইনরি নুমিৎনা, নাথৈনরি নুংশিৎনা,
খুরুমজৈ লুবাংশিংনা, চীংউ মতীক্কি খন্না
খুদৈ ঙক্তা য়েৎতুনা, কোংয়াঙ চৈশু তাগুন্না
নিজৈ চানবীয়ু হায়না, শেন্নবীয়ু চেকশিন্না"।

২৪৬। "অহীং য়ারেক লৈঙমলোই, চীংউ থৌজাল নত্তনা
উমং হুপনা থিঙমলোই, মাগী লমজিং য়াওদনা
লুবা লোকনুং কুমঙমলোই, খুজেং পালোইবীদনা
উজাউ উরেল উঙমলোই, তাকপিদনা খুৎথিন্না
হিজাউ হিরেল শাঙমলোই, মাগী মতেং নত্তনা"।

২৪৭। "মঙলাকরুবা নবানা, মীৎপাং মঙফাওরকপদা
লেপলমবগুম পলেম্না, ফময়া থাওমৈ মঙালদা,
নুংবংরুবা লুবাংনা, উরুবদা মীৎলমদা
উনিংথৌও নাপুংনা, শামুখোঙগুম চীংমায়দা
তুজুংনরে হরাওনা, মপু মাগী চানবীদা"।

২৪৮। "খল্লে তলা চাউথোয়বা, কোকতোল লৈচিল শোক্লিবা
মউ তেনজৈ তেন্দম্বা, খুৎ তরা কোনঙমদবা
উশা কারোং লোঙদবা, উক্রোং উরাও শিদ্রিবা
তাইবং মীনম তাদ্রিবা, মউ থাংফম হক্তিবা
ককচেং নোংমৈ কাদ্রিবা, খৈরোই পাখঙ য়ৌদ্রিবা"।

সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা

২৪৯। "য়েলহৌ ৱারী নুংশিবা, মৈত্রবাক্কী লনওইবা
লৈরি, মঙাল নাইরিবা, কুইরমক্তা লংলিবা,
নমু থৱায় অথোয়বা, শাম্বা নহা শাফাবা
ঈঙেল চীংদা কাখিবা, লাইনিং পরৈ চেৎখিবা
মপু থৌজাল ফংখিবা, উনিংথৌনি নাপুঙবা"।

২৫০। "নিংথৌ তুরেল ঈরিক্লা, মথক চুমথাং খল্লিবা
মীরোল চাম্মা পুঙ্সিনা, তালানি লাইগুম্লবা,
খুরুমজৈ লুৱাংশিংনা, উজাউ উরেল পা-ওইবা
পারি পুরি কায়দনা, চৎনরোলনি লিরবা,
শৈশকনরি নুংশিনা, 'হিজন হিরাও' হায়নবা"।

২৫১। "উনিংথৌদি ফংবদা, হরাওনৈ লুৱাংশিংনা
কৎলনি লাইনিংথৌদা, হিজাউ হিরেল শাদ্রোংনা,
দুগা লোইবী চীংনুংদা, ঈপী উরেল পোকপিনা
অরোই মচা চেংলৌদা, কপচৈ তেংথা নাওইনা
খুদম শুনা থমোয়দা, লৈপাক থিন্না খুবাক্লা"।

২৫২। *"পারি থোইবা নহাক্লা"*, তেংথারকই পলেম্না
*"শাস্বা কুহী পামদনা, পোকলুবা উনিংথৌনা,*
*হয়েং ঙানবা ইনুংনা, লুৱাং খুৎহৈবশিংনা*
*পারি নংবু সাদুনা, লাইরেল শাংনা য়াতানা*
*শীংজং য়াখুল হক্তুনা, শানি তোংজেং নিথিনা"।*

২৫৩। *"নমু মীকোক য়াষ্খোনা, পারি নংবু খুৎথিল্লে*
*চেংঙৌ ফাহাপনদুনা, য়েরুম কাংখিল খিল্লরে*
*চংবী লারাক থাদুনা, সনা তাঙ্গা হাপলরে*
*লুপা কোনয়ায় চন্দুনা, কাওজ নমল হল্লরে*
*করি ওইনি নমানা, থমোয় খাম্বী মৈহৌরে"।*

২৫৪। লৈরি লৈরাং তাবুগী, লৈশক লৈচু হোংদনা
মচিন মনাও ওইবগী, নুংশিনবা লময়ৌনা
তলা উপী ওনবগী, নমু তাইবং থৱায়না
য়াওরৌ শাকোক হাপ্পগী, হিরুবাক্তা লৈতেংনা
হিয়াং হিরেল তোংবগী, লুৱাংঈগী ঈচেলনা।

২৫৫। চেল্লিবনি পুন্সিনা, হিনা তাউগুম ঈচেলদা
পল্লম্বনি মীৎকুপনা, হিথাংবগুম হিদেন্দা,
খাঙলম্বগুম কোঙ্গোলনা, তনিক তনিক ঈমায়দা
ঙাল্লম্বগুম মৈরীনা, শীংজা ফংলি ফুঙ্গাদা
হিহোনবগুম লৈচিলনা, ফাইরেল থাগী 'তিয়াদা।

২৫৬। মোন্দুম মোল্লাং খাঙলিবা, নোংথাংগুম্না থৌরবা
শক্কী ময়াই কারিবা, মীয়াম হুপ্না তুরিবা
মুনি ঋষী লম্বোইবা, অৱা অনা কাওরবা
লান্দা থৌবা অথৌবা, পজেং ফিরাল থেৎলবা
ওইসনু কনাগুম্বা, য়াঙমলোই মায়রোং 'রোইবা।

২৫৭। তৌগে খনবা তৌঙম্বা, মতীক লৈবা কনানা
মরোল অহুম কোইঙম্বা, থৌনাফবা মীওইনা,
নোংশাগুম্বা করম্বা, নিংথৌগী নিংথৌরেলনা
লানফম খুদিং জয় ওইবা, খুৎকাপ তেনকাপ শোয়দনা
ঙমলোই খক লম্বানবা, পুন্সি লম্বী অরোইবা।

২৫৮। মীংচৎ চীংমুক ৱাংলবা,মীথোয় মীহেন অমাসু
লৈবাক মকোক পুরিবা, লুচিং-পুরেল অমাসু
ৱায়েল চৈরাক থৈঙম্বা, লাইগুম্লবা অমাসু
থক-থক নিক্লা কিনবা, হিংচা য়াইতম অমাসু
অমাতনি অরোইবা, কনা লেমলোই অমাসু।

**সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা**

২৫৯। শকহেল্লবী কনানা, মায়থোঙ থানিল লময়ৌবী
লাংবন উচি খ্বংজেংনা, ঈথক ঈপোম হৌরবী
পীশুম লিরুং খোয়খোয়না, কোইরাও মীৎস্না লৈতেংবী
মীৎয়েংনা মীৎচী তেনজৈ, থমোয় ফাওনা লেংঙম্বী
মাগী করম শুমহৎনা, কঙাওহননি লৌওনবী।

২৬০। সনা পুয়া মৈথাবা, সান্তদাসকী খুজিলনা
তেখাও শামু ফারম্বা, ভৈগ্যাচন্দ্র নিংথৌনা
নিংথী তুরেল থাং-চাম্বা, গমভীর - নরসিং পাম্বোম্না
জিরী দরবার চৎঙম্বা, চন্দ্রকীর্তি নিংথৌনা
খভমতনি লৈহৌবা, মোংফমনুংদা হকচাংনা।

২৬১। ফিরিঙ্গিগী য়েক্লবা, মৈত্রবাক্কী লনওইবা
শকখি ৱাশক পাঙঙম্বা, তুবীগুম্না লেঙদবা
কাজাউ কৌবা অথৌবা, পুখ্রম ঈনা ঈফোঙবা
নোক্লা থৱায় থাখিবা, ফাঁসি শগাই কাখিবা
ৱাৎতে লোইদে মৈরাবা, মীংচৎতমক লৈহৌবা।

২৬২। পাম্বোম পাঙ্গল চোক্তবা, টিকেন থাঙ্গাল শক্তম্না
লৈরি শাহিদ মক্তুবা, ফৈদাবুংদা লেঙদনা,
থাঙগী জগোয় শারম্বা, পাওনা য়েংখোই থৌনানা
ওইরে খোংজোম শেংলবা, লৈকৎনফম মীয়াম্না,
পুখ্রে ঙম্না অথৌবা, বৈতরনী ঈচেলনা।

২৬৩। "ৱাবগীসু চোক্তনা", পাউদমজরি শঙাইনা
"চৎখি হৌখি মতমনা, কনাবুসু ঙাইদনা
লোইখি অহিং পামদনা, নোংবু ঙান্না উঙান্না,
উনিংথৌও উপালনা, মশা নীক্লে কিজনা
পীরাং হৌরে শিনথনা, অয়ুক লিক্লা তাগুম্না"।

২৬৪। "উগী মপোপ য়েংদুনা, পেননৈ লুৰাং নুংঙাইনা
লেপ্পু তম্মী কনানা, উখোঙ উতোন লাকশিন্না।
লেপ্লে উজাউ কোয়শিন্না, খুশু শিংজং পায়দুনা
অঙানববু খুরুম্না, উয়ান ঈশৈ শক্তুনা
হোইবু-হয়া-হয়ুম্না, থারে শিংজং লেপথুম্না"।

২৬৫। "য়াল্লকপদা শীংজংনা, পাঙ্গল থোক্লা লুৰাংনা
খাঙলি উজাউ তনিক্লা, শীংয়ান খুদিং হাই-হুন্না,
খাঙবা ঙমদ্রে উপীনা, য়াতারক্লে চাউথোইনা
মালেম থক্তা শাংদ্রোংনা। লুৰাং ময়াম হৰাওনা
উশা হাইরে কোক-কোক্লা, মতোন কক্লে শীংকক্লা"।

২৬৬। "কোকয়েৎ লাইখল তাদুনা, চরৈ পুমবুম তাখৎনা
উজাউ উথক তোংদুনা, উরাংথক্কী চুমগুম্না
মীৎয়েং পাদম লাক্তুনা, শীংজং লেপয়ান হাইদুনা
ময়ায় চুরি হন্দোক্লা, ফিবান লৌরি নাপখৎনা
শারে হি নিংথিজনা, ৰাংমিৎখু-ৰাংমনাউনা"।

২৬৭। "লোইরবদা হি শাবা, কোরৌ কয়া শিনশুনা
হৰাওজরে খুৎহৈবা, শিনথা পাঙলে খন্দুনা,
হুৎলে নারেং অরাওবা, পুল্লে কাংখিল উরীনা
চিংলে হিয়াং অথোয়বা, চীংয়াঙ চীংদোন লান্দুনা
তুবীগুম্না শাংদ্রোংবা, য়ৌরে কোনুং তেক্তুনা"।

২৬৮। "শকপু উবদা হিগী, তবোপ-তবোপ চাউদম্না
মকালাম্মী মায়থোংগী, হিবু পোকপা নিংথৌনা,
থৌরাং অমা মঙলানগী, থবক ওইরে লুৰাংনা
চাউথোকচৈ খুৎহৈবগী, লম্বারুনি কনানা,
মীহুল চোংজৈ থমোয়গী, হৰাও লুতোন কারক্লা"।

২৬৯। "লাউথোরক্লে নিংথৌনা, সনা য়াথং মীয়ামদা -
কোরৌ চঙবা য়েংদুনা, থৱান লারা তাঙলৌদা
হৈরাং লৈরাং কৎতুনা, শেনশেং-শেনমীৎ লাকোয়দা,
হিতোংলনি মীয়াম্না, লৈম-নিংথৌ য়েৎ-ওইদা
কংলৈ মতিক শোন্দুনা, খুদোল তম্নি মপুদা"।

২৭০। "কোরৌ মশেক মঙালবু, খনখিবগুম লৈচিলনা
নোংদোল থাজ মায়থোংবু, শুকহনবগুম হৈবোংনা
তগৎ তেক্লি লৈয়োনবু, খুইথহনগুম মৈশানা
হরাওরম্বা নিংথৌবু, মকশিলহল্লি কাহৎনা
খল্লুবদা থৌরম্বু, নিতি নিয়ম কায়দনা"।

২৭১। "লৈবাক কুম্মো ওইদৌবা, হিয়াং হিরেল হিতোংদা
লৈবাক মীয়াম হরাওবা, মীয়াম চোনবা মীমাংদা
লুৱাং লিক্লাই অথোয়বা, লুৱাংঈগী ঈচেলদা
কনা হান্না হিতোংবা, লংলা পুনবা ৱাখলদা
মায়থোং লুকথৈ পুন্সিবা, নুমিৎকুম্বা তাঙবলদা"।

২৭২। "নিংশিংলক্লে ৱাৎতনা, লুৱাং নিংথৌ অহন্না
শাগৈগীদি পীবানা, পুদাংকোইবু কৌবনা
নমু মপোক থাদোক্লা, হরাও তয়াম তুংওইনা
মোন্দুম মোন্তেক লাপথোক্লা, লৈমা তালোই কাওথোক্লা
লৈখিবা নিঙাইদনা, নারক মোংশোং য়াহিপ্না"।

২৭৩। "শেম্বা মীমাবা কৌবা, লুৱাং পাখঙ অথৌবা
খুশু তিমেন খুৎচুম্বা, লাইরেল পাদম লাকঙম্বা
তরা চয়োম য়োমখিবা, য়াওরৌ শাদান চৎখিবা
শঙাই লমচা তুখিবা, পনথৌ থৱায় ওনখিবা
লমদমদুবু কাউদবা, 'শঙাই-ফারৌ' কৌখিবা"।

২৭৪।  "শক্তমখিনি লুৱাংনা, খঙলকপা মীকুপতুদা
খাঙওল্লক্রে ৱাবনা, তনিকলক্লে নিঙমদা,
লাকা নুংগী ঈফুৎনা, পীরাং ওইরে মীৎলুদা
খুউ খুদক লৈতানা, খুরুমজরে পনথৌদা,
লেঙথোংলক্লে চীংগুন্না, য়াওরৌ শানা লেংবান্দা"।

২৭৫।  "হিয়াং হিরেল চাউথোয়না, হিথাংলক্লে শাংদ্রোংনা,
পুংগী-সেনগী খোঞ্জেলনা, অতিয়া মকোয় নিন্না,
লুৱাং অমাই তরেৎনা, তাইরেল পুংফাই হাইদোক্লা
উচান মৈরা চুখৎনা, কাম্বী মেংক্রুক মৈখুনা
খুরুমনরে মীয়ান্না, অথেম-পোৎপু কৎতুনা"।

২৭৬।  "হিরেলনি তুবীগুম্বা, খোইয়ুম মতীক চেন্না
শঙাই কোকনা লৈতেংবা, হিরুবাক্তা চীং-লেম্না
হিবু তোংলে অহানবা, লুৱাং শাগৈ পীবানা
হোল্লে হি পুক-তপ্লবা, লুৱাং হিরোই তরেৎনা
হেন্না মথোই হাপলিবা, লুৱাংঈগী ঈচেলনা"।

২৭৭।  "লমজেল্লকপদা হিনা, তেনজৈগুন্না য়াঙলিবা,
হাইদোরকপা ঈশিংনা, হিবান লান্না পাইরিবা
ঈরিক মকুপ মকুপনা, মরি মরি শমহৌবা
য়ৈরকপদা নুমিৎনা, চুমথাং লিশিং থল্লিবা
মীয়াম ফিঙৌ ফৌদুনা, য়েংনৈ কুম্মৈ ঙকলবা"।

২৭৮।  "শঙাইশেননি পাইরিবা", হায়নৈ মীয়াম হুপতুনা
"লাইজ ঈপাল লাংলম্বা, লোৎনৈ চেকশিং ঈরুপ্পা,
য়েনশন চরাং মল্লম্বা, লেমলৈ ঙানা হরাওনা
নংহৌদে চেনথোকহৌবা, মথক শমখি হিজাউনা,
কুম্মৈসিবু ঙকলবা, য়েংলি নোংদোল লাইশিংনা"।

২৭৯। "লৈচিল খোঙনেৎনদুনা, পরেং লেংলি লাইশিংনা
হৌনরুবা নাইদনা, মীরক চংলে মীওইনা
শক্তি উদে লাইনিনা, মীয়াম খঙদে থৌওইনা
শকউদবা লৈশিংনা, খুমিৎ থুগ্লে খঙদনা
নুংশিরবা লৈনমনা, পুমথল থল্লে শুমহৎনা"।

২৮০। "লাইশিংগীদি অথোয়বা, য়াওরি মপু লৈশেম্বা
উরুবদা চান্নবা, মচিন মনাও নুংশিবা
লৈবাক ৱাদা ৱাজবা, থৱায় থাগে থাঙম্বা
কুবীরগ্লে নুংঙাইবা, লৈবাক চাহোং ঙাহোংবা
য়াওরৌ শঙাই কাউদবা, কংলৈবাক্কী লনওইবা"।

২৮১। "হিয়াং য়েংলি মীয়াম্না, পরিং শেম্বাং তোংগুম্না
থবাক লেংজুম ঙানানা, কবোক পোক্লে খুবাক্না,
হিনা চেপথবা য়েংনা, মীসু চেপথৈ ৱাজনা
মতৌসিদা কনানা, খোঙবান চেল্লি পাখৎনা
ৱাজবগুম শলংকাক্না, নোংদোল তিয়া মখোঙনা"।

২৮২। "তোংজেং লৈরে লুৱাংনা, ঈমায়থক্তা তাউঙম্বা,
কুমগী নুংশুক নোংজুনা, লবুক লমহাং থুম্নবা
কুরাক মশা ঈনোৎনা, লৈরক খুল্লক শিল্লবা,
কিবা লৈত্রে লুৱাংনা, শিদা-হিদাকগুম্নবা
হিয়াং হিরেল হিনুংনা, ঙাইনি ঈচাও কুমখিবা"।

২৮৩। "লুৱাং লৈবাক নুংঙাইরে, হিয়াং থোইবা মতিক্না
লম্বী লৈতে কাউনরে, তেল্লে খোঙচৎ হিয়াংনা
ঈপাক ঈরং লান্নরে, হিবু তোংনা চোৎতনা
লৈবাক লান্না ললোল্লে, মৈতৈ মোইরাং শিনথুংনা
লুৱাং হৌনা হৌচোঙলে, মকা লামলে নিংথৌনা"।

২৮৪। *মৈতৈ পোইরৈ লমদমনি, তাওরোইনাইগী লৈবাকনি*
*লাইগী মচা ঙাক্তনি, পাখঙবগী লিক্লমনি*
মতীক লৈর লাইধৌনি, কংলা মেনবু তোংবনি,
মপুক তপ্লা হিয়াংনি, খোইয়ুম মাগী শক্তমনি
কংলৈ নাৎকী খুদোলনি, নিংথৌগীদি খোঙনেৎনি।

২৮৫। চীংউ মতিক লৈরবা, লাইরেল মৈদিংউশিংনা
লৈবাক মপু ওইরিবা, পা-থাঙ পু-থাঙ কায়দনা
থৌদোক ৱাথোক অথোয়বা, কুমজা কুমওন কাংদনা
ইরম্মী কাউদনবা, সনা কালি ঈয়েক্লা,
থৱায়গুম্না তাঙলবা, মাঙহন্দনা মতম্না।

২৮৬। হিয়াং হিরেল কংলৈগী, নিংথিজৈ থোইনা হেন্না
লৈতেংদুনা হিনাওগী, শামু মীকোক অমনা
খোইখোই শমলাং লুতুংগী, লেংপাক য়াঙবী য়ৈদুনা,
খুদমনি কনথৌবগী, মীরোল কয়া লাল্লক্লা
থুপল ৱারী থায়নগী, লিরি ৱারী হিয়াংনা।

২৮৭। থৱানথাবা পাঙ্গলবা, মৈদিংঙু চীংশোংঙম্বা
লান্দা থৌবা অকনবা, য়েক্লা মায়রোং য়াঙম্বা
থক-থক নীক্লা কিনবা, নৱা কপ্পা থেন্নবা
কৎনৈ লোইপোৎ অনৌবা, নিংথৌ পুক্লিং পেন্নবা
পামনৈ চারৌ মৌরৌবা, মৈতৈ নিংথৌ নকনবা।

২৮৮। থৱানথাবা মমোমনা, শক্তা হেনবী চনুনা
তম্ফা-য়াইরংচনবীনা, চীংখৈথানবী কোলোইনা
ওংলকপদা লমলান্না, খুমনগী মৌওইদুনা
চাম্মা চাম্মা খুজিংনা, অওং অউন তমদুনা
থিল্লকখিনি পনথৌনা, লৈবাক পুংজাউ থিন্দুনা।

২৮৯। লম করাম্বা খুমন্না, খনথহৌদ ৱাখলনা
মকু নিংথৌ কাওথোক্লা, য়েক্লা মরু হুন্দুনা
মৈতৈ লমখৈ লানশিন্না, লৈপুঙ উরোং থোন্দুনা
কায়হৌরুবা থৌওইনা, খুমনগী লমনি হায়না,
মৈ-হৌখি মৈদিংঙুনা, লৈবাক্কীদমক খন্না।

২৯০। "খুমন নিংথৌ মমাকনা, ইকায়বনা কাহৎনা
ওমলে থমোয় মৈহৌনা, চাক্লে মৈরী থোক্তনা,
ৱাতানরে চেকশিন্না, ৱাকপা অথৌ তুমিন্না
তাহন্দে তালোই কনা, মৈতৈ চনু, থৌওইনা
লমন খুমনি চেকশিন্না, মৈতৈ হাৎনি তুমিন্না"।

২৯১। চীঙ্বাল খোইহী তৈরবা, হৈমাং শানা মনানা
তাংজা লিনবু হূচেনবা, ফমজাও কাঞ্জা লোৎতুনা
শারে, হৈরাং চানিংবা, চিননিং লৈরাং নাপ্পদা
তিংইগুম্না লৌওনবা, ঊচিথেম্বী চিরোন্দা
হায়জৈ লান-পাংবীনবা, মকু মৈতৈ নিংথৌদা।

২৯২। "মৈতৈ নিংথৌ ইঙাইবু", হাজরিয়ে নমাক্লা
"খঙহনবীয়ু হৈরেম্বু, খঙঙমদ্রে খঙনা খঙনা
নাপল তৌবা ৱাতোলবু, ফমদেকপগুম্না ৱাক্লা
পাবানবা নোংহৌবু, চাথোক্কুম নোংজাবীনা
ঙকচাওথেকপা মখোয়বু, ৱারকপিয়ু ইকুনা"।

২৯৩। মৈতৈ নিংথৌ হাৎনবা, লানথোং শিল্লে খুমন্না
হৈরেম খুৎতা তুপ্পবা, নীংবা থুংলে খুমন্না
মায়পাক্লা হল্লক্লবা, হিরম থৎনি খুমন্না
লানথেংননি অরোনবা, লালু ককনি খুমন্না,
লম্বী থৎনা লাক্কদৌবা, লুমনা লৈরে খুমন্না।

২৯৪। মমাক নিংথৌ তেংবাংবা, পাম্বোম তিংনা মমোমগী,
খল্লে মীৎশিং নাশিংবা, খোঙমী লান্মী মৈতৈগী
হিরম খঙনা হিহোনবা, হেনবা হিরোইলক্তগী
থাংলেন নোংথাং পাইঙম্বা, হিজাউ হিরেল থক্তগী,
খোঙশাল্লে থৱানথাবা, হিয়াং তোংনা হিরেলগী।

২৯৫। মায়থিহৌরে হৈরেম্না, মায়োক্সবা লানফমদা
হন্নারক্লে মৈতৈনা, হরাও পুংথীন হিবান্দা
করিবুদি খঙদনা, তুম্বু চংলি খুজিন্দা
লোৎলি হায়বা উদনা, মুবা লিন্না লৈনাদা,
লানঙমলকপা মখোয়না, পাউদমলুনি মমোমদা।

২৯৬। লেমলৈ ঙাশক খঙঙম্বা, চাক্তারিবা লৈখাদা
মৈতৈ হাৎনি লুপ্লিবা, ক্বাকপা লুচিং য়াকাদা
থৱান ফানি খল্লিবা, অরোন খুজিল থৌরাংদা
মশাবীনা তেমশিংবা, পনথৌ মাগী মফমদা
লুনা থোক্তে খঙলুবা, চিংখৈথানগী লৌশিংদা।

২৯৭। খুমন নিংথৌ হোজংদা, চিংখৈথানবী ইবেমনা
য়েংনা পনথৌ মায়কৈদা, খুবাক লাইখল তাদুনা
কৌরে হৌনা মৈতৈদা, লানঙম হরাও ফোঙদোক্না
"নানবীরম্মু নঙাইদা, লানবু ঙম্বা খুৎশানা
পাউদমবীয়ু নমোমদা, মায়থীহৌরে হৈরেম্না"।

২৯৮। তীনখাককুম্না চু-ওন্না, শাবী মপুক ফারকপা
চীনগা খুৎকা তাইওন্না, মৈতৈ মবুং কৌরকপা
চৎখ্রো হায়বা ঈঙ্গিৎনা, খুমন খঙদ কাপলকপা,
পনথৌ মায়কৈ য়েংদুনা, খুৎখৎ তোয়না খৎতোকপা
পাওরৌনরি কংলৈনা, 'চীংখৈথানবী মীকৌবা'।

**সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা**

২৯৯। মীকৌ মীৎয়েং মমোমগী, উরুবদা থৱাননা
পন্দোল লোম্লে ঙকপগী, ৱাখল লংলা ফংদনা,
হিমায় লৈরে মাঙদগী, তুংদা লাকপা লোয়ননা
থাঙবু শৎনৈ থাঙখুমগী, লানবু ঙম্বা মৈতৈনা
থৱায় লৌনি খুমনগী, য়েনদেম থরাক শোয়গুম্না।

৩০০। মায়ওন থৈখ্রে মৈতৈনা, উরকপদা খুমন্না
লুতোন লোম্লে শাওনিংনা, খুমন নিংথৌ মপুনা
মলেম লৈকন খোঙ থীন্না, হকচাং চেংখৈগুম নীকনা
মীৎলু ঈখেং কারক্লা, খুৎশু থাঙলেন শৎতোক্লা
লাউথরকই নিংথৌনা, 'নথৌ পাঙথোকউ' হায়দুনা।

৩০১। হিরম মরীল লুমলিবা, অশাও খাম্বী মৈৱাইনা
খুমন নোংশা পাঙ্গলবা, ক্বাকপা লৈতোন পাম্বানা
হিবান পায়নি লামলুবা, নিংথৌ ফানি থৌরুবা
ফারে মাদুম অকনবা, মৈতৈগী এলাংবনা
কক্লে লুরেল অথোয়বা, নৌরেল খুৎহাই অমনা।

৩০২। ক্বাকপা মাগী লুরেলনা, হিনাওথক্তা থেৎতুনা
লেংপাক য়ৈরা শমলাংনা, ঈমায় শ্রো-শ্রো চিংদুনা
হোল্লক্লে হি লেপতনা, নুংশিৎ চাম্মা মাংথানা,
চৈঙাক হীবান থীন্দুনা, নৌরেল ঈথক তানথানা
লানঙম ঈশৈ শক্তুনা, জগোয় শানা হরাওনা।

৩০৩। থৌদোকসিবু নিংশিংনা, খুমন তাকতক মাঙখিবা
খুমন ক্বাকপা লুরেলনা, হিনাওথক্তা ফমৱাইবা,
য়াওরৌ শঙাই চীরোংনা, হিরুবাক্তা লৈতেংবা
লৈরি কয়া ৱাৎতনা, পুৱারীনা থম্লম্বা
লৈমন চল্লগা হেন্না, লৈশক লৈচু থোক্লিবা।

৩০৪। "ঐখোয় পোকপী পলেমনা, লোক্তাক লমদা লাকখিবা
পনথৌ কায়না মৈচাক্লা, ওন্না থোইনা খাঙখিবা
চীক্লা অহিং তাঙলৌনা, মোলাং চোৎনা কপখিবা
চানবী হৈবী কৈবুলনা, মথানুংদা কোনখিবা
তাবীয়ুকো খোইনৌনা, শঙাই ঐনা তমজবা"।

৩০৫। "থাজ মাগী ৱাখলনা, ৱাজবগুম নোংইন্না,
খোইনৌ ওইবী নহাক্লা, ৱাবীরিবা থোইদোক্লা
চানবীহৈবা মতৌনা, শেন্নবীবা নুংশিনা
শিংঙমলরোই নতানা, লাইবক থিবী ওইবনা
চৎলগনি ঐহাক্লা, ইতাই লমন নম্বোনা"।

৩০৬। নুংশিচাউবী খরশানা, থেমজিনলকই শঙাইদা
পলেম ওইবী মতৌনা, মমোম লাংলেন মফমদা
"খোয়নৌ ওইবী নহাক্লা, মতমচুপ্পা মীৎলুদা
পীরাং থুন্না ঈহৌনা, অৱা শকলোন মতৌদা
য়েংঙমদরে নতানা, মিহুল চোংলে থমোয়দা"।

৩০৭। "নুংতি নুমিৎ খুদিংদা, য়াওরৌ ওইবী খোইনৌনা
তাঙলৌ থেঙলা অহিংদা, মীৎকি কক্লা উইদনা
মাঙলমচৎকী মঙলান্দা, তুংলমচৎকী খন্দুনা
শুরি খুতুম থমোয়দা, কপ্লি তেংথা নাওইনা
চৈনা পুম্বা ঐঙোন্দা, ঙম্না পাল্লে ৱাৎতনা"।

৩০৮। "মহৌশাগী শক্তমসু, খায়রি কুম্বী কালেন্না
নোংদোল থাজ খোঙচৎসু, হোংলি অমম-অঙান্না
মতম মাগী খোঙজেলসু, লোইনৈ অয়াঙ-অতপ্পা,
নিংথৌ ওইবা পন্সিসু, পুল্লি অৱা-নুংঙাইনা
য়াওরৌ ইতা পুন্সিসু, লৈনি অকা-অকুন্না"।

৩০৯। "নোংদোল শীন্না হিহোনবা, লৈচিল মপৈ-মপৈনা
নোংদুম অমুক মওইবা, নোংলিক পরেং লেংদুনা
মালেম লৈদা শিল্লবা, ঈরম-খোংলম ওইদুনা
লোক্তাক ঈপাক তিনখিবা, অৱা মৈশা কোক্কুন্না,
খোইনৌ নঙগী অৱাবা, পুখীগনি মতন্না"।

৩১০। "করি-দৌগী ইতানা, ৱারিবনো ৱামন্না
পোক্লবদি থৱায়না, হনখিদবা শোয়দনা
লাক্লবদা পুংফন্না, অরোইবগী মীৎকুপ্না
কৌরক্লবা মহাক্লা, খুলাম তোইনা হল্লক্লা
খাঙঙমগনি কন্নানা, কন্নাবুদি নুংশিনা"।

৩১১। "শঙাই কৌবী নহাক্কি, নতীক নঙাল নাইরিবা
শঙাই কৌবী নহাক্কি, অৱা হুইজোং লাংলিবা
শঙাই কৌবী নহাক্কি, তনিক তনিক খাঙলিবা
শঙাই কৌবী নহাক্কি, পুন্সি য়াচংলক্লবা
শঙাই কৌবী নহাক্কি, সন্ধ্যাই ঈশৈ শক্লিবা"।

মরিশুবা

# তামনা তামনখ্রবী

৩১২। "খোইনৌ নঙবু নুংশিবী, শঙাই ঐগী চান্নবী
ঐগী ৰাদা ৰারিবী, পীরাং পীরোইনরিবী
হুপনৌ শজিক কাউরিবী, লাইজা লৈতোন তংদ্রিবী
অৱা হুইজোং লাংলিবী, খনাও চরম কংলিবী
খরশা পাঙ্গল শোল্লবী, পুন্সি খোঙলোই লোয়নবী"।

৩১৩। "ঐগী ৰাবা ৰারীনা, খোয়নৌ নঙবু কপহনবা
মীৎলু পীরাং ঈচেলনা, খজাই চায়রুং চোৎহনবা,
নুজা ওইবী কনানা, খায়না মৈশা লাংলবা
মোলাং মায়দা উপশিন্না, শাইনোন চোৎনা কপ্লিবা
পনথৌ খঙখিনি কিন্না, পাঙখকলেনে ৰারীবা"।

৩১৪। "নোংইন লাবা অমোমনা, থেক্কা থেক্কা নৌরিবা
থাবল ঈপোম লাংমিন্না, লীক্লাই হৈরু পীরিবা,
ফাইরেল লৈচিল ঙাওবনা, থাজ মায়থোং লুমখিবা
নোংইন শানৌ ৰাজনা, শাবী নীংবা কায়রিবা,
খাঙবা ঙমদে নাতানা, ঐগীদমক ৰাবীবা"।

৩১৫। "ৰাংলেন্দদি অদুঁঙে, য়াইফবতা মথংই,
কোরৌ মঙাল নাইরিঁঙে, মালং রি-রি মহুমই
থাবি চংনা ৰাংলিঁঙে, থাবা মশেক মমাঙই
নোংজাবীনা ঙাল্লিঁঙে, উরোক তময়া মঙৌই
পাম্বা তুমখুল তাল্লিঁঙে, ঐখোয় চরা মতমই"।

৩১৬। "মতমদুগী কংলৈনি, অপাম খুদিং ফংলম্বা
হানৌ শজীক পুমশংনি, মীৎয়েং তাম্না তামলিবা
চীংদা লৈগে ইনীংনি, অদুক হাক্না ৰাংদবা
তমদা কুমগে ইখানি, তুমনৌ ইরেপ তল্লিবা
ৰাৎত-পাদ লমদমনি, য়াওরৌ ঐখোয় পামজবা"।

৩১৭। "কাওরেল কোনজন মতমদা, নুমীৎ খুদিং কায়দনা
চৎলু-চৎলু মফমদা, কদায় করি থিদনা
ঙম্না পুল্লি অমদা, য়ারেকমিন্নে হ্রাওনা
নুংঙাই লৈরু-লৈরুদা, কনা কীদে থৌওইনা
লাইরৈবাকুম মালেমদা, কয়া পেনজৈ ঐখোয়না"।

৩১৮। "কোরৌ শীংবুম কয়াদা, শাবী ওইবা মহাক্না
তাঙলৌ থেঙলা অহিংদা, ঐখোয় খ্বায়বু কৌশিন্না
লিবী ৰারী 'চীকপদা, লমমীৎ তুমীৎ তাকপিনা
শুক্না মন্না উমংদা, য়ৌদনবা খঙদনা
শাহীংচাবা মখোয়দা, চেকশিনদবা ঐখোয়না"।

৩১৯। "ওল্লাং অহিং কয়াদা, ঙাওন-শাওন ঐখোয়না
হকচীক লাংই থাবন্দা, ইচাশিংগা লোইননা,
অদুগুম্বা তাঙলৌদা, শাবী ওইবা মহাক্না
ৰাজরবা ঐঙোন্দা, নানথবীখি খুৎশানা
মাগী শামু হকচাংদা, মোনখাঙনরুই নুংঙাইনা"।

৩২০। "অয়ুক য়েন্দা অহাননি, পোম্বী কনা হৌদ্রিঙৈ
মমলি মমলি মঙালনি, কোরৌ পুরা শাৎত্রিঙৈ
চীংয়া তময়া লমপাকনি, অহিং লিক্না চুরিঙৈ
নুমীৎ খুদিং মতৌনি, য়াহৌমীন্নে চিক্লিঙৈ
ইচাশিংবু হৌদোকনি, চফম তানসি ঙল্লিঙৈ"।

৩২১। "মাঙদা চৎলি ঐহাক্না, ইচাশিংবু লমজিংনা
খোঙকাপ মতা য়েংদুনা, লৈকুৎ-কোঙ্গুৎ তাক্তুনা
তুংইল্লকই ইচানা, তবী-তবী খোঙথাংনা
মরক লেপ্পী য়েংদুনা, ইচাশীংবু ঙাইবোইনা
তুংদা লাকই শাবীনা, ঐখোয় খ্বাইবু শেন্ননা"।

৩২২। "মতমদো নুংঙাইবনি, নিংশিংবদা খোইরাংই,
পোইরৈ চীংয়া তময়ানি, কিবা লৈতে মনুংঙাই
লবুক লমহাং মফমনি, লৈতে লাংদে মচীকই
চীংজুম লাইজ ঈফুৎনি, কুমসু কাংদে, ঈচেল নাই,
শাবী মানজ মহাকনি, ঐবু লমজিং লমতাকই।"

৩২৩। "মাঙলমচৎকী মতৌদা, ইংনা চীক্লা লৈনিংই
মালং ঈথক ঈপোমদা, চেন-চোংনা শান্ননিংই
ইচাশীংগী কুম্মৌদা, নোক্লা নোক্লা য়েংনীংই
শাবী মাগী চেংলৌদা, চারা নোংখন্নানিংই
তুংলমচৎকী পুন্সিদা, ফংলরোইদ্রা খোইরাংই"।

৩২৪। পাউখুমলকই খরশানা, "য়েলহৌঙৈগী মতমদা
য়ৌদা মফম শঙাইনা, তময়াদুনা করিদা?
রি-রি হুম্বা মালংনা, থাবল্লৈগী লৈকোন্দা
হুরকপগুম লৈনম্না, শিল্লকপগুম মালংদা
য়াওরৌ নঙগী কোলোয়না, শোন্নদবা কদায়দা"?

৩২৫। ৱাজৈ য়াওরৌ অনিমক, য়েলহৌঙৈগী চান্নবী
পুরি পোৎলুম অনিমক, লৈফম চাফম পুল্লিবী
লোয়নৈ চিন্তা অনিমক, অৱা মৈশা লাংলবী
খাঙলি চৈনা অনিমক, নমু মীশৌ চঙলবী
কপলি খোইনৌ অনিমক, পুন্সি লিক্লম তেল্লবী।

সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা

৩২৬। সনামানবী শঙাইদা, নুংশিবীবা কনানা
ঙৌরা চেবাং চেনাদা, ইরি সনা কালীনা,
চৈথারোলগী চেনাদা, পুৱারীবু শৈথানা
কুম্বাবাগী লমায়দা, য়াওরৌ মাবু শক্তাক্লা
শকলি শোল্লি নুংশিদা, চহি লিশিং কাউদনা।

৩২৭। শঙাইথেলবু হায়নবা, শঙাই মানা লৈরম্বা
শঙাইব্রৌবু শোন্নবা, শঙাই মানা পামজবা
শঙাইলৌবু মীঙ্গৌবা, শঙাই মানা চাক্তাবা
শঙাইতাবী কৌনবা, শঙাই মানা খোয়দাবা
শঙাইতগা লোয়নবা, শঙাই মানা কাওদবা।

৩২৮। মীচাপোক্তি লমলানবা, চীংলোন লান্না লাকখিবা
**এলবান ৱীলসন** মীঙ্গৌবা, মালেস মচা অথোয়বা
য়াওরৌ অমা উরুবা, নোংথাংলৈমা ইকায়বা
খুদুং কাওনা লমথাবা, খুমাং হোৎনা লমজেলবা
লোক্তাক খোংবান পামজবা, শঙাই মানি নিংথিবা।

৩২৯। লৈহী পাম্বা খোইমুনা, কোয়না লৈনা পাইঙম্বা
লৈকা ফিজোল হায়দোকনা, লৈহী চফু থিগুম্বা,
মালেম শিন্না শিনথুংনা, **পারসি এলদি** কৌনবা
ঈৱাংদগী অংগ্রেজনা, লোক্তাক পাৎপান য়ৌরুবা
মীৎচানরুই তঙক্লা, য়াওরৌ অমা নিংথিবা।

৩৩০। কুচু সনা ফুদোংবী, তিঙদা তেনজৈ তেম-মানবী
পীশুম থোই-খোই চীহৌবী, 'সুক নিংথিনা তুবানবী
কোইরাও মীৎসনা পাজোম্বী, তথক মীৎয়েং খোয়রাংবী
ৱাহং চাম্মা হংলিবী, য়াওরৌলক্তা অথোয়বী
য়াওরৌ করি নিংথিবী, য়েংনা য়েংনা য়েংনিংবী।

৩৩১। লমজাউ উচেক উয়ানা, মরুপকুম্না লোয়নবী
নৌরা কম্বোং হানৌনা, তারা চাউম চীন্দম্বী
তাঙথক নাইবা ফুমদিনা, ফমজাউ মোমপাক মওইবী,
ওইনি মহাক শোয়দনা, য়াওরৌ শকখঙনদ্রিবী
মীংচৎ উরোং তমদনা, কংলৈপাক্তা লৈরিবী।

৩৩২। লৈপাকলৈদি লৈরাংসু, কালেন মৈশা মঙাইরি
মরিং য়েম্বা খোঙজোমসু, খুমু লোঙখুম থোক্তরি
নোংমাইচীংগী লুহুপসু, লুপা ফিঙৌ কুপতরি
নিংথৌ তুরেল ঈচেলসু, থব্রান পরেং তাউদরি
য়াওরৌ ওইবী মহাকসু, সনা মীংলেন থোন্দরি।

৩৩৩। চহি কুমজা লাল্লক্লে, **গুথ্রি** কৌবা সাহেবনা
লোইবী চীংশাং শমলক্লে, উপাল ৱাপাল হায়দোক্লা,
মীৎয়েং পাদম লাকলক্লে, লোক্লম কয়া লান্দুনা
লম্বী লমশাং ককলক্লে, কছার-কংলৈ ফাওননা,
ফংলুবদা থকৎলে, চীরোং অমা তেক্তনা।

৩৩৪। চীরোংদুবু খুনগৎনা, উফুল ৱাইফুল কনথোক্লা
মোমোন নোকচৈ **গুথ্রি**না, খল্লুবদা খৌরাংনা,
ফংলে চীরোং **মেক্লিন**না, খুদোললকপা **গুথ্রি**না
থোননি মিংথোন নিংথিনা, শঙাই মাবু শক্তাক্লা
খঙহৌনবা মালেমনা, তাহৌনবা তাইবংনা।

৩৩৫। মীংথোল তম্লে **মেক্লিন**না, শঙাই মাবু নিংথিনা
**পারসি এলবু** নিংশিংনা, *সরবস এলদি* কাওদনা,
ওমর ওইরে লেংদনা, তাইবং চারোল শুরোলনা
লৈহৌরনি মুৎতনা, কৌব্রু চীংগুম লেংদনা
কংলৈ লমবু শক্তাক্লা, শঙাই কৌবী য়াওরৌনা।

## সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা

৩৩৬। কবো অৱা লৈবাক্লা, *থামিন কৌনা মীঙ্গৌবা*
পামজবনি মহাক্লা, মীনবু উমং অশোংবা
মিতাবগুম নোংইন্না, থাবল চীংমায় ফিঙৌবা,
শঙাই কৌবী নঙগুম্না, শাগৈ নাতৈ তাল্লবা
তেংনৌ ৱাগুম শিকংনা, মানি তনিক খাঙলিবা।

৩৩৭। শঙাইগুম্না নিংথিবী, য়াওরৌ ‘মসু তরক্লা
হৌরক কাঙখুল তিন্নবী, পলেম-মগী ঈগুম্না
চীংলোন লান্না ওংলবী, তোরৈ ঈরম খাইগুম্না
অৱা হুইজোং লাংলবী, থঙ্গোংগুম মপাঙ কায়না,
*লমাঙ* কৌনা মীঙ্গৌবী, তাল্লা থাইলেন্দ লৈবাক্লা।

৩৩৮। *থামিন, লামাঙ* অনিনা, কংলৈ লমদম তামখিবা,
খমৱাং শাৎপা লৈরাংনা, মরু চঙনা মুল্লবা
শজিবু নুংশিৎ ’ঙাওনা, লৈরাং চোইনা হুমখিবা
চীংলোন চীংলোন লান্দুনা, লৈরাং চার হৌখিবা
পঙ্খকতুনি মতম্না, য়াওরৌ তামনা তামখিবা।

৩৩৯। “শঙাই ঐগী নুংশিবা, ঈরেমখাকনি মখোয়না
চীংলোন লান্না লানখিবা, মচেম ঐবু থাদোক্লা,
ঐনা করি লানখিবা, নহালমুক্কী মপোক্লা
মপু মাগী করম্বা, অশাও মীৎয়েং অমনা
ঙসি ঐনা ফংলিবা, ইচেমশিংগা লাপথোক্লা”?

৩৪০। “ওনথোকপনি তমলম্বা, শেৎনৌ খাইনৌ লাইবক্লা,
কুমজা কয়া হৌখ্রবা, নুংশিরবী মখোয়না
মীৎয়েং লান্না লৈখিবা, মৱা-মপাউ তাদনা,
পুক্সি য়াচংলক্লবা, লাইবক থিবী শঙাইনা
ফংখিগদ্রা উজবা, ৱাজৈ নতা ঐহাক্লা”।

৩৪১। খোইনৌ সনা চান্নবীনা, থেমজিল্লকই খরশানা
*"তাইবং মখোয় ৱাহৈনা, হায়নবনি কাওদনা*
*নিঙোল ওইবী মপোক্লা, মপাম লমদম থাদোক্লা*
চৎখিগনি শোয়দনা, মপুরোইগী তুংইন্না,
তমলম্বনি শোয়দনা, পুরকপনি মতম্না"।

৩৪২। "যুরাল কৌবী থৱায়না, অৱা অনা কাওথোক্লা
মীৎকুপ অমা হরাওনা, মালং ফৌসু লকননা
হিংলম্লগা খন্দনা, কেমখিবগুম থৱায়না,
*থামিন লামাঙ* মখোয়না, খরশা শঙাই ঐখোয়না
লোইখিগনি খঙদনা, ঈপাক কোঙ্গোল তাক্কুম্না"।

৩৪৩। "হায়নবদাই তাইবংনা, শোন্নবদাই মখোয়না
অৱা মউ লিংদনা, নুংঙাই মপাল থাদনা
খুবাক খুনম মতৌনা, মতম মাগী খোঙচৎনা
ওইহনবনি খঙদনা, নাশোন পীক্লা তুমিন্না
ঙসি, চাক্লি মহাক্লা, হয়েং নিংথৌ মওইনা"।

৩৪৪। "উথম্বালদি লৈরাংনা, য়োক্লবসু চীংনুংনা
ওইখিবগুম তম্পাক্লা, লৌখিগুম লাইনিংথৌনা,
কফুৎলক্কী ইতানা, লাইবক ফবা মপোক্লা
লৈহৌরনি লেঙদনা, কোরৌ মশেক্কুম লংনা
মদুবুনি থৱায়না, তান্নরিবা পামননা"।

৩৪৫। "শঙাই কৌবী নহাক্লি, নতীক নঙাল নাইরিবা
শঙাই কৌবী নহাক্লি, অৱা হুইজোং লাংলিবা
শঙাই কৌবী নহাক্লি, তনিক তনিক খাঙলিবা
শঙাই কৌবী নহাক্লি, পুন্সি য়াচংলক্লবা
শঙাই কৌবী নহাক্লি, সন্ধ্যাই ঈশৈ শক্লিবা"।

### মঙাশুবা

## আশাগী মঙলান্দা

৩৪৬। তমখ্রবদা লাইবক্লা, ককপা ঙমদে হায়নবা
মপু মাগী নোংদম্না, শেৎনৌ খাইনৌ তল্লম্বা,
তোরবুংদগী শঙাইনা, কৈবুল লমজাউ ওংখিবা
থাবুম তরেৎ নাওপুনা, শাবী লাকপা ঙাইরিবা
লাকানুংগী পীরাংনা, ওইরি ইঙা নোংজুবা।

৩৪৭। ৱাখিবনি শঙাইনা, অমতসু নৎতবা
খাম্বী মৈশা মৈৱাইনা, নুজা তনীক খাঙখিবা
শাবী কায়না মৈচাক্লা, থমোয় লাইয়ুম কায়খিবা
লোক্তাক লাইজা ঈমায়না, নিংদোল চাংজৌ থুমখিবা
মীহুল থরক হুনগৎনা, ফুমদি খোঙনেৎনখিবা।

৩৪৮। মচু মচু লৈগুমনা, চীংমায় থন্না ঙাল্লিবা
চিনবীনবা লৈতনা, লৈখোক লোয়না কেনদৌবা,
তাবু লুবাক চন্দনা, ইধৌশিংনা লীরম্বা
লৈচু খজিক মাঙদনা, লৈনা অমা তেক্ত্রিবা
ৱারীদুনি কংলৈনা, অকাও পরৈ চল্লবা।

৩৪৯। থৌদোক্কুনি মোইরাংদা, কুমজা কয়া শাংলবা
চীংঙু থাংজিং শুমাংদা, শাইওন পরিং লেংলিবা
শাইওন খুদিং লৈয়োন্দা, লৈহীতনা চোল্লবা
লাংওন মগী পুংজাদা, য়াওরৌ ৱানা ৱাজবা
তনৌরবী থম্মোয়দা, খাম্বী মৈরী মৈৱাইবা।

৩৫০। *চীংউ অশাও মীৎয়েংনা, কুমজা অমা কুমগাংনা*
*লৈবাক তোরৈ ঈরৈনা, ৰানৈ মোইরাং য়ুমথোঙনা,*
*খারি লৌফম ফৌদিনা, হৌঙমদে শীকংননা*
*ইখোল হঙ্গাম হৰাইনা, পানদ্রে থরাক হামচৎনা*
*মপুক হাপলে ফৌগৈনা, মৈমুৎনরে চাকখুন্না।*

৩৫১। কুমগী নোংজু কাঙলক্লে, ঈফুৎ লাইজা লেপলক্লে
লৈকোল লৈরাং কংলক্লে, হৈকোল হৈমী শামলক্লে
মকু নাহে তোয়রক্লে, শবী চোলোম তৌরক্লে
লমহুই মীরক শমলক্লে, তোকপা মংথোং হাংলক্লে
হংঙালাওবী কপলক্লে, মীশি মীনা কুঙলক্লে।

৩৫২। মোইরাং নিংথৌ পুরিকলাই, লৈবাক ৰাবদা ৰানা
হৈরাং লৈরাং কৎলকই, চীংউ লাইথোং হাংদুনা,
লাইতাইনবী লেংথোকই, মচা-মনাই থৌগন্না
লাইগী লাইপাউ চেল্লকই, শরীক শেম্বুং খিংদুনা,
মোইরাং হুপ্না ঙাইরকই, করি থোকনি লাংতক্না।

৩৫৩। লাইফাওরকই মাইবীনা, শাশিং চাম্মা কৎনবা
খোঙতেক-মীৎতাঙ য়াওদনা, লমচা হাতম ওইরিবা,
ঙাশিং চাম্মা লোয়ননা, লোক্তাক ঈয়াই চাক্তাবা
কোরৌ শিংবুম লান্দনা, তগৎ তগৎ তেক্লিবা,
শোইফদ্রবা লাইপাউনা, ৰাজৈ নিংথৌ থৌঙম্বা।

৩৫৪। লৈবাক ৰাবা কোকনবা, থৱায় কৎকে কৎঙম্বা
কেগে ঈদি অশেংবা, থৱাই মীহুল অচঙবা
শামীৎ লানমীৎ খঙলবা, খুৎকাপ তেনকাপ চুন্নবা
মীৎয়েং কারল শোয়দবা, অঙম অথৌ ৰাৎতবা
মোইরাং-বাকনি তাঙলবা, মীংচৎ উরোং খিনঙম্বা।

৩৫৫। নুপালক্তা অথোয়বা, কেগে মোইরাং লনওইবা
পাখঙ য়াঙদোঙ ফারবা, তালোই তুইন তমদ্রিবা
নিংথৌ খনবা পাঙগলবা, লৈবাক ৱাদা ৱাজবা
কদেং কৌবা অথৌবা, মথৌনানা ফমনাইবা,
লৌরে থৌদাং লুল্লবা, য়াওরৌ শায়াম ফানবা।

৩৫৬। কদেং মরুপ কদাংনা, হুইথৌগুম্না মীৎশিংবা
লোক্তাক তুবৎ হিহোন্না, লাংজাউ ঈয়াই থাঙম্বা
লাইরেল ঈহল ঈরুপনা, ঙাপী ঙারেল ফাঙম্বা
ঈপাক লোংউপ তান্দুনা, ঙাহৌ ঙানোয় হুমঙম্বা,
লৌরে থৌদাং নোলুক্না, ঙারম চাম্মা ফানবা।

৩৫৭। মরুপ অনি চান্নজৈ, কদেং কদাং নুংশিবা
নিংথৌ মাঙদা পুনেমজৈ, পাবোৎ শনগুম পাঙ্গলবা
'ইথৌ পাংগে' নোলুকচৈ, থৌবু ঙম্বা থৌঙম্বা,
উরুবদা চাওথোকচৈ, মদাইরেমদি ফমনাইবা
নীংবা থুংনি হরাওজৈ, লৈবাক নিংথৌ লোইনবা।

৩৫৮। মোইরাং লৈবাক অথোয়বা, ৱাৎতেদনা অথৌবা
লৈবাক খৈনা ৱারবা, মতমদতা 'সিগুম্বা
চোংথোরকই অকনবা, পাম্বা মায়রোং য়াঙম্বা
তম্বা থরায় কৎঙম্বা, পাম্বোম পাঙ্গল চোক্তবা,
পুরিকলাইগুম য়াইফবা, কনা নিংথৌ লৈগবা ?

৩৫৯। ইনিংথৌনা পেনবীরে, অথৌ অনি থৌনাদা
পানা খুদপ পীবীরে, চরৈ নমখাং নাঙ্গলদা,
থিল্লে ফমথোন হরাওরে, শারুংহনবা কদেংদা
পাথৌগীসু ৱাৎতরে, ঙারুংহনবা কদাংদা
শিনথা পাঙলো তাকপিরে, হয়েং ইনুং ঙানবদা।

৩৬০। মরানয়াইবু য়ৌদনা, কদেং থাংজহনবনা
তম্বা থৌদাং নম্বোনা, খোঙদোইরক্লে নুংনাংনা
"হৌদোকলুনি করিনা, পাউদমলুনি করম্না,
থমোয় কায়রা পাউসিনা, মচিন থৌরা তেনওইনা
পাল্লুরনি শোয়দনা, তোনু থমোয় থিনগায়না"।

৩৬১। "করি খননি লাইজিংনা, কায়না মৈশা লাংলবা
নৌজরিবী মহাক্না, পনথৌ কোন্দা শাৎলিবা,
মীৎকুপ অমা মতম্না, কোরৌ শীংবুম মওইবা
ঐগী থমোয় থাজনা, থাবুম অমা কায়নবা
ওইহৌরনি শোয়দনা, কম্বী ঙৌরা ঙাগুম্বা"।

৩৬২। পাউদমলকই কদেংনা, লক্কক লক্কক ৱাহৈনা
"মোইরাং কুমগাংখিবনা, লৈবাক ৱারে পন্দোন্না
কোকনি ৱাবা মীয়াম্না, শারম চাম্মা কৎপনা
শোইফদ্রবা লাইপাউনা, পায়মা খৈনা থাজনা,
শারম ফাগে পাখংনা, হঙ্গৎচরুই নোলুক্না"।

৩৬৩। "হয়েং কৌবা কোরৌদা, তোরবুং লমজাউ কুমলুগে
চীংমায় খুদেং শাবদা, শাফা ৱাঙম তমলুগে
চীংউ মাগী থৌজান্দা, তম্বা ইথৌ পাঙলুগে
লোইদাম থাবুম মকমৈদা, নিঙোল নাক্তা লেপ্লগে
শানৌ নঙগী নফমদা, পাখঙ ইপাউ তম্লগে"।

৩৬৪। "মানজ করি য়াৱানো, নোংদি মঙদে খাকলাওবা,
খোইয়ুম কনা থৌরাংনো, পাম্মু থমোয় লৌওনবা
নমু কনা চিরোলনো, নিঙোল ঐবু ৱাহনবা
চীংউ ফৎত কনানো, তোনু ঐবু কপহনবা
ঐগী করি ইরালনো, থমোয় লাইয়ুম কায়হনবা"?

৩৬৫। "মানজা নঙবু লোইয়ুম্বা, নিঙোল থৱায় কৎথ্রবা
নোংমা নপাউ তাদবা, ঐনা কয়া ৱাজবা
মীৎকুপ ʼমতং উদবা, কুমজা ওইনা খনজবা
থাবুম অমা শেৎনবা, নিঙোল করি ওইদৌবা
ঙমলোই ঙমলোই কায়নবা, মানজা নঙবু থানবা"।

৩৬৬। "নুরা ইনেম মচানা, অৱা চৈনা ফঙদৌবা
মৈশা লাংলা ঙাগুম্না, ৱানথ-ৱানথা খাঙদৌবা
মদু পুম্বা পাখঙনা, খঙনা খঙনা খঙদবা
লৈবাক ৱানা লুম্বনা, ইনিংথৌদা হায়জবা
ইশানৌও নহাক্লা, করি থৌগী খঙদবা"?

৩৬৭। "থাবুম অমখক্তনি, শানৌ নঙগা কায়ননি
মীৎকুপ পুংজা হৌখিনি, খঙদা খঙদা লানখিনি
ঙসি চৎখি হয়েংনি, হংচিৎ অদুম মওইনি
শানৌ নঙনা শীং-থানি, পাখঙ ঐনা শীং-শৎনি
লেপতা মতম ঈচেলনি, ঙাইনা ঙাইনা কাউখিনি"।

৩৬৮। "তাইবং মীরমলকসিদা, কায়নরবসু নঙগা
নুমিৎ খুদিং খোমলেন্দা, লৈমিন্ননি নঙগা
পোম্বী চেক্লুম ফৈরাদা, চীল্লোকননি নঙগা
মিনা ইনগুম হকচাংদা, থাদোকনরোই থক নঙগা
নোংদোল লৈচিল লমহাংদা, শান্নমিন্ননি নঙগা"।

৩৬৯। "য়েংউ, শিনৌ লৈরাংনি, লাইনিংথৌদা কৎলুবা
লাইরৈবাক্কী লৈরাংনি, কুমগী নোংহৌ ঙমজবা
কুহী কুম্বান লৈরাংনি, কুমজেং কোরি কারিবা
কোম্বীরৈদি লৈরাংনি, তাইবং পুকনিং হুরিবা
মপু লৈমন লৈরাংনি, পাখং ঐনা খুনজবা"।

৩৭০। "শিঙেল লৈরাং মউনা, নুরা খুবোম শকমানবী
শিঙেল লৈরাং লৈনা, নুরা ফিশাতেমগুম্বী
শিঙেল লৈরাং পোম-বোমনা, নুরা খুনাও পুম্বুম্বী
শিঙেল লৈরাং পোমশাৎনা, নুরা লৈরাং লৈওইবী
শিঙেল লৈরাং কোলোইনা, নুরা কনা মিংমানবী"।

৩৭১। "কুমজা কুমওন কাংদনা, শজিবু থা লাকপদা
তুংওই চহী থাদোক্লা, মাঙওই চহী হরাওদা
কংলৈ য়ুমথোং খু দিংদা, লাইনিংথৌগী মফমদা
উচান মৈরা কৎতুনা, অতেক অনৌ তম্বদা
লৈশাৎলিদো কোম্বীনা, কোম্বীরৈও কংলৈদা"।

৩৭২। লীজৈ ৱারী শানৌদা, লৈরোল ৱারী কোম্বীগী
অদুঙৈ য়েলহৌঙেদা, শাইওন ৱারী কোম্বীগী
থাংজিং ইধৌ শুমাংদা, লাংওন ৱারী কোম্বীগী
লোক্তাক ঈৱাই লমদমদা, নোংগুম ৱারী কোম্বীগী
নমু তাইবং মীরমদা, লৈশাৎ ৱারী কোম্বীগী।

৩৭৩। "হায়নৈ শোন্নৈ তাইবংনা, কোম্বীরৈবু কাউদনা
শাবী শানৌ ওইবনা, নুংশি ঈপাক কুম্মিন্না
চীংউ মাবু থাগোন্না, লৈরাং মাবু মীৎচানা
অপাম-নুংশি ৱাইথুংনা, লৈমিন্নশি নুংঙাইনা
ৱাশক্তুবু নিংশিংনা, ৱাশক-পরৈ-লৈ হায়না"।

৩৭৪। "কোম্বীরৈও মহাক্তি, পোকচবনি নোংথৌদা
লৈশাৎ তম্বী মহাক্তি, থোংঙারেলগী লৈকোন্দা
কবোক চায়রি মহাক্তি, নিংথৌ তুরেল তোরবান্দা
নাচোম লৈনি মহাক্তি, নোংথাংলৈমা নাপ্পদা
লৈনম শিল্লি মহাক্তি, থাবল নিক-নিক ঈপোমদা"।

**সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা**

৩৭৫। "নোংমা কোৱৌ অমদা, থোংঙারেলগী তালোইনা
হায়জৈ নোঙ্গে মপুদা, তোংজৈ থাবুম লানশিন্না,
খোঙদোইরুগে মালেমদা, লৈচিল পোমায় লান্দুনা
লৈজরুগে মীরমদা, তাইবং চিঞ্জাক চাদুনা
তিনজরুগে খঙহন্দা, চনু কনা শাইওন্না"।

৩৭৬। "পাউখুমলকই 'শিবনা, থেমজিনবীখি মোমনুদা-
মায়কৈ সিনি খঙদনা, তাওথরিবা ঈচেলদা
ঈমায়থক্কী কোঙ্গোলনা, লুপখিবগুম ঈনুংদা,
তুংগী পোলোই খন্দনা, নুপী ওইবী ৱাখলদা
থু নি লাংদা নহাক্লা, তাইবং লোনচৎ চাকচাদা"।

৩৭৭। "খুৎথার অনাবনা, করি উদে ময়াগী
উল পোকপী হীমালোইনা, করি খন্দে নুংশাগী
কায়নবগী পীরাংনা, পোলোইনি নুংশিবগী
মালেমগী ফজবনা, মঙম শান্দ্রে ৱাখলগী
খমনুংগী লাইরেম্বীনা, লৌদ্রে য়াৱা থোংঙাগী"।

৩৭৮। "থোংঙারেলগী লৈকোননি, লৈরাং থন্না শাৎলিবা
মচু মচু কয়ানি, মীৎনা থক্লা তাল্লিবা
রি-রি শিংপা মালংনি, লৈরাং লৈনম য়েল্লিবা
খোইমু খোইনিং পরেংনি, ঙংনা ঙংনা পাইরিবা
লাইরেম্বীগী মীৎয়েংনি, পামজ লৈরাং খল্লিবা"।

৩৭৯। "পুমবুমনবা লৈরাংনি, লাইরেম্বীনা খল্লিবা
লৈরাং লৈচু পশোৎনি, লৈচিল ফিরুক খুমলিবা
থোঙারেলগী থৱাইনি, মোমনু তালোই খোইদাবা
পামজবসু 'সিতনি, মফম খুদিং লোইনবা
তাইবংলক্তা থারুনি, লাইরৈবাক্কী লৈওইবা"।

৩৮০। "ঈশানৌও নঙোন্দা, শিন্নরনি শোয়দনা
নাও-ওইবগুম নফমদা, নপুকথোক্কী নমোমনা,
লৈরাংসিবু মালেমদা, নমু মীনম তাদনা
লোইবী চীংয়া তময়াদা, কোরৌ মৈশা য়াক্তনা
ঈনিল পোকপী লমদমদা, থারু লৈরাং চেকশিন্না"।

৩৮১। "অদুগনে, নহাক্না, তাইবং য়ুমথোং চংলকউ
পলেম পনথৌ খন্দুনা, মমোম লাংলেন ফুইরকউ
খোইনৌরক্তা হরাওনা, শিন্নাই নাইফম কারকউ
নোংদোল থৱানগুম লংনা, মালেম লৈকোয় ঙাল্লকউ
কুমজা লিশিং পুন্সিনা, তাইবং শিনথা লোমলমউ"।

৩৮২। "নিঙোল ওইরা নহাক্না, তাইবং চাক্না মরু ওই
তম্বা ওইবা কনানা, নুংশি মীৎচানফরোই
হৈজিং খরাই তমদুনা, য়ুমলেপ চার তমফরোই,
য়াৱাশিংবু তাইওন্না, শানৌ নঙবু ঙাকপিরোই
শরিসো, নহাক্না, পুকলৌ পাওরৌ থমফরোই"।

৩৮৩। "নমু পুকনিং ৱাখলবু, উৎপগুন্না মায়থোংদা
নোংদোল থাজ চেলৌবু, তাবগুম লাইজনুংদা
মালং অয়াং খোঙজেলবু, খঙবগুম্না লাংদোলদা
শানৌ নঙগী পুক্লিংবু, খঙনি লৈকোল লৈরাংদা
ওন্নি ঙৌবা লৈনাবু, মুনা লৈরাং লৈচুদা"।

৩৮৪। "শোরারেলগী লৈমনা, লৈরাং চরোং পায়দুনা
থৌগল কনা য়াওদনা, লৈমা ফিগে হোংদোকনা
লৈচিল পোমায় হাংদুনা, চুমথাং কৈরাক খোঙনেৎনা
মীৎয়েং লৈখা পানজুন্না, তপ্না তপ্না কুমলক্না
য়ৌরে থুংলে তরক্না, লোক্তাক পাৎপান্দা চীক্না"।

## সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা

৩৮৫। "উরুবদা নিংথিবী, কোরৌ মশেক য়ৈন-চীং
লোক্তাক ঈমায় য়েংলিবী, নোংদোল পক্লা য়াওশু-চীং
পোম্বী চেক্লা ৱাৎতবী, কাওরেল শনলম ওম্বা-চীং
খগোন নাকোয়নরিবী, ফুঙ্গা নুংদুম খোংজাই-চীং
নুংওল্লক্লে নুরাবী, পীরাং চোৎলে হনু-চীং"।

৩৮৬। "পলেমগুম লাইরেম্বীনা, হনুবীগুম খ্বাংকোন্না
নোংগুমলকপা তনিক্লা, খুৎশু চৈশু থাদনা
খোঙদাখিবা চীংদুন্না, থেঙ্গু মনম নম্বোন্না,
কৌদবরা মোইরাংনা, 'হনুবী-চীং' নুংশিনা
মৈনা ৱাই তাঙনা শন্না, চারোল শুরোল কাউদনা"।

৩৮৭। "হনু ফিজোল ফিহোংনা, নুরা লাংওন কুমনা-ফম
ঈপোম হৌবা শল্লাংনা, নীংদু পোপতেক য়ৈনা-ফম
লোক্তাক ঈয়াই ইরোইনা, লোংদাউ উপতাউ শান্না-ফম
চিংহী শম্বাল লাংদুনা, ঈমু ময়োল শৎনা-ফম
লৈরি লমদম নিংথিনা, নুরাথেলবু হায়না-ফম"।

৩৮৮। "পোকলুরগে লৈওইনা, তাইবং কনা ইঙ্খোলদা
চংলুরগে লৈওইনা, পনথৌ কনা হৈরুদা
পোমলুরগে লৈওইনা, পলেম কনা সিয়োমদা
লৈনম য়েনগে লৈওইনা, খোইমু কনা মফমদা
শাৎলুরগে লৈওইনা, মানজা কনা মগাইদা"।

৩৮৯। "নুজা ওইবী মঙোন্দা, ৱাখলসিনা লমজিং ওই
তাইবং মীরমলেনসিদা, করি খঙদা মতৌ ওই
শুক্লা মল্লা উমংদা, লমুকনরা য়াওরৌ ওই
তনৌ নুরা খুৎশানা, লৈরাং চার নাচোম ওই
লোক্তাক ঈপাক খোঙবান্দা, তবী-তবী শবী ওই"।

৩৯০। "ঙমথং চীংশাং লান্দুনা, য়াওশু নাপ্পা পরিংনা
যৌরকই লাইরেম্বীনা, শজি খোঙথাং তথক্লা,
মীতারম্বা লাইয়াম্না, শোয়-চাফমনি নুংঙাইনা
কৌদবরা পামজনা, লাইশোয় লমদম নুংশিনা
ওংখি হায়বা কোম্বীনা, লাইরৈবাক্কী শিঙেলনা"।

৩৯১। "পাউমেল্লম্মী লৈরাংদা, খমনুং নুরা লৈমনা-
ইঙো থোংঙা লৈকোন্দা, লৈশাৎপগুম ঙৌরোকনা
লোইবী চীংয়া তময়াদা, লৈশাৎ তম্মু খোইনৌনা
রী-রী হুম্বা মালংদা, নকা ফল্লু মোমোন্না
নঙনা কাওবা তাঙলৌদা, মৈশা লাংনি নতানা"।

৩৯২। "লাইরেম্বীগী থৱায়না, নমু লক্তা চঙদুনা
শাইওন লাংখি মুৎতনা, তাইবং চনু তোমথিন্না
থক্তা মচেম শাৎতনা, খাদা মনাও পোমদনা
নুংথিলগী নুমিৎ ওইনা, নুমিদাংগী থা ওইনা
নিঙোল লাকপা হৈরুনা, য়াইদেং কোনু কোলোইনা"।

৩৯৩। "কোনু কৌবী নুরানা, চঙখোল্লি শক্তা চুদা
শকনৈ শোন্নৈ নুংশিনা, মোইরাং য়ুমথোং খুদিংদা
পামনৈ পলেম পনথৌনা, মচা মমৌ ৱাখলদা,
মীতানৈ খোইমুশিংনা, লৈরাং মায়থোং উবদা
কঙাওনগুম উনানা, কোইতাউ তাউনা নোংলৈদা"।

৩৯৪। "নিঙোল লাকপা মমোমনা, চীংউ লাইগী লাইমাংদা
লফু লাতোন লাতম্না, লৈরাং চরোং কৎঙৈদা
মীৎচানখি তুমিন্না, শিনগুরাকপা পারিদা
থমোয় থমোয় শিন্নবা, লমগানবগা মোইরাংদা,
লৈচু ওনখি শীঙেলনা, ৱাশক্তুগী তাংলৌদা"।

৩৯৫। "অদুগুম্বা লৈরাংনা, লাইশোই পাৎতা শাৎলিবা,
নুজা ওইবী কোনুনা, মোইরাং পাখঙ লমগানবা
শারী ৱাশকনদুনা, পুন্সি খোংলোই ওইখিবা,
হেকলকই পাখঙ খুৎনা, লৈরাং চরোং তেক্লিবা
ওইনি লৈরাং মায়থোংনা, নুরা পুক্লিং খঙঙম্বা"।

৩৯৬। "কদেং ঐগী নাপাদা, লৈরাং চরোং জুম-জুম্বা
মীৎকুপ পুংজা খুদিংদা, নিঙোলমকনি খনজবা
অদুগুম্বা তাঙলৌদা, শীঙেল লৈমন চল্লবা
ফোঙগে পাউখোং পাখংদা, লৈরাং মানা পাউজেনবা
নিঙোল ওইবী নফমদা, মৈশা লাংলে খঙনবা"।

৩৯৭। "কোরৌ নোংনা ৱাংবরা, পনথৌ পানা মহেল্লি
মালেম লৈনা লুম্বরা, পলেম মানা মহেল্লি
সমুদ্র ঈনা পাকপরা, লোক্তাক ঈনা মহেল্লি
কায়না মৈনা শাবরা, লৈবাক ৱানা মহেল্লি
থৱায় ঐনা হেনবরা, নিংথৌগীনা মহেল্লি"।

৩৯৮। "থোঙবী থোঙনাও হাইথিংনা, নিঙোল কাদা পৌরোন্না
উনবী পুকনিং লোঙদনা, ঙাইবীরম্মু শানৌনা,
চৎকে পাখং থীন্দনা, লাইনিংথৌবু থাগোন্না
লোইদাম থাবুম অমনা, কোরৌ অমা হেন্দনা
হল্লক্কনি পাখংনা, শারম চাম্মা মাঙহোইনা"।

৩৯৯। "মুৎলমদাইগী মৈরিনা, তনিক তনিক লোৎকুন্না
পুক্লিং মৈশা লাকশিন্না, পুকমেন্নজৈ তোনুনা -
থাবুম অমা নৎতনা, কুমজা কয়া লাইনিংনা
ঙাইজরমগে ননাওনা, পুক্লিং অনি লোঙদনা
লৈবাক ৱাবু ওইবনা, থৌবাংবীরু শোয়দনা"।

৪০০। "লেপ্পবনি ননাওগী, পনথৌকোন্দা শাৎলিবী
লৈজপুম্বা ননাওগী, ওইরগনি তুংইনবী
ফাবীরকউ ননাওগী, য়াওরৌ অমা নিংথিবী
মায়-ওইজগে ননাওগী, খোইনৌরক্তা লোয়নবী
থৱাই ওইগে ননাওগী, নুংশি খুদোল লেঙদবী"।

৪০১। নোংবু ঙাল্লে তঙাংলে, পাথৌ কদেং থাংজনা
তারা চেংজেল নম্বোরে, কৈরেল ফাঙম পাঙ্গলনা
খোঙলোই য়াম্থে পাউজেল্লে, থুংলে কনা ৱাৎতনা
খুৎশু লম্বু য়াওরক্লে, শারম ফাগে হায়দুনা
তোরবুং শাফম কুমলক্লে, শানৌ মাবু নিংশিংনা।

৪০২। তোরবুং য়ৌরে লেপতনা, নুমীৎ ময়ুম চংদনা
খিকলোই লাংনা হাইদোক্লা, তিস্থং তুম্বৌ মনথোক্লা
খোইজু লৈখাম মৈরোক্লা, তিনমু লাইমু তানথোক্লা
লৈতেম মতা য়েংদুনা, নুংশীৎ মরম শোক্তনা
তম্বা নুপা য়াম্থেনা, শেমলে লৈফম য়ারেক্লা।

৪০৩। থাবুম অমা খঙদনা, হৌখিগনি থিন্দনা
লৈবাক অৱা কাওদনা, তৌফম থোকপা ইথৌনা
ফাসি শারম ৱাৎতনা, মচঙ ওইবা খন্দুনা
খুৎশু তিমেন থাদনা, য়াওরৌ মতু তেক্তনা
খোঙলোই ময়াম কৌশিন্না, শীনথোঙ য়াৎলে কদেংনা।

৪০৪। শাফারকপা লমজাউদা, অৱা অনা থিদনা
অমগী মথং 'মদা, ৱাজৈ কিজৈ কদেংনা
করি শোয়নি ৱাখলদা, তুম্বা চাবা নাকোয়না
লোইদাম থাবুম মকমৈদা, শা-য়াম উরে মীৎথক্লা,
হুক্লে থৌরী ঙকশমদা, পুক্লে হারু পরৈনা।

৪০৫। পাইবং লমহুই লোয়ননা, য়াওরে হুইথৌ চীন্দুম্বী
য়োংমু য়োংজাউ লোয়ননা, য়াওরে য়োংঙৌ লাওদ্রাওবী
শজি শাজল লোয়ননা, য়াওরে শাবৌ তেনকাপ্পী
শবেং শন্দং লোয়ননা, য়াওরে শনথৌ চীকোনবী
কৈমু কৈজেং লোয়ননা, য়াওরে তোকপা মৈশাংবী।

৪০৬। পরেং লেংলে শা-য়ামনা, পাক্লা শাবন য়াঙবীদা
ককচেং পরেং চৎকুম্না, লৈঙোই শেক্তা তোরবান্দা
নোমজেল চেল্লি পাথৌনা, শাকোক চাম্মা থিবদা,
চীংউ লাইদা কৎতুনা, অৰা কোকনি ৰাখলদা
মোমোন নোকচৈ কদেংনা, মকা লাম্না মায়থোংদা।

৪০৭। শা-শীঙ শুবগী নুংঙাইবা, মাঙখি মীৎনা কুপ্পদা
কদেং কৌবা অকনবা, লাংলে খেগুম মায়থোংদা
নহালমখৈ কৈদৌবা, শারম ৰাৎনি খনবদা
মশানৌনা পামজবা, য়াওরৌ ’মগী মঙলান্দা
নিংশীংলক্লে শাফাবা, পুকমেল্লকপা মঙোন্দা।

৪০৮। চীংনা পল্লোন লেপ্লিবা, তোরবুং লমজাউ লময়াইদা
নিঙোল পুক্লিং খোয়দাবা, শঙাই য়াওরৌ কদায়দা ?
খল্লুবদা অৰাবা, লংলা পুল্লে কদেংদা
করি ওইনি অকনবা, হায়দোকলম্বা য়ৰাদা
নুংশি খুদোল অথোয়বা, মশানৌগী মফমদা।

৪০৯। নুংবংনরা ৰাখলনা, লমুকনরে অথৌবা
লমজীংবীরে মপুনা, থেন অমা নিংথিরবা
লাইজা ঈশিং ৰাৎতনা, হানৌ লেং-লেংনরিবা
শাগী লীক্লম নৎতনা, তাইবং খোঙ্গুল তাদ্রিবা
চীংনুং লমজাউ খোনবনা, মনীং মখা তল্লিবা।

৪১০। নিংথিরবা চীংখোঙগী, লোইরোইননা তাল্লবা
শরেং মতুপ মকোয়গী, হুন্দং পোপতেকনরিবা
মতাই ওইরপ থেন্দুগী, হানৌ চামিন্নরিবা
শাবী শানৌ অনিগী, নুংশি লেঙ-ঙানরিবা
লাইবক ফৈদা কদেংগী, য়াওরৌ মাবু উরুবা।

৪১১। শাবী চিল্লোকনরিবী, শানৌনি নাউপুরবী
মশা লুম্না লুল্লবী, থাবুম তরেৎ হায়রবী
চৎপা মঙম শান্দ্রবী, থমোয় মীহুল চোংলবী
পলেম মমা ওইরবী, খোম্মী ঈপোম হৌরবী
শঙাইনি নিংথিরবী, য়াওরৌলক্তা সনানবী।

৪১২। হরাওজরে কদেংনা, য়াওরৌ অনি উবদা
শারম থীংলে মীৎলমদা, মৈরম লৌরে চেকসিন্না,
থমোয় নীক্লে শানৌনা, মৈরী মৈখু উবদা
নিংশিংলকই ৱাৎতনা, ঙরাং অহিং মঙলান্দা
শাবী মাগা কায়ননা, নুজা মানা মৈশাদা।

৪১৩। "শাবী ইবুংঙো নুংশিবা, ঙরাং ঐগী খোমলেন্দা
করি হায়না তমসিবা, তুবু চুংই নিংশিংদা
লাকানুংগী ইংলবা, পীরাং হৌই মীৎলুদা
ঐখোয় 'নিনা লৈরিবা, ইফমসিগী অকোয়দা
নমু মীকোক লৈরম্বা, উজরম্মী ননাওনা"।

৪১৪। "তম্বা নুপা তরানি, চিবোন চিবোন ৱারী শাই
নমু তাইবং ৱাহৈনি, তিঙঙক তিঙঙক য়েংজরুই,
ঙহাক মীৎকুপ ৱাংলেননি, খাম্বী মৈখু কারকই
লাংদোন লাম্না মৈৱায়নি, মৈরি থোক্লা চাক্লকই
ইশা লুম্বা ননাওনি, করম তৌনি মীপাইরুই"।

৪১৫। "নুজা ইতৌ উবদা, তম্বা ওইবা শাবীনা
অততাইনি লানফমদা, লেপ্পী মখোয় মীৎচানা,
ঐখোয় 'নিগী মতৌদা, নুংশি খঙদা মখোয়না
ঙম্মী হায়বা মতাদা, খাক্লা খাক্লা নোক্তুনা
থুরে ঐগী ঙকশমদা, থৌরি লীকোয় লাকশিন্না"।

৪১৬। "সিনা খোমলেন মঙলাননি, হন্দক মরক কৈদৌই,
হায়ফম খঙদা মতৌনি, ননাও পীবুক তয়াঙই
কোরৌ শীংবুম কয়ানি, মীৎলম খপ্পা মচোঙই
মীহুল পাঙ্গল ঈহৌনি, থমোয় মরাঙ মরাঙই
করি থোকনি নুংনাংনি, চানি-থকনি মকাওই"।

৪১৭। "নোংদোলথক্কী লৈচিলবু, হুমখিবগুম নুংশিৎনা
পামু নঙগী ৱাখলবু, হুখিদুনা কিকোয়না
চুমলদ্রা মঙলানসিবু, মিপায়জরে ননাওনা
হকচাং খুদম চাংদমবু, ফৎত খুদম ওইদুনা
ৱারগদ্রা ঐখোয়বু, পাখৎচৈদো কিজনা"।

৪১৮। "ননাও ওইবী ঐহাক্লা, য়োকচরীবা চেকশীন্না
পামু শক্তম লাকশীন্না, থৱাইমকনি খন্দুনা
সিয়োমনুংগী থৱাইনা, কুমশিং থাশিং য়াম্বনা
লুম্লে শামু হকচাংনা, মরেপ তানদ্রে খোঙকাপনা
চেনঙমলোই হাথু-থুনা, মীপায় পোৎলুম নম্বোনা"।

৪১৯। "ৱাজরীবা ননাওনা, তাবীয়ুকো ইপুনা
লাঙ্গোইদ্রিঙৈ কন্নানা, মৈৱাইদ্রিঙৈ লৈফমনা
মঙাললিঙৈ কোরৌনা, মৈমদ্রিঙৈ মালেমনা
থৱায় ওইবা শাবীনা, খুজেং পালোয়ন্দুনা
লমজিংবীয়ু কায়দনা, তুংইনজগে হকচাংনা"।

৪২০। থেমজিল্লকই থৱায়না, শানৌ হকচাং থাগোন্না
“মঙগী ৱাবু শানৌনা, করি কপ্লি নিংশিংনা
ননাক লেপ্লি ঐহাক্না, শোকনি নঙবু কনানা?
মতীক লৈবা তাইবংনা, মগুণ লৈবা খোয়ুম্না
ফা-ঙমলোই নঙবু লায়না, পাগনি লম্বা ঐনা”।

৪২১। “শানৌ নঙবু চিংননু, মঙ্গ্রেম হাগ্রেম্নবনি
হুপনৌ শজিক কাউগনু, পাঙ্গল ময়েং তাগনি
অৱা ৱাখল খনগনু, পীবুকনুংদা ৱাগনি
নশাগীতা য়েংগনু, তাইবং খঙদ্রি নৱানি
চৈনা চৈথেং পীগনু, মানা ঐখোয় থৱায়নি”।

৪২২। “ৱারমদৌবা নঙঙোন্দা, নশানা নশা লুম্বনে
মীৎকুপ পুংজা খুদিংদা, নচাগীতা খনবনে
লমগী থৱায় ঐখোয়দা, মীরাইবীবা থৌদৌনে
সিয়োমনুংগী নৱাদা, পীরমদৌবা চৈনানে,
ঙন্না পুক্লে ঐঙোন্দা, নমু তাইবং মীৎয়েংনে”।

৪২৩। “করিগুম্বা তাঙলৌদা, নমু তাইবং মখোয়না
য়াওরৌ ঐখোয় লৈফমদা, চঙলক্লবা থৌওইনা
থৌরাংলবা ইমাঙদা, নঙবু ফানি তেমশিংনা
লেপনি ঐনা নমাঙদা, নমা নচা কল্লম্না
শরিসো, নঙোন্দা, ৱাশক্লবনি ঐনা”।

৪২৪। “পাওমেন ওইগে ’সিমনা, ঐনা নঙোন হায়দৌবা
নোংদম মাগী নোংদম্না, ঐনা নঙ কায়নরবা
নমু কনা শরৌনা, ঐনা লাংদা থুখ্রবা
য়েক্না তিঙ্খাং য়াম্বানা, ঐনা চীংলোন লানখ্রবা
পাঙথোরকউ শোয়দনা, ঐনা পাম্বা অনিংবা”।

সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা

৪২৫। "শানৌ নঙগী সিয়োন্না, খোয়জিখাগী লৈরাংনা
থাবুম নিপাল পুং ফানা, ফুইরবা ইমোম ওইনা,
লাইবক চাউবী নহাক্লা, পলেম পনথৌ শক্তুনা
হানৌ শজিক ৱাৎতনা, নাউয়োকপিয়ু নুংশিনা
থাজৌ য়োনজৌ চানবীনা, য়াওরৌ কনা মৌওইনা"।

৪২৬। "নশাবীগী হৈরুনা, শানৌ নঙগী খারিদা
কুমশিং থাশিং শুদুনা, ফাওয়রবা তাইবংদা
পারি ওই, মঙালনাইনা, নুমিৎকুম্না নোংদোলদা
য়ুমলেপহল্লু শোয়দনা, য়াওরৌ নিঙোল কনাদা
শঙাই ঐখোয় লীক্লম্না, শন্দোকনবা মালেমদা"।

৪২৭। "শাবী নঙগী য়াৱানা, নুজা ওইবী ঐঙোন্দা
হায়ফম খঙদা মতৌনা, মীহুল হৌই নিংদোলদা
নিংকোক নিংকোক মতৌনা, ইতাউ তাউই তরংদা
হকচাং পুম্বা চেংখৈনা, য়েংজ ঙমদে নঙোন্দা,"
নোনজরকই শানৌনা, শাবী ওইবা মপুদা।

৪২৮। পুকমেন্নরিঙে 'সুন্না, য়াওরৌ শাবী শানৌনা
মাঙলমচৎপু কাউদনা, তুংলমচৎকি খন্দুনা
তাঙলৌ মতম চাদনা, খোংলক্লিবা তাউবনা
লোইজিং লোইয়া নিন্দুনা, লবুক লমহাং খোন্দুনা,
থরক হুল্লে শানৌনা, মঙগী ৱাবু নিংশিংনা।

৪২৯। নকশিল্লকই অশুম-শুম, তাউবা হূইখোল লেপতনা
মৈচাকলকই অশুম-শুম, লাংদোন লাংদোন লান্দুনা
লাংনরকই অশুম-শুম, পোম্বী চেক্লা মীপায়না
চেন্নরকই অশুম-শুম, খৈরোই য়োংনা পাখৎনা
লাওরকই অশুম-শুম, শারম থৎলু, হায়দুনা।

৪৩০। য়াওরৌ লমজেল য়াঙবনি, চেকশিনগনি ময়ান্না
শাফা লাংবু তিংগনি, মাইকৈ মাইকৈ য়েনথোক্লা,
খুৎশু তিমেন থমগনি, পাঙ্গল পুকনিং লৌশিংনা
য়াওরৌ চংনা ফাগনি, তুবুম অমা তেক্তনা,
মনা চাউনা পীগনি, পাউমেল্লকই কদেংনা।

৪৩১। শানৌ শঙাই ৱাকৎনি, "ওনথোকপনি কমদৌবা
মাঙদা খাম্বী মৈরীনি, মরৈ হা-হা তল্লিবা
তুংদা তাউবা হূইজাওনি, ঐখোয় লাক্লি তাল্লিবা
তাইবং মীখুৎ চল্লনি, য়াওরৌ ঐখোয় থিরিবা
ননাও করি ওইরনি, মঙগী ৱানা চুমলবা"।

৪৩২। "লমজাউ খোনবা মৈরীনা, মরৈ লাম্না মৈৱায়নি
হিংচা-য়াইতম মতৌনা, ঐখোয় তুম্না চাক্লনি
তুবানশাতা নৎতনা, থৱায় পুম্বা মাঙলনি,
নঙনা ঐগা মাঙমিন্না, পাগী পারী তৎলনি
চেনবীরো মৈরম খায়না, মাঙফদবা নহাকনি"।

৪৩৩। "ঐহাক্কীনি নহাকসি, করি-দৌগী কাউগনি
নঙগী মীৎলু পীরাংসি, ঐতনা চোহনবনি,
থারবসু থৱায়সি, ঐনা নংবু লোইননি,
খুজেং পালোইনরসি, কান্নদ্রবা মপোকনি
খাম্বী মৈদা কৎলসি, ঐনা করিগী চেনগনি"।

৪৩৪। "তাকপিগনু অদুম্না, নঙনা ঐগী পুরোইনি
মপু থৱায় কনবনা, মনাই ঐগী ইথৌনি
মৈৱায়রবা নহাক্লা, ঐনা করম য়েংগনি
চানবীরবা মপুনা, নুংশিরবা ঐখোইনি
মপোকসিদা নত্তনা, মথং পোক্তা উন্ননি"।

৪৩৫। "ননাও ঐনা হায়জবা, য়াবীয়ুবা শাবীনা,
কুমশিং থাশিং য়াম্লবা, পাঙ্গল শোনবী ওইবনা
মৈরম লান্না চোংলুবা, শাবী খোঙকাপ তুংইন্না
ঙমজরোই লোইয়ুম্বা, শারম লীক্লম কায়দনা
য়ৌরক্লনি শা-ফাবা, চেনবীখরো পন্দনা"।

৪৩৬। লমজাউ মৈনা চাকপনে, লম্বী থৎনা মৈৰায়না
থমোয় মৈশা লাংবনে, মশানৌগী ৰাখলনা
নমু তাইবং থৌরাংনে, তুহৎপদা মথংবা
শাফা লাংনা কুঙবনে, উচুক উরোং চেকশিন্না
মশানৌগী পীরাংনে, ফুম্বংনরে শাবীনা।

৪৩৭। "নঙনা থল্লি ঐঙোন্দা, নঙগী পুম্বা থাজনা
নঙনা কপলি ঐঙোন্দা, নঙগী ৰাবা থিদনা
নঙনা কৎলি ঐঙোন্দা, নঙগী করি খাক্তনা
নঙনা তক্লি ঐঙোন্দা, নঙগী থৰায় খন্দনা
নঙনা কোল্লু ঐঙোন্দা, ঐনা চোংগে মৈ-লান্না"।

৪৩৮। "ঐসু কংলৈ চনুনি" হায়জরকই শানৌনা
"লাল্লক্তবী ঐহাক্না, পুক্লিং অনি লোঙদনা,
থারবসু থৰায়নি, তুংইনগনি শোয়দনা
চোংনি ঐসু মৈরাননি, থানি থৰায় মাঙথানা
লোয়নদুনা লাকপনি, লোয়নগনি থাদনা"।

৪৩৯। পুকমেন্নরিঙে সুম্না, কপমিন্নরিঙে ৰানা
ঙাইবীরমদে মৈরীনা, চাকখৎলকই ৰাই-ৰাইনা
শাবী ওইবা শঙাইনা, মফম অমা খন্দুনা
য়ৌঙমদ্রিবা মৈশানা, তুংইল্লকউ মীৎয়েংনা
শানৌ চিংনা য়েংদুনা, চোংলে মৈরী লান্দুনা।

৪৪০। মতৌদুদা শানৌনা, মশাবীগী তুংইনা
পাঙ্গল পুম্বা তাশিন্না, থৌনা লিংজেল ফুদোক্লা
চোংগে হায়না মৈলান্না, খুদুং কাও কুমাং হোৎনা,
উরে থাংজিং লাইধৌনা, শেন্নরিবা নুংশিনা
মনাইশিংবু শোয়দনা, মীৎকুপ নাহুম কাংদনা।

৪৪১। মশা লুম্লা ওইবনা, ঙমলোই মানা মৈ-লানবা
লাইজ কণ্ডলা ঙাগুম্না, ঙারাকপীনা মিতাবা
শিনি শোইরোই মহাক্লা, কনবীনবা লৈত্রবা
কায়হল্লনি শোয়দনা, লাইয়িংথৌগী অপাম্বা
য়াওরৌ মাগী লিকলম্না, লোক্তাক খোঙবান লেপহৌবা।

৪৪২। শিনথা পীরে মপুনা, অয়াংলৈমা পানথোইদা
"খোইয়ুম কনা খঙদনা, নাশোল পীক্লা মালংদা
চৎলু বেম্মা নহাক্লা, য়ৌরু থুংলু তোরবুংদা
খোইনৌ কনা শক্তম্না, কপমিন্নরু লময়াইদা
নুরা পুক্লিং হুদুনা, থৌজানবীরু মঙোন্দা"।

৪৪৩। য়ৌগে খনগা য়ৌঙম্বা, অয়াংলৈমা মাংলদা
ৱাংলেন মীকুপ পন্দনা, য়ৌরে তোরবুং লমজাউদা,
পুক্লিং হুর খোঞ্জেলনা, শানৌ শঙাই নাপ্পদা
ঈশৈ ওইরে শুমহৎনা, পাল্লে থমোয় লাইয়ুমদা
পিবুক ওল্লে শঙাইনা, ইতাউ তাউরে তরংদা।

৪৪৪। খনথরকই পলেমনা, পাইমা খোয়দৌ লৈতানা,
"শিঙমগনি ঐহাক্লা, পাম্মু হৈনা তুংইন্না
তৌফম থোকপা ইথৌনা, ঐনা মাগী ওইবনা,
মাঙহনগনি করম্না, পিবুকনুংগী নৱানা
মাগী হৈরু ওইবনা, মাগী অয়া য়াওদনা"?

৪৪৫। তনিক্লবা খোনথাংনা, পাউমেল্লকই শাবীদা
"নখা পোনবী ওইবনা, করি-ঙমদে ননাওদা
তাইবং ফাওদ্রি নৱানা, হংঙাদ্রিঙৈ ইথাদা
মপু নীংবা হুইগুম্না, লৈরু হায়না মংলান্দা
তাকপিরম্মু নুংশিনা, নানবীরম্মু নাঙ্গলদা"।

৪৪৬। "মীখুৎ চল্লা ননাওনা, শিকংলবা লৈগুম্না
নঙতগী লাইনিং ওইনা, খারাগুম্না লৌওন্না
চাদসিন্না চাশিন্না, য়েংদশিন্না য়েংশিন্না
তোরবুং মায়কৈ য়েংদুনা, কোরৌ শীংতেক শীংথানা
ঙাইজরমগে ননাইনা, থিবীরকউ কাওদনা"।

৪৪৭। মশানৌগী য়াৱাদা, কপলে শাবী অহিক্লা
"লুরা তাঙলৌ অসিদা, নুরা নঙবু থাদোক্লা,
ইপা চাবা থোকখিদা, নঙবু কনবা ঙমদনা
নশাবীদি ঐঙোন্দা, লুম্লা পোৎলুম কোকথোংনা
কায়না মৈশা পুঙমদা, চৎলগনি ঐহাক্লা"।

৪৪৮। মীৎকুপতুদা কায়নবা, মীচৈরম্মী শাবীনা
"কেগে মচা অথৌবা, নুংশি খঙদা নহাক্লা
ঐগী তালোই শেৎনবা, তাঙলৌ মতম চাদনা
ঐগী থমোয় কায়রিবা, চংবী লারাক খায়গুম্না
শেৎনৌ নঙসু মীতম্বা, লাংউ মৈশা ঐগুম্না"।

৪৪৯। "চৎথ্রবদা পনথৌনা, পলেম মানা পননুংদা
উরুবদা কদেংনা, য়াওরৌ সনা চেনঙমদা
হরাওবনা খৌশানা, মীহুল খপ্পা নিংদোলদা
হুনদং খুদাপ নাউথেন্না, থমোয় কায়রা মঙোন্দা
থুরে কাব্রং থৌরিনা, নাউপুরবী ঙকশমদা"।

৪৫০। "অখন্নবা য়াওরৌনি, শেল্লে লৈফম তোঙানবা
অখন্নবা শিনথানি, শাফারোইদা শিন্নবা
অখন্নবা শজিকনি, য়াওরৌ মাগী লাংলিবা
অখন্নবা মীৎয়েংনি, পুন্সি লৈপুল শেন্নবা
অখন্নবা খুদোলনি, লাইজিংলেম্বী পীনবা"।

৪৫১। "শাফা ৱাঙম লোইদুনা, শারম চাম্মা ৱাৎতনা
হল্লক্লে অথৌবনা, খোঙলোই ময়াম মাঙথানা
হোইবু লাউনা হোয়ানা, হরাও তয়াম হৌ-হৌনা,
মঙাও থীবা লম-শানা, নাতোন নারেং হুৎতুনা
শায়াম পরেং হোইদুনা, পলেম মানা তুংথংনা"।

৪৫২। "থাংজিং লাইমাং তমলকই, শায়ামদুগা লোয়ননা
মীয়াম হুপনা য়েংহোই, শেম্বাং পরেং তোংগুম্না
কদেংবুসু শোলহৌই, মতিক লৈদা থাগৎনা,
শাশক মশক খন্দোকই, অনিশুবা হন্দনা
মহাকপুদি খাকহৌই, শানৌগীনি তম্বনা"।

৪৫৩। ফিশেং ফিঙৌ হোংদোক্লা, ইমাপুরেল থোরক্লে
লাতোন লাফম থাদুনা, পুঙফাই ঈরিক খীকলক্লে
লাইয়িংথৌবু থৌগলনা, লৈরাং লৈহুল তমলক্লে
শরীক তানথা পীদুনা, থৌনি লনগুম নিরক্লে
পুকনিং লমফাং লোঙদনা, চীংউ খুয়া কৎলক্লে।

৪৫৪। লৈবাক ৱাবা কোক্লনি, হরাও মীনোক উরনি
কুমগী নোংজু কুম্লনি, ঈরম খোংলম চেল্লনি
লোক্তাক ঈমায় চোল্লনি, ঙাগী ঙারেল হৌরনি,
খারি লৌবুক শংলনি, লোইমোম ফৌঙাং চুম্লনি
ঋতু য়েনিং হুক্লনি, থাদোই খোনথাং নিল্লনি।

৪৫৫। হরাওনরে মোইরাংনা, থাগৎ ৱাহৈ কয়ানি
মনা পীরে নিংথৌনা, লৌচা শীংজা মরোলনি,
অকাবদা দোলাইনা, থৌগল লাঙ্গল য়াশ্বেনি
কাব্রং ফিজোন চোন-জোন্না, কংলা কাগে মনিংনি
মায়থোং ঙাল্লে কদেংনা, মপু মাগী থৌজালনি।

৪৫৬। "কাওরেল কোনজন মতমগী, ঙাংঙ্গানরে নোংজানা
মঙাল হাপ্লি পলেমগী, সনা ফুদোঙ কুচুনা,
লীতোন য়ান্না য়াওরৌগী, তুংইনলকই কদেংনা
কুমশিং থাশিং য়াম্বগী, চপ-চপ লেপ্পী 'পোকপীনা
ৱাজবদা সনাগী, থোইনা ৱাজৈ পাখঙনা"।

৪৫৭। থাবুম-মা কায়নবগী, উন্নবদা অহানবা
হরাওদৌবা শানৌগী, থমোয় মীহুল তনিক্লা,
অখন খুদোল পাখঙগী, খোমলেন মঙলান পাঞ্জকনা
কোইরুপ মীৎয়েং সনাগী, কয়াম পেন্নি থৱাইনা,
খল্লুবদা তোনুগী, ঙাইঙমদরে কদেংনা।

৪৫৮। "ঙাইরমুকো ৱাদনা, য়াওরৌ মীকুপ মরুমদা
ওইরনিকো নহাক্লা, নুংশি খুদোল শানৌদা
লুনা তৌনি মহাক্লা, থৱায়মকনি মঙোন্দা
হুপনৌ শজিক চাদুনা, পোথারম্মু উরুমদা"
শিৎ-শিৎ নানবী কদেংনা, সনামানবী য়াংলেন্দা।

৪৫৯। "হৈথরক্লবা নোংলিনা, থাবল ঈপোমলক্তগী
নুঙশুক নুঙশুক লংথনা, কুমগী নোংগুম ইঙেলগী
ঙকলোই মদুনা হেন্না, নাকোং শীংজা পাখঙগী,
তম্পাকয়ুমদা তোনুনা, ফমদিন্নবী নিংথৌগী,
লেংলে থমোয়দা থুম্না, তাশোন ওইনা কদেংগী"।

৪৬০। “লুমথরবা হকচাংনা, কায়নবগী চৈনাদা
করি তৌনি খঙদনা, ৱাখল তরং মালংদা,
মাঙগী ৱাবু নিংশিংনা, লংজখিবা পনথৌদা,
শাদা থৌবা কদেংনা, মঙম শান্দ্রা খোঙথাংদা
তুংইল্লক্লে চোকথনা, খোঙনা পুবা মাইকৈদা”।

৪৬১। “থুংলুবদা খঙদনা, লমদমসিনি উদনা,
কৌনরিবা মোইরাংনা, কৈবুল লমজাউ কেগেনা,
পোপতেক য়েরি হানৌনা, পামজদৌবা ঐখোয়না
হুকতোকলক্লে কদেংনা, থৌরি কোঙ্গোই নুংশিনা
পলেম মাবু নানবীনা, থাদোকপিরে নীংতম্না”।

৪৬২। “হে য়াওরৌ নহাক্না, ঙসি কৌবা নোংদগী
কায়না মৈচাক কোকথোংনা, শাবী মেলৈ লাংবগী,
লৈরু কপলু পামদনা, ফুমথকসিদা কৈবুলগী
লৈখিবগুম শানৌনা, নিংথৌকোন্দা মোইরাংগী
লেল্লিবগুম কপতুনা, পননুংদা চৎনবিগী”।

৪৬৩। “ওম্থোকপনি লাইবক্না, করি হায়না তমলম্না
ফংলিবনো পলেমনা, কায়না মৈচাক তনৌনা,
নৌজরিবী মহাক্না, কনা করি য়েংদুনা
লৈঙমগনি নাইতোম্না, অৱাবনা লাঙ্গোইনা
লাইজা কংলা লেমলৈনা, থরো কাংদ্রুম ওনগুম্না”।

৪৬৪। “লৌথোক্লবা থৌরিনা, লাইবক থিবী পলেম্না
মশাবীগী ৱাখলনা, কঙাওনরা মহাক্না
হন্না য়েংই খোইরাংনা, কাহৎলবা মায়থোংনা
নুংতি নুমিৎ মতৌনা, লাক্লিবরা পম্থৌনা
খোঙথাং তপ্না তুংইন্না, পলেম মাবু শেনবীনা”।

৪৬৫। "তপ্না থাংই খোঙথাংদা, কিনা নেৎলি ফুমথক্তা
'মুক্তা খঙদ্রি লমসিদা, শোংলা নারক শীংলক্তা
পুন্সি অহান য়ুমহোংদা, কৈবুল লমজাউ লৈবাক্তা
তয়াং তশোই পলেমদা, হুমাং কাংই লাইবক্তা
য়ুমনাক শাগে হোংগুমদা, নমু তাইবং মীরক্তা"।

৪৬৬। "খোম্থাং য়ৈরি নৌহোন্না, অরাপ্পগী ঈয়াইদা
শিল্লংউবা কন্নানা, হন্নরকপা তাঙলৌদা
মথোয় কারি হরাওনা, নৌরেল থিন্না হিবান্দা,
তিনখি মাঙখি তাম্থানা, মমলি মমলি মালংদা
অসুম লাপখি ইমানা, খোঙনা পুবা মঙলান্দা"।

৪৬৭। য়াওরোই ওইবী নহাক্না, খল্লুগনু নুংঙাইনি
তাইবং খুৎতৈ নানথোক্না, 'মুক হন্না নিংতমলনি
নারক শীংলক শিনথুংনা, চেন-চোংনা শান্নরনি
ফুমগী তানথা চাননা, শাথেক জগোয় উৎলনি
তাইবং কনা খঙদনা, ইঙনা চীক্না লৈরনি ?

৪৬৮। শক্লোন য়াম্না মতমনি, খোঙজেল য়াঙবী মহাক্নি
মীওই পুকনিং লৈচিলনি, মচু মচু তরংনি,
ঙরাং মীৎলু পীরাংনি, ঙসি মোমোন মীনোকনি
হয়েং করি ওইগনি, পঙনা পানবা তাইবংনি
শকনা নঙগী য়েক্নানি, করাম চাউবা মীওইনি।

৪৬৯। চীংলৈবাক্কী তুরেলনা, চেল্লি অদুম পঙচেলদা
করি খঙদে মহাক্না, ঈতিল্লুনি কনাদা,
অদুরনে পুক্সিনা, তাউরি মতম ঈচেলদা,
শঙাই কৌবী নহাক্না, ঙসি কৈবুল লমজাউদা
করি ওইনি হয়েংনা, লাইবক মাগী নোংদমদা !

৪৭০। "ঐনা থংলেন কায়নবা, মানা হৌনা নোকখিবা
মানা শানৌ শেৎনবা, ঐনা মৈচাক খাঙলিবা
হায়বীয়ুনে খোইনৌনা, মসিরনে তেংবানবা ?
লাকখিগদ্রা শোইদনা, নুমিৎ অমা চঙলবা
শাবী মাগা উন্নবা, পাম্মু মাগা লোয়নবা" ?

৪৭১। খোইনৌ শঙাই মতৌনা, পীরাং হৌই খরশানা
"ওনথোকপনি ইতানা, করি নরাল লৈবনা
মৈচাক খাঙলি শীকংনা, মৈরীরক্তা মৈৰাইনা,
শিবুতবু তাহন্না, থৌরাংলিবা লেপতনা
নিংঙমলকলোই মখোয়না, হৌখি ৰারী তেংথানা"।

৪৭২। "শঙাই কৌবী নহাক্লি, নতীক নঙাল নাইরিবা
শঙাই কৌবী নহাক্লি, অৰা হুইজোং লাংলিবা
শঙাই কৌবী নহাক্লি, তনিক তনিক খাঙলিবা
শঙাই কৌবী নহাক্লি, পুন্সি য়চংলক্লবা
শঙাই কৌবী নহাক্লি, সন্ধ্যাই ঈশৈ শক্লিবা।

তরুকশুবা

# নুংশিবগী নুংশিবা

৪৭৩। "তাবীয়ুনে খোইনৌনা, ঐখোয় পোকপী পলেম্না
মপাম লমদম থাদোক্লা, মরুপ মপাং কায়ননা
কৈবুল লমজাউ পামদনা, লৈরকখিবা ৱাজনা,
লিবীরম্বা পলেম্না, চারোল শুরোল লাল্লক্লা
অৱা ৱারী শিৎ-শিৎনা, নুংঙাই মচেৎ খাক্তনা"।

৪৭৪। "পলেম ওইবী মহাক্লা, য়াংদৌ তিনথোক চোংশুম্না
পনথৌ কায়না মৈচাক্লা, ওন্না থোয়না খাঙখিবা
চানবী হৈবী কৈবুলনা, মথানুংদা কোনখিবা,
পনথৌ খোঙ্গুল লিরক্লা, পলেম অমুক উন্নবা,
মপোক লাংওন নৌহৌনা, শঙাই ঐনা তমজবা"

৪৭৫। "তাঙলৌদুদা পলেম্না, খোঙদারকপা অহানবা
কিজবনি মহাক্লা, অৱাবদা অৱাবা,
নিংদোল চোংই মীপায়না, তিম্ফা কাকফৈ চীক্লিবা
খোঙনেৎকনি করম্না, ফুমদি মানা নীক্লিবা
খোঙথাংগনি কমদৌনা, কুমশীং থাশীং শুরবা"।

৪৭৬। "নুমিৎ শীংবুম কয়াদা, মপাঙ কায়না মৈচাক্লা
চাবা থকপা থিরুদা, তুম্বা হিপ্পা কাওথোক্লা
লৈরকপনা মৈৱাইদা, য়েংহৈদ্রবা পলেম্না
ময়েং তারে চাইরুংদা, মীৎনা কোনফম চঙদুনা
ফজবনা কদায়দা, অদুঙৈগী সনানা"।

৪৭৭। “অহিং য়ারেক লীক্লানা, লৈকা কারক তুমিন্না
মালং শাউম ফংদুনা, চেপলকপদা লৈরাংনা
চাইথরক্কুম লীক্লানা, লৈনাথক্তা চোয়জাইনা,
পনথৌ কায়না ৱাবনা, পলেম ওইবী খজাইনা
মীৎলু পীরাং পাথোক্লা, ঈহৌরক্লে নীংতম্না”।

৪৭৮। “তোরবুং নুংশিৎ অকননা, য়ৌরকলিবা কৈবুলদা
তৌগে হায়বা মতানা, উৎলরিবা নাপলদা
উরু উরু লৈশিন্না, লাংদোন শীৎনা লৈমায়দা,
নিংদোল চোংই শঙাইনা, লোয়নরম্মী চীংয়াদা
খঙনিংবনা খোইরাংনা, পাউহংলকই খগোন্দা”।

৪৭৯। “হে, মালংও খোঙয়াঙবা, মীৎনা কুপ্পা মফমদা
য়ৌগে হায়বা য়ৌঙম্বা, কনা লম্বা পাঙমদা,
কৎকে হুপনৌ লেঙ-লেঙবা, তমগে খুদোল নফমদা
মীপায়জরে কিজবা, ঈপাই হৌরে খাঙঙমদা
ফাথবীয়ু অশাওবা, ঐনা লৈবা মফমদা”।

৪৮০। “পোক্লবসু নহাক্লা, খগোন ওইনা নিংতম্না
শঙাই কৌবী ঐহাক্লা, য়াওরৌ ওইনা তুবান্না
লোইনরকই ঐখোয়না, য়েলহৌঙৈদগী লুনা
তোরবুং লমদা নুংশিনা, নবুক-ইবুম খঙন্না
উদে নোংমা শাওনিংনা, ঙসি মতৌ ‘সিগুম্না”।

৪৮১। “শাওরীবরা অকনবা, নচল ঐগী হাকন্দা
শঙাই ঐবু উদবা, তোরবুং কৌবা লমদমদা,
খল্লিবরা অরোইবা, লমন খুমগে মখোয়দা,
ঙাইখো ঙাইখো অথৌবা, শাওমন্নসু শাওইদা
করিগী ‘দুক তাহাবা, লোইবা নাইবা তাইবংদা”।

৪৮২। "দুগী মহুৎ অথৌবা, তোরবুং লমজাউ লৈকোন্দা
ঐবু চিংনা য়েংহৌবা, লমজাউ খাম্বী মৈৰাইদা
থমোয় খুদুম শুহৌবা, শাবীদুনা কদায়দা
ইশাবীও নুংশিবা, মহাক্তনি ঐঙোন্দা,
মানা করম লৈহৌবা, পাউদমবীয়ু নচন্দা"।

৪৮৩। "মানা করি তৌহৌবা, কনা য়েংনা লৈহৌবা
করি চানা হিংহৌবা, মফম কৈদা তুমহৌবা
কায়না মৈশা লাংহৌবা, ঐগীদমক ৰাহৌবা
পীরাং হৌনা কপহৌবা, ঐগী মায়কৈ য়েংহৌবা
মালং নঙনা উরকপা, চিৎথগনু অপুম্বা"।

৪৮৪। "মৈচাক ফরা মৈরীনা, মৈৰায়রফাও হকচাংদা
অয়ো চৈনা ফাওদনা, খোঙফম চেৎনা ঐঙোন্দা
হন্না হন্না য়েংদুনা, কায়নখিবা নিংঙমদা,
ঐগী নুংশি থোইবনা, মহাক্তুনা নঙোন্দা
করি পাউনো মৈচাক্লা, হায়বীয়ুনে ঐঙোন্দা"।

৪৮৫। "পলেমদুনা হায়জবা, মালং হিহোন মহাক্লা
তানা তানা তাদবা, লাংদোন লাংদোন খুৎলান্না
শুরু শুরু নৈরম্বা, চৎখি করি তাদনা,
থমোয় পান্দা অথৌবা, ৰারৌহৌই পলেন্না
লৈত্রে কন্না তাবীবা, খুইথরবা থৰায়না"।

৪৮৬। "নোংমা নোংমা হৌখিনা, থাবুম মপুঙ ফারক্লে
ঙরাং শাৎলম্বা লৈরাংনা, ঙসি লৈমন চল্লক্লে
কালেন মৈশা পারক্লা, লৈচিল ফিঙৌ শল্লক্লে
পলেম ওইবী ইমানা, খোঙকাপ শদৌ থোংলক্লে
কুমশি থাশিং শুরক্লা, পুকয়েক নাওয়েক ফাওরক্লে"।

৪৮৭। "নোংমা কোরৌ অমদা, য়াহৌ ঙনবী পলেমনা
নোংপোক কোরৌহনবদা, হুন্দং হানৌ থাদুনা
মঙদমলকই 'ঙানদা, থমোয় ঈরাং ফাথনা,
ঙরাং অহিং খোমলেন্দা, শাবী নুংশি-থোইবনা
নুজা ঐগী নাঙ্গলদা, নানবীরম্মী নুংশিনা"।

৪৮৮। "খনজবনি লেপতনা, তামহৌরবা থৱায়বু
মমি ওইবা হকচাংনা, লাৎচবনি থৱায়বু,
মঙগী ৱাবু চুমহন্না, লাকহনবীয়ু থৱায়বু
ঐগী নীংবা থুংজনা, উহনবীয়ু থৱায়বু
লৈহনবীয়ু লেঙদনা, থৱায় মপু থৱায়বু"।

৪৮৯। "ফাওরকপগুম ঈফুৎনা, মালেম লৈকন-নুংদগী
ঙাল্লকপগুম নোংথাংনা, নোংদোল লৈচিল্লক্তগী,
পুবীরক্লে কায়দনা, পনথৌ ওইবা তোরবুংগী
কোকহনবীগে মতানা, অৱাবদো থমোয়গী
তুবুম হৌই থুকলাওনা, মঙগুম হাগুম পলেমগী"।

৪৯০। "করি ওইনি পাম্মুনা, লোইদাম অসুক কুইবদা
ননাও ঐবু থাদোক্লা, অসুক লাপ্পা মীরমদা
ঐবু ই‌্দাম তরক্লা, কনা লৈত মতৌদা
থিবীরক্তে কাউথোক্লা, য়েক্লবগী পনলোন্দা,
ওইনজরুই পলেম্না, পনথৌ ওইবা মফমদা"।

৪৯১। থেমজিল্লকই পনথৌনা, কায়নদগী ঐখোয়নি
থিরকপনি লেপতনা, ফংলে ঙসি ঐখোয়নি
লৈরসু মীখাপোন্না, থাদোক্লরোই ঐখোয়নি
পুম্সিচুপ্পা লেঙদনা, লৈমিন্ননি ঐখোয়নি
পারী ইমোম নাওকোন্না, হিংমিন্ননি ঐখোয়নি"।

৪৯২। "শারা কালেন নুংশানা, মালেম লৈশা কংদুনা
খুইথরুবা লৈপালনা, কুমগী নোংজু ফংদুনা
তেকখৎলককুম লেক-লেক্লা, অনৌ মপোক ফংগুম্না,
পেনজৈ, কপচৈ পলেম্না, য়ৌরকপদা পনথৌনা
হায়ফম খঙদে কৈদৌনা, ইরাং হৌই থমোয়না"।

৪৯৩। "অহিং চুপ্পা য়ারেক্লা, শান্ননিংগুম তন্দলনা
ঈচাও লৈঙাংবু পাম্না, থকচবগুম লেমলৈনা
শজিবু চৈরাও নঙনা, শাৎচনিংগুম লৈরীনা
কুমগী নোংজু খৌরাংনা, কৌজবগুম নোংগৌনা
পনথৌ মাবু খৌরাংনা, ঙাইজবনি পলেম্না"।

৪৯৪। "অদুঙৈদা কাওরেলনা, ঙাংবা নিংথি পুঙদোম্না
অয়ুক য়েন্দা য়াহৌনা, কোরৌ মাবু খুরুম্না
লাইবক লৈমু ৰইদুনা, ফুমদি কোকথোংনদুনা
ইকোপ থুংনা কোয়দুনা, চৎলকপগুম চীংলেম্না
পনথৌ মাগী শক্তম্না, মীৎফম হোংদে পলেম্না"।

৪৯৫। "কায়নরুবা থৱায়না, উন্নবগী হরাওনা
পনথৌ পাম্বোম খিঙ-খিঙনা, মোমুনু খ্বংচেৎ লাকশিন্না
শানৌ মানা মাঙচিংনা, শাবী খোঙথাং হাপতুনা
ফুমগী তানথা লোক্তুনা, ঈকা ঙাগুম হরাওনা
শারে জগোয় নোয়-নোয়না, থেক্কা-থেক নৌগা নৌনা"।

৪৯৬। সনা জগোয় উবদা, ঈহৌরক্লে লোক্তাক্লা
নুশিৎ শিৎতে মালংদা, ঈথক হৌই ঈপোম্না,
হেনবা তান্নৈ লমজেলদা, মথং মথং থেঙ্গাইনা
হিদান্নাগুম ঈয়াইদা, নৌরেল হোনবা ময়াম্না,
করি থৌনো কৈবুলদা, চীবোন ঙাংনৈ মীয়াম্না।

৪৯৭। ফুমদিথক্তা শঙাইনা, ঈথক ঈপোম তানচানা
শারকপা জগোয় লৈনা, চীংয়া নোংথাং কুপকুন্না,
পুংলোন পীরি কায়দনা, 'তুম-তুম' হায়না উথুন্না
তানবু থারি উরিৎনা, 'চিক-চেক, চিক-চেক' হরাওনা
হোইবু লাওরি উশাইনা, 'ৱাহ-ৱাহ' উইরুম উইরুন্না।

৪৯৮। চেক্লারক্তা চিনগনবা, খুল্লক কোয়না পাইঙম্বা
ৱাক কৌবী অমুবীনা, শঙাই জগোয় উরুবা
পাউবু চেল্লে শীংথুংনা, লোইবী লোইয়া লৈরিবা
পারি মমোম নাউকোন্না, মোংবা য়ুমশংনরিবা
ঙন্না লোইনা ৱাৎতনা, কংলৈবাক্কী চেকওইবা।

৪৯৯। মুবী পাউজেল তাবদা, হংনরক্লে খঙনিংনা
মথং মথং পাউথাংনা, পুমনিল নিল্লে চেকশিংনা,
চাক্তারিবা উমংদা, উকু উরা খোৎতুনা
শীনবাংলিবা লমহাংদা, ঙন্না তারে ৱাৎতনা
হন্নারক্লে ময়ুমদা, তহা তহা চেনবোইনা।

৫০০। শাবী-য়েৎনা শানৌদা, পাউবু তম্মী হরাওনা
শানৌনা হায় শাবীদা, "ঐসু চৎকে তুংইন্না
মঙলৈবাক্কী কুম্মৌদা, য়েংমিন্নসি নুংঙাইনা"।
মচাশিংনা মকোন্দা, ঙংনরকই নিঙাইনা
"ঐখোয়বুদি কনাদা, শিন্নরমনি চেকশিন্না"?

৫০১। পোকচবনা লময়েননি, ৱাহোং শক্তম শকমানবী
মঙ্গা মচু ফিজোলনি, থবাক খাওন্নরিবী
ফিজোন্দুগী ফিবাননি, লৈরাং পরেং শাৎলিবী
লময়েন-ৱাহোং কোলোইনি, খাগী উমং পামজবী
শক্তা চুদা হেনবীনি, পুন্সি লম্বী তেল্লবী।

৫০২। থোরক্লে চেক নোম-নোম্না, তনিক তনিক খোঙথাংগী
চাউদম শাংদম চীংলেম্না, লৈমরেলগুম কোনুংগী
হৌরুগনি হায়দুনা, নোংইন চেক্লা চীংনুংগী,
চৎমিন্ননি লোয়ননা, কৈবুল লমদা মোইরাংগী
য়েংমিন্ননি নুংঙাইনা, কেনা-জগোয় শঙাইগী।

৫০৩। চেংলৌ হেনবী পোম্বীনি, মপাংলক্তা তোপ-তোপ্না
চেক্লা মথা লংদুম্নি, শংবান কুচু মুরৈনা
ঙাংবা চরৈ খাওওননি, লৈরুম-ফীগুম শকনাইনা
মমৈ মৈতা ঙৌরুনি, ফীশা তেমগুম তুমতক্লা
মখল মথেল কুচুনি, ফজৈ ফজৈ মীৎথক্লা।

৫০৪। শান্নফমনি হরাওনা, নোংইন লাবা অমোমগী
মকোয় মান্নে থেন্দুনা, পুমচিক চীক্লা চীংনুংগী
তুখোঙ ইংই শীনথুংনা, রি-রি হুম্বা মালংগী
কেকু লোৎলি শাবীনা, নাশোন পীক্লা মরুমগী
থিবা শারি শানৌনা, লকনরমগে মতৌগী।

৫০৫। নোংইন মীৎচানরুবা, লৈচু হেন্দা লৈশিংনা
ইকায়নরে নোকতৌবা, মকালাম্না হরাওনা,
মপু শিনথা পাংনবা, শাৎনৈ তুমিন-তুমিন্না,
হেনখিগদ্রা কিজবা, নোংইন মাগী চেংলৌনা,
উখ্রবদি কমদৌবা, পুকচেল য়াংবা খোইমুনা ?

৫০৬। মেলৈ লৈসনা নিংথিবা, শিদা উরোং 'দুঙৈগী
নোংইনতবু উনিংবা, ইখৌ লাংবী থাজগী
উরিমক্তা য়েংনিংবা, থাজ নোংইন অনিগী
ঙকলি তিংনা য়েংলিবা, অসুম কাখৎ উরাংগী
ওইরে লৈরাং জুম-জুম্বা, তলা পামেল কারোংগী।

৫০৭। ৱাৎপা লৈতে কদায়দা, নোংইন চেংলৌ য়েংনিংবা
থেংলবসু তাঙলৌদা, থোক্লরকই শোয়দবা
নংহৌররোই মতাদা, হোবে হোবে কৈদৌবা
পোম্বী চেক্লা ফৈরাদা, তুবানশানা লেপলিবা
ঙকইদকো ঙকইদা, মথুম মরাং হৌরিবা।

৫০৮। নিংথৌবাকসু ঙকনরে, মরাং মরাং লাইয়ামসু
থৱান মিনোক মাঙখরে, মায়থোং মকলে থাজসু
পুংলোন কায়রে লেপনরে, মেনাকাগী জগোয়সু
চীংদোল লুম্না লোৎনরে, হিহোল্লিবা লৈচিলসু
লেপনিং লেপনিং চেনথরে, নিংথৌ তুরেল ঈচেলসু।

৫০৯। পল্লকপদা লময়েন্না, য়াওরৌ মাবু নিংশিংনা
পীরাং হৌই নোংইন্না, পাউখুমলকই পীরোইনা
"পোইরৈ তামনা তামননা, লৈনখিবা ঐখোইনা
উন্নবা ফংদে পঙনা, কল্লক খম্বল য়াম্বনা
চৎনিংবনি মাঙথানা, উনিংবনি থিন্দনা"।

৫১০। "নোংইন ঐসু মাগুম্না, কংলৈ ঙাক্লি অৱাংবা
অদুবুনে মখোয়না, ঐগী করি খন্দবা
ফৈরা তোংবী চেকওইনা, লমগী থৱায় ওইহনবা
খল্লুবদা ৱারৌনা, লৈরি ইদোম পেন্দবা
'মাই মাই', ঙমলোই নতানা, শঙাই মাগা উন্নবা"।

৫১১। "অদুগসু, ঐখোয়নি, পোম্বী চেক্লা মপোকনি
চীংলোল কয়া নোংদোলনি, ঐখোয় লানবা ৱাগনি,
শঙাই লমদো তাম্বনি, ঈপাক ঈরং কয়ানি
মরৌ লৈবা মীওইনি, শাফা লাংবু তিংলমনি
নংসু পাঙ্গল শোনবীনি, ঐখোয় করম য়ৌঙমনি"?

৫১২। "শঙাই কৌবী মহাক্লা, তম্পাক লমদা লৈদুনা
কংলৈ মগুন শোন্দুনা, পোইরৈ শক্তাক ওইগুম্না,
নোংইন কৌবী ঐহাক্লা, চীংশাং নাপোম য়ারেক্লা
চীংজুম লাইজা থক্তুনা, চীংদোন লেপ্পা লানশংনা
লোইবী ঙমখৈ পনঙাক্লা, লৈনি শক্তাক-চেক ওইনা"।

৫১৩। "নহাক য়াওদা ঐহাক্লা, য়ৌনিংদরে লমদুদা
ইদোম তরক তরক্লা, য়েংজনিংদে ফজবা"
হনখি তপ্পা লময়েন্না, ময়ুম পোন্দেন লোক্নুংদা,
লৈহী পাম্বা খোইমুনা, থিরকপদা লৈশিংদা
শিকং লৈরাং ওইরম্না, পাইখিবগুম খৌরাংনা।

৫১৪। শুক্লা থাংজিং চীঙ্গোলগী, চীংমায় মতা ফবদা
লাইওইরবা উজাউগী, চাউদম শাংদম উক্রোংদা
মহুম শারি লাংমৈগী, মীৎয়েং তাম্না উতোন্দা,
পারি মমোম হাকনগী, তরা লুককোই চীন্দমদা
তেনৱা চেক্কুম পোনগী, খুবৈ অমা লাল্লুদা।

৫১৫। পাউবু তারে মুবীগী, নোংথাংগুম্বা মালংদা,
শানৌ ওইবী লাংমৈগী, লাংতক্লরা থমোয়দা
চেংলৌতবু শঙাইগী, উনিংবনা লৈঙমদা
মায়থোং লুক্লা নুজাগী, লকক লকক লৈয়েংদা
পুক্লিং ফানা শাবীগী, নোনজরকই মফমদা।

৫১৬। "কুমজা কয়া ঐখোয়না, লৈনরুরে তুমিন্না
তম্পাক য়ুমদা কুমদুনা, পামজ হৈরাং চাদনা
ঈথিং হৈকোল য়ৌদুনা, হৈরিৎ হৈজাম হেক্তনা
লৈখুলনুংদা তাংজনা, নিংথম তুমখুল হুনগুম্না,
নোংদমবীরে মপুনা, য়ৌরুসিবা ঐখোয়না"।

৫১৭। "নহালনোংদা নহাক্লা", পাউখুমলকই শাবীনা
"ৱাঙ্গোলশংদা কুমদুনা, লৈরিঙৈদা লেঙদনা
উক্রোংনুংদা থা-চুপনা, পারী ইমোম নাউকোন্না
কুমলুই ঐনা খন্দনা, তম্পাকয়ুমনি হরাওনা
থিরুগনি হায়দুনা, পামজ হৈরাং নহাক্লা"।

৫১৮। "অদুঙৈগী অহেনবা, পোইরৈ তামপাক নুংশিবা
লোইনা মাঙখ্রে অইংবা, ওইরে লমদম য়াক্লবা
তাইবং খুৎশেম হক্লবা, অৱা মৈশা লাংলবা
ফংলোই ঐখোয় অপাম্বা, য়াওরৌ মাগা উন্নবা,
থারানুশি নুংঙাইবা, থাংজিং চীংনুং চীক্লবা"।

৫১৯। চীংনুং চেক য়াম্বনা, চৎনিংলশু য়েংনিংনা
শঙাই জগোয় মীৎথক্লা, উরোইদৌবা 'মুক হন্না
চৎনদে লোকলম লান্না, মখোয় উনি কিজনা
লৈনৈ তুমিন তাশিন্না, পারি মমোম নাউকোন্না-
"পীক্লি ঐখোয় ইচানা, হন্দোক্লমনি করম্না"?

৫২০। কালেন নুংশা মকমৈদা, মকঙ ফারা তেমপাক্লা
নোংজু অহান লৈহিংদা, চুরুপ চুরুপ ঈশিংনা,
মুকথুবীনা লৈনুংদা, খাঙফম লৈফম লৈতনা
পাইথোরক্লুম শঙ্গুদা, তম্পাকলমগী চেকশিংনা
কৈবুল লমজাউ মায়কৈদা, পাইনরক্লে শংগুনা"।

৫২১। য়ারেক্লম্বা থাঙ্গাদা, অমুকাকয়েল পাইরক্লে
য়াইহীপলম্বা কারাংদা, উশাই উফোঙ য়াওরক্লে
ঙাথীরম্বা পাৎয়াইদা, উমু উরা ফাওরক্লে
চাক্তারম্বা সেন্দ্রদা, তেনৱা শঙ্গু য়ৌরক্লে
ঙম্না পুল্লে কৈবুলদা, ৱা-ৱা, লাওরে পুমনিক্লে।

৫২২। খরুংপাৎকি চেকশিংনা, পাউবু তারে হরাওরে
ছুইদ্রু মুরশী লাইফৌনা, তারা চায়োম য়োম্নরে
মচীন চীনপাক পেথোক্লা, খারা মপাঙ কৌনরে
লশিং ফিজোন লেক-লেক্লা, ৱাইনু কাদল থুংলরে
পাইনরক্লে পরেংনা, শঙাই উনি হরাওরে।

৫২৩। পুমলেন পাৎতা চাক্তাবী, উচেক শঙ্গু নিল্লরে
মৈতেন চেক্লা অরাংবী, শোইবোল জুরা থুংলরে
খিকলোই লাংনা পাদম্বী, উরিৎ নাপং পৈররে
মপাং চীৎথ ৱাহৌবী, শুরিৎ পিকত্রু ৱাৎতরে
মীপায়চাউবী কিগনবী, শলংকাকসু কপ্লরে।

৫২৪। পাৎপান তাবী তানাপ্পী, নারক লোৎপী হৈশিংবী
’ঙৌবা চরৈ খোইদাবী, শংবান ফিদুপ খাওওনবী
থবাক লংদুম নোংজাবী, তখৈল্লে নাচোম চিল্লিবী
তুম্বা উতোং থিংঙ্গাম্বী, কৌদ্রুক চেক্তি নিংথিবী
য়াওরক্লে চেক অরাংবী, ফুমদিথক্তা শৈদাংবী।

৫২৫। কোরৌ চুপ্পা লেপতুনা, লেমলৈতবু লুমলুবী
লবুক লমহাং শিনথুংনা, কোয়রুবগী ৱারবী
ৱাবা পুম্বা কাওথোক্লা, শমলাং ইফা ফারিবী
নংহৌররোই মতানা, শঙাইতবু লাইনিংবী
চেল্লক্লে শ্বর থবেৎনা, ঙাহোইবী চেক খোঙশাংবী।

৫২৬। নোংপোক কোরৌহনবগী, শকয়েং মিংশেল ওইরিবী
কুংনা থাবা লৈচিল্লগী, থক্তা ফিজং খল্লিবী
লৈনমলক্তা থম্বালগী, খোইমুশিংনা ঙাওরিবী
য়াকাবুংসু চেকশিংগী, নিংথম উললেন খাঙলিবী
লেমলৈ ঙারম চাম্মাগী, ৱাইথৌ পাৎনি পুকলুবী।

৫২৭। ৱাইথৌ পাৎকি চেকশিংনা, হৌনরক্লে পুল্লপনা
অচৌ মচা খায়দনা, ইরম মীরম থিদনা,
মাঙবু চিংলে উরোক্লা, তুংবু ইক্লে উরেলনা
তুংনা অমুক হেনগৎনা, মাঙবু য়েংনা করেম্না
ঈমায় কোঙ্গোল তাউগুম্না, লেংগা লেংগা ইন্ননা।

৫২৮। য়ারল পাৎতা পোকচবী, ঙারিয়ান্দা লেকচবী
পাৎকি চেক্তি খোঙশাংবী, খোঙজেল য়াঙবী ঙকশুবী
পাৎপান থুংনা কোয়গনবী, লাঙখোং লুম্না লোৎকনবী
য়াঙদা চুম্বী তনানবী, কংলৈপাক্কী চেকওইবী
চীৎথহৌদ্রে চীন্দুম্বী, চেক-চেক খোংবী চেকলাওবী।

৫২৯। ইকোপ খরুং ওংখিবা, লোক্তাক ঈপাক লান্দুনা
মখোঙ কপলাক লেপতম্বা, খোঙশা চৈরোং হুমাইনা
থম্নাথক্তা চেনঙম্বা, খোঙদোল ঈশিং চোৎতনা
কংলৈ শিন্না কৌনবা, 'থম্নাচেনবী' নুংশিনা
ৱাবা লৈতে চেনজবা, মপাম শঙাই উনিংনা।

৫৩০। উচেকলক্তা লেপতম্না, থরোইচাবী থোরক্লে
ইকোপ পাৎকী থরোইনা, মথোল লুকোই চীন্দম্লে
নোমহৌ নোমহৌ খোঙথাংনা, তৌরক নারক শমলক্লে
মশানৌবু কৌথোক্লা, মাশু চৎশি হায়রক্লে
মঙক ৱাংনা থাংগৎনা, কনা ৱাৎলি য়েংলক্লে।

৫৩১। পাৎপান চেক্তি ওইরগা, মরিং য়েম্বা শক্তম্বা
মমৈনিদি হায়রগা, লৌখাও থাঙ্গোল শকমানবা
শকহেনবীদি ওইরগা, ইরাং কৈথেল কাগনবা
শাবীনিদি লেপ্লগা, শানৌ ওই-না য়ুম্বানবা
থাদোকনদে উমুগা, য়েনপৌরাবা কৌনবা।

৫৩২। শকথিবীদি কনানা, চোংখু ঙকশু উচেক্না
লৈজবনি কিরুম্না, অয়ুক নুংথিল লোৎতুনা,
কিবা ফরে উনিংনা, শঙাই মাবু য়েংনিংনা
চৎকে খন্না তুমিন্না, তুংইল্লকই নাওশোন্না
লুতুং শমলাং থাদোক্না, পলেম ওইবীশিংগুম্না।

৫৩৩। ঙানুরক্তা তোঙানবী, কুচু য়েংই পান্দবী
মচিন তেন্দোন তাদম্বী, মমৈ মৈতোন শোইরোম্বী
পাৎতোন লান্না চৎকনবী, কংলৈ থুংনা চাক্তাবী
মতোম নাইতোম লৈগনবী, থৌনা ফবী অমুবী
য়ৌরক্লে চিলহাওথিবী, উপুম চেক্তি কৌনবী।

৫৩৪। তখেল নুরা শাইওনবী, উথুম চেক্তি কুমপুবী
লৌরী পাবল চেনগনবী, ফৌনারক্তা চাক্তাবী
পাৎপান তাবী চিনগনবী, য়াহৌ ঙনবী অমুবী
খোইরাং খোইশাও লাউগনবী, 'তুম-তুম-তুম-তুম' পুংয়ৈবী
পাইথোরক্লে তানথাবী, চীৎথহৌনি খল্লিবী।

৫৩৫। উথুম পুংলোন খোল্লাওনা, উরা চেকয়াম হৌরক্লে
উরা ওকমান নম্বোলনা, লেংঙমদনা থোরক্লে
উরা লিনমান ঙাকশাংনা, ঙকনোম জগোয় উৎলক্লে
উরা পোংয়ায় মৈরৌনা, নোম-নোম, নোম-নোম, চেল্লক্লে
উরা খোমদোন অপিক্না, হাথু হাথু ইল্লক্লে।

৫৩৬। অয়ুক য়েন্দা মাঙওইনা, লাইজ ঈপাক কুমখিবা
কোয়না লৈনা চেন্দুনা, অচিক লমদম থিরিবা
চেনখৎলক্লে হাথুনা, উমু চেক্তি থৌয়াম্বা
তনহোং হোংলে ফৈজোম্না, মংঙ্গ্রা মচু চুরবা
চন্দোল লৈঙাং নমদুনা, শেম শারক্লে চৎনবা।

৫৩৭। য়ারল পাৎকি চেকয়ামনি, মরাং মরাং লাংলকই
নোকপা-খেবা কয়ানি, পরেং পরেং পাইরকই
ঈশৈ শকপা কোঙ্গাইনি, য়াওরৌ মতীক থারকই
অন্দ্রো লমদম লৈহৌনি, ঙারি চীংশাং লাল্লকই
লবুক লমহাং পরেংনি, লৌশি মায়কৈ তাম্লকই।

৫৩৮। কুমগী নোংজু ঈশৈনা, ককচেং মুকথু থেমগুমই
ঈঙেল নোংজু অহিংনা, তন্দন থৱায় হাপকুমই
শঙাইশেনগী তুংইন্না, লমজাউ লম্মে পাইগুম্মী
নোংদোল উচেক শঙ্গুনা, অঙান লম্বী থৎলকই
অপাই লৈচিল মতৌনা, শঙাই লৈবাক তম্লকই।

৫৩৯। "পমেল তেরা পাম্বীনা, পরেং পরেং লেপ্লিবা
মোংবা ঈরম ঈরেলনা, পলেম শক্লা কোল্লিবা
লমদমদুনি কংলৈনা, ৱাইনুতাদি কৌনবা
অদুঙৈদা খোঙশাংনা, কোকয়েৎ তোলোক ঙাকশংবা
চাক্তারম্বা হরাওনা, চাউদম শাংদম কাদলবা"।

৫৪০। ৱাইনু-চরা কেনগনবা, লিক্লাং পরেং তৎকুম্না
খুরক হাংদা হৌরিবা, ৱাইনুতা পাৎতা মংনা
তান্ন-তান্না খুল্লিবা, ৱাইনু ৱাইনুমান 'নিনা,
উরে চেকয়াম পাইরিবা, লোক্তাক মায়কৈ তমদুনা
হুন্দোকলপ্লে তান্নবা, শঙাই জগোয় য়েংনিংনা।

৫৪১। পাইখিবদা ৱাইনুনা, তরা মপুক থন্দনা
ঙাঙনরকই অতৈনা, চিবোন চিবোন লেপতনা
উরোক, উরেম্বী য়াওনা, শুরিৎ থোইদিংনম শুনা
ঙাওরবনি ঐখোয়না, সনামানবী উনিংনা,
চৎলো চৎশি লোয়ননা, য়েংলুরসি পুক্লপনা।

৫৪২। উগে খন্না উদবা, উরনুনা মখঙবা
মরাং-তুরাং ফোলহাওবা, তেমপাক মরুম লোৎঙম্বা
পাৎপান তারে পাৎওইবা, চীংয়া লৈরে চীংওইবা
কংলৈবাক্কী চেকওইবা, চীংলোন ৰাংমা লানখিবা
নমু মীরক মাঙঙম্বা, উরেম্বীনি হায়নবা।

৫৪৩। পাই-পাইনা উরেম্বীনা, নিংশিংলকই পুৱারী
অদুঙৈদা পনথৌনা, নমু মপোক্কী ৱারী
লায়রবদা লাইচঙনা, লংফৈদা চৎঙৈ ৱারী
মী তরেৎ-থাং তরেৎনা, খাঙঙুথক কেমখি ৱারী
তাইবং থৱায় মিরেলনা, উরেম্বী চেক্কী ৱারী।

৫৪৪। লমগী ঙানু চাউদম্বী, নোম-নোম, নোম-নোম খোঙথাংবী
ইরম চেকসু ওইরিবী, মীরম চেকসু হায়নবী
শাইওন ৱারী পুরিবী, অদুঙৈগী কুমপুবী
থাবল্লেগুম নুংশিবী, লৈনম লৈকায় পনলানবী
য়াওরি চেক্লা শকহেনবী, থংগোংমানদি অরাংবী।

৫৪৫। চেক্লালক্তা তবিকনা, মালেম লৈশেম য়াওবনি
কুমপুরবা চেকওইনা, লমগী খুনু কোলোইনি
চীংগী খুনু খোঙজোম্না, তমগী খুনু থারীকনি
তপচবনা শরুকনা, নিংথৌকোনগী লৈমনি
য়াওরক্লে কৈবুল তমনা, শঙাই জগোয় য়েংলুনি।

৫৪৬। নোংদম্বগী নোংদম্না, হাওমুলোক্কী শুক্লবা
থাদোই থোইবী পামজনা, য়ামজোল মৈরা মুৎখিবা
কোংয়াম্বগী থৱায়না, চেক্লা শক্তমনখিবা
থাদোই থাদোই তেংথানা, থাদোই মাবু থিরিবা
পিথাদোইদি চেক্লানা, পাইরক্লে জগোয় য়েংবা।

৫৪৭।  খোইনৌ কনা মীৎচানা, উন্নররোই খন্দুনা
মদোম তরক তরক্লা, মতু ইপোন পোন্দুনা
চরৈফিগুম থুপচিন্না, পুন্সি মৈরী মুৎলক্লা
ঙানু চেকনি পীদোন্না, মকোক তঙাং-তঙাংনা
অরোই খোঙচৎনি খন্না, ইন্নরিবা নুংশুকনা।

৫৪৮।  চীনফেঙ ফবী ঙতুবী, খুৎশাহৈবী উরিৎসু
ৱারক সেন্দাং চীনথিবী, চীহায় কনবী চরোইসু
খম্লাংচাক লাইরিক হৈবী, ইপায়চাউবী মোংতিৎসু
ইরমগী চেক য়াল্লবী, কয়া-মা মীরমগীসু
পাইনরক্লে তাল্লবী, পুমমম মমখ্রে কৈবুলসু।

৫৪৯।  শাইজিন-শয়া চিকহৌরে, শেন্দাং শেম্বাং য়ৌরক্লে
উতোন ৱাতোন হাংহৌরে, চোংঙা ময়াম পাইরক্লে
উরোক পরেং লেংলরে, লাংদোন ফিঙৌ ফৌরক্লে
উচেক কনা ৱাৎতরে, অশোন অনা শুরক্লে
তোংফম লৈত্রে লাউনরে, মাং-থৎনু খৎনরক্লে।

৫৫০।  কোকয়েৎ তোলোক হাপতুনা, ঐনা মহেল্লে খন্না
থাদোকলম্লে তুমিন্না, হৈকোল শংবা খোইনিংনা
মপাঙলক্তা হরাওনা, পাইরিমক্তা থকইন্না
চাদশিন্না চখোম্না, হৈজাম চখোম য়াউন্না
‘কৈনো-কৈনো’ হংননা, য়ৌরক্লে তফিং-ফিংনা।

৫৫১।  ঈশিং পুম্বা কংহন্না, ফুমদি খোঙফম চোৎতনা
য়েংহল্লগে নিংথিনা, শঙাই জগোয় ফজনা
উঙল্লরোই ’মুক হন্না, ৱাখলসিনা লমজিংনা
ঙানু খারা চীনপাক্লা, মচীন থুম্না লুপশিন্না
থক্লে ঈশিং চুরুপ-চুরুপ্না, লৈজ থৌনা ফুদোক্লা।

৫৫২। ইরমগী চেক ময়াম্না, শাওনৈ খারা মতৌদা
"মীরম চেক মহাক্না, হৈপা শাবনি ঐখোয়দা
কংখ্রবসু লোক্তাক্না, মাঙদে করি মঙোন্দা
পাইখিনি মখোয় হন্না, চীংলোনসিগী ৱাংমদা
য়েলহৌঙৈগী ঐখোয়না, ঈরাকহৌনি লৈকঙদা"।

৫৫৩। য়েলহৌঙৈগী নুংশিনা, লৈমিন্নরক চেকশিংনা
তানারকই নাকপাক্না, ইরম-মীরম খায়দোক্না,
খারা কৌবী চীনপাক্না, মীরম চেক্কী লুচিংনা
ইরম চেক্কী মকোকনা, ওইরে উশাই ঙকশাংনা
মীচং মীচং লেপননা, য়েংনরক্লে মীৎখানা।

৫৫৪। মৈবু হৌনা শাওনরে, চীনবু পেন্না চৈনরে
চৈনবনা পেন্দরে, পাইশিন পাইশিন চিক্লরে
খোঙনা ঙম্বা কাওনরে, খুজিল ফংবা খোৎনরে
মশা লান্না ফুনরে, মতু লামফোয় ফোয়নরে
মৈরিক্তগী মৈজাওরে, কৈবুল ৱাই-ৱাই মৈৱাইরে।

৫৫৫। ঙারাকপী কৌবা চেক্লা, শাউরকই মীৎ-ঈকানা
পীক্রবসু হকচাংনা, মচীন চীনজাউ তাদম্না
থোইদিংনম্বু য়েংদুনা, পাইশিল্লকই তেনগুম্না
"মীরম-চেকনা চয়োম্না, লৈত্রে লৈফম ঐখোয়না"
মীশিং নাশিং থোইদিংনা, লোৎনরে ঈরুপতুনা।

৫৫৬। কংলবদি ঈশিংনা, উরনি, থরোই য়াম্না
খৌজেং ৱাখল মাঙওইনা, ইরম থরোইচাবীনা
য়াওরুই কনা খঙদনা, ইনশিল্লি খারা লোন্না,
ঙমদে মাঙথাবা কিনা, উখিনি ইরমচানা
লৈশিন্নৈ তুংওইননা, তেংবাংই খঙহন্দনা।

৫৫৭। "অথোয়বীনি লৌশিংদা, পিথাদোই হায়নবা
মাগী মচা অতৈদা, য়োকহনবনি লৌনম্বা,
থরোইচাবী খোঙশাংদা, মমৈ লোৎপা অয়াম্বা
লুনা খনবা মীরমদা, মানা উরু-খঙলুবা
পাওদমলকই উশাইদা, থরোইচাবী অরোনবা"।

৫৫৮। খাঙবা ঙমদে উশাইনা, "করি দৌগী মহাক্না
ইরম চাক্না পুকথন্না, লাই-শারি খুরক ঈনা
লৌনম চিরোল শাজৎনা, তেংবাংলিবা মীবুনা"
মশা শাইরুং তিংথোক্না, হোৎচিল্লকই চুমদ্রিংনা
শঙাইশেনগুম মীৎথক্না, য়েক্না থমলোই খা-চিক্না।

৫৫৯। উশাই শাফু কিদনা, কনা লৈগে চেকশিংনা
খোংশাংবীনা কিমননা, খাথোঙ লাইফম শাৎকায়না
নিক্লকপদা থক-থক্না, মীৎতা তন্দন শৌশানা,
তমহৌবরা ফুমদিনা, ঙসি ফাওবা কাউদনা
লুদা-তোংদা পক্তুনা, ঈথক ঈপোম তনিক্না!

৫৬০। উচেকলক্তা থোইদোক্না, খ্বাইমক্তগী হেল্লবা
মাগী ৰায়েল অমনা, ৰাক্না ৰাকলৈ শাৎখিবা
মীয়েং শোল্লি হায়দুনা, অয়ুক নুংথিল থোক্তবা
মকু চেক্লি তুমিন্না, নারক শীংলক শংলিবা,
থোরক্লে অহল ওইনা, উচেক ময়াম খামনবা।

৫৬১। "কুমপুরবা ইপুনা, অনেম অৰাং তেমলকই
য়েলহৌঙৈগী কাউদনা, চান্না-চিন্না মাংফরোই
খাঙঙুথক্কী নোংলৈনা, নুংশি ঈরম থৎফরোই
ৰাখল লিংদা মতৌনা, ইরম-মীরম খায়ফরোই
খাইবুং খাইবুং ৰাখলনা, অপুন শক্তম কায়ফরোই"।

৫৬২। "ঈশিং য়াওদ্রা লোক্তাক্লা, হিংবা ঙমলোই থব্রায়না
য়াইবীরেলনি ঈশিংনা, থব্রায় পোকপী ঈশিংনা,
নোংগৌবীও নহাক্লা, খোঞ্জেল হৌনা লাউদুনা
নোংদোল লৈচিল হৌদোক্লা, কৌথরো নোংলি কুঙনা
মাঙখি ঈশিং হনজিন্না, কংবা য়ারোই লোক্তাক্লা"।

৫৬৩। মকু থৌদা পেন্নরে, খৎনরম্বা তোক্লরে
তোখায় ব্রাখল কাউনরে, অমতনি খন্নরে
করি ব্রাৎলি হংনরে, সিদা তোংসি কৌনরে
হরাও হরাও নোক্লরে, লেংগা লেংগা ঙানরে
নুংশিনসি হায়নরে, য়েংমিন্নসি কোন্নরে"।

৫৬৪। "পনথৌ কোরী কুচুনি," পাউদমজরি শঙাইনা
"লাংবন খোইমু খ্বাংজেংনি, থবাক লমঙান ফল্লপ্পা
নিংখম শমজি মতৌনি, লেংজুম তাবা তুবুন্না
থাজ মচেৎ মকোয়নি, লুরেলথক্কী চীরোংনা
পুকনিং হুরা শাবাননি, পেনজরিবা পলেম্না"।

৫৬৫। "তঙাং-তঙাং কুচুনি, পলেম ওইবী মহাক্লা
শিনৌ তরেং ময়োৎনি, নুজা য়াংলেন মতানা
ওকশাবীগী লাইবকনি, পীশুম লিরুং তেঙ্গানা
কোইরাওনবা মীৎসনানি, পুকনিং হুনা য়েংঙম্বা
তোঙ্গানবা শাবাননি, মিতাজবা পম্বৌনা"।

৫৬৬। "তোংমিন্নগুম নুংশিনা, পোম্বী চেক্লা অনিনা
কোরৌ মশেক খাঙমিন্না, পামু-নুংশি চিল্লোক্লা,
ঙসি কৈবুল লমজাউনা, মুক্তা থোক্তা মতৌনা
পলেম পনথৌ অনিনা, লেপমিন্নবা খন্ত্রাংনা
জগোয় য়েংলি খুদিংনা, লৈনরে মীৎ কুপতনা"।

৫৬৭। "নোংমাইচীংগী চীংদোন্দা, নোংপোক-পাম্থোই ঙানগুন্না
পলেম-পম্থৌ পুঙবাদা, নুংশিৎ লেপ্পী চপয়ুংনা
ঙমনা শোন্নে 'ফজৈদা', মীৎফম হোংবা য়াদনা
করি লাইগী শাইওন্দা, য়াওরৌ ওইরি মখোয়না
খঙদেদনা ঐখোয়দা, নহালমখৈ কৈদৌনা"।

৫৬৮। "অদুঙৈগী তরংদা, অতিংকোককী থৌদানা
অসিবাগী লৈশেমদা, হারাপানা থুগায়না
হারাপাগী মীৎলমদা, নোংথাংলৈমা শাথেক্লা
অপাম-নুশি মীৎয়েংদা, লৈশেম জগোয় শাগুন্না
পনথৌ উদা হরাওনা, শারি জগোয় পলেম্না"।

৫৬৯। "কোরৌ মঙাল অমদা, নুমিৎ থানা থোককুন্না
পনথৌ নুমিৎ শক্তদা, পলেম থাবু মওইনা
পনথৌ মাগী শেগাদা, শারি জগোয় পলেম্না,
নুমিৎ মাগী অকোয়দা, থানা লৈনা লৈগুন্না,
শাবী শানৌ জগোয়দা, মীৎফম হোংদে ময়াম্না"।

৫৭০। "তোরবুংগী পুন্সিদা, অপাম-নুংশি মখোয়না
কদেং থাংজা থৌরাংদা, অৱা-মৈচাক মখোয়না
খাম্বী মৈরী লাঙ্গোইদা, অকি-তুজুং মখোয়না
শকখঙদ্রিবা কৈবুলদা, খোঙদারিবা মখোয়না
ঙম্না উৎলি খোঙথাংদা, জগোয়শারি মখোয়না"।

৫৭১। "খুমন খম্বা ওইরোমদা, থাদোই থোইবী লেপতুনা
চাদশিন্না চখোমনা, য়েংদশিন্না মীৎচিনা
থাংজীং কংলৈ শুমাংদা, জগোয় খুৎথেক কৎকুমনা,
ফুমদি খোঙনেৎ তানথাদা, পলেম পনথৌ অনিনা
উন্নবগী হরাওনা, শারি জগোয় কেনানা"।

৫৭২। "শংলা ফুমদি ফিদাগুম, মীৎয়েংনা তামনা তামনা,
য়াইদা পনথৌ চিংজাওগুম, খোঙফম চেৎনা লেপতুনা
নকনা পলেম তোরৈগুম, থেক্লা খোয়না ঙাথুনা
শাজিবুগী লৈচিলগুম, শাথেক খোঙথাং হোং-হোংনা
তেনৱা লৈপাক চৎপগুম, শারি জগোয় অনিনা"।

৫৭৩। শাগী জগোয় শারকই, কিনা খঙনা থক-থক্লা
উপাল জগোয় শারকই, ঈপোম হৌনা ৱাই-ৱাইনা
তুরেল জগোয় শারকই, থেক্লা-খোয়না নোয়-নোয়না
মীগী জগোয় শারকই, থেঙ্গৌ নেৎনা চোঙ-চোঙনা
লাইগী জগোয় শারকই, লৈচিল পীরাং হৌ-হৌনা।

৫৭৪। লৈনম চাউবী লৈরাংনা, থারসু অরাম খুৎনা
লৈরাং লৈচু হোংদনা, শিঙেল লৈশক কায়দনা
লৈশাৎলককুম অদুম্না, তাইবং পুক্লিং শুমহৎনা,
য়াওরৌ ওইবা জগোয়না, তৌথোরকপা মতৌনা
থাগৎনরে ময়াম্না, লেংলি পাল্লি পুম্বনা।

৫৭৫। য়াওরৌ 'নিগী জগোয়না, লৈঙমদরে চেকশিংনা
হরাউ মথোয় লোৎশিন্না, তোঙঙমদরে তুমিন্না,
মথোয় লোইনা থোরকনা, পরেং লেংলে তৎতনা
শাগা-শাগা শোরক্না, লেংগা-লেংগা ঙাননা
জগোয় শারে হরাওনা, ঔগ্রি শক্লা উরেলনা।

৫৭৬। লাংনরিবা চেকশিংনা, কোইপাই কোইপাই পাইদুনা
জগোয় য়াওফম মুন্ননা, 'ঐনা হাল্লি' তান্ননা
'ৱা-ৱা' লাওরক ঈথক্লা, ঈপোম থক-থক হৌরক্লা
অসুম অসুম, ৱাংলকনা, নুংশিৎ চাম্মা পোক্তুনা
শান্নরক্লে শীনথুংনা, কৈবুল নারক শমদুনা।

৫৭৭। মোংখি ঙাদি খরতা, লাকপী ময়াম খেক্কুল্লে,
পোকখি নুংশিৎ খজিক্তা, তেংবাং ময়াম থোরক্লে
ঐসু য়াওনি নরক্তা, চীংমৈ নুংশিৎ হুমলক্লে
মতিঙ ফুনা খুল্লক্তা, কাকতা নুংশিৎ য়ৌরক্লে
ঐসু লৈরি নথক্তা, তোরবুং নুংশিৎ শীৎলক্লে।

৫৭৮। কৈবুলদগী নুংশিৎনা, মথং মথং শল্লকই
লমজিংলুদে কনানা, লবুক লমহাং লাল্লকই
লোক্তাক ঈমায় ঈনিলনা, হেন্না থৌনা হাপ্লকই
উরু-উরু নোংলৈনা, নোংদোল তিয়া তমলকই
মালং কুয়োম লানথোক্লা, লাইরৈবাক্তা শিৎলকই।

৫৭৯। খঙহৌদবা নুংশিৎনা, য়ৌরে কুবের লৈকোন্দা
লৈহী চুপলি খোইমুনা, তোংঙমদরে লৈকাদা
পোমশাৎনরি লৈশিংনা, লৈশাৎঙমদ্রে লৈখোক্তা
কেন্নারক্লে জ্বাই-জ্বাইনা, মচু মচু লৈমায়দা
চাইশিনগুম লৈ খুজোক্লা, মপু খুয়া থম্বালদা।

৫৮০। নুংশিৎ হৌরক ৱারীনা, লাংতক্লরে লাইয়ামগী
শঙাই মাবু য়েংনিংনা, ঈপোম হৌরে পুক্লিংগী
থোক্লরক্লে পরেংনা, লম্বী থন্না তিয়াগী
থৌগল্লি লাইরেম্বীনা, লৈতেং ওই লাইনিংথৌগী
নোংগী দোলাই তোংদুনা, য়েংনৈ জগোয় শঙাইগী।

৫৮১। নুমিদাংৱাই ওইবনা, কোরৌ নারল ৱাইরক্লে
তময়া কোরী শল্লক্লা, শামী লাম্মী লেংলক্লে
য়াওরৌ শঙাই জগোয়না, তাইবং পুম্বা শুমলক্লে
সর্গদগী লাইশিংনা, পারিজাৎপু চাইরক্লে,
খোঞ্জেল তাদে লাইনিনা, য়াইফ মঙ্গল পিরক্লে।

৫৮২। য়াওরৌ ওইবী নহাক্লা, কৈবুল মতীক হাপ্লনি
য়াওরৌ নঙগী নতীক্লা, কংলৈবাকপু ওইরনি
য়াওরৌ নঙগী নমিংনা, মলেম শিন্না ফাওরনি
য়াওরৌ নঙবু কাউদনা, তাইবং হুপনা শোল্লনি
য়াওরৌ নঙগী নঙালনা, লাইরৈবাক-ফাও ঙানলনি।

৫৮৩। শঙাই ৱারী তরুনা, থোইদিং মরীক মক্তনা
ঈচেল অমা পাঞ্জকনা, মঙালগুম্না খোয়দনা
কুমগী নোংগুম লুম-লুম্না, নোংথাংগুম্না তরংনা
শোন্নরিবা 'পুম্বনা, লৈথক-লৈখা শিনথুংনা
তারুরগা খরশানা, থেমজিল্লকই নুংশিনা।

৫৮৪। "লাক্লবদা পুংফম্না, অরোইবগী মীৎকুপনা
চৎখ্রবসু ইতানা, পোলোই ৱাখৈ ফংদুনা
লুপখিবগুম থৌদুনা, ঈরোলনুংদা তুমিন্না
শোন্নহৌনি তাইবংনা, সনা নংবু নুংশিনা
ৱাজহৌনি ঐখোয়না, কায়না মৈশা লাংদুনা"।

৫৮৫। "য়াওরৌ নতীক নঙালনা, মীংচৎ উরোং খিল্লিবা
নংমুক লাইবক ফবীনা, অতৈ কনা লৈরিবা?
অসিবুনি তাইবংনা, পান্না পন্না ফংদ্রিবা
পুন্সি চেংজেল লোইদুনা, মহনফমদা হুনখ্রিবা
খাম্বী থক্তা মৈৱাইনা, থৱাই মালং তিনখ্রিবা"।

৫৮৬। "শঙাই কৌবী নহাক্লি, নতীক নঙাল নাইরিবা
শঙাই কৌবী নহাক্লি, অৱা হুইজোং লাংলিবা
শঙাই কৌবী নহাক্লি, তনিক তনিক খাঙলিবা
শঙাই কৌবী নহাক্লি, পুন্সি য়াচংলক্লবা
শঙাই কৌবী নহাক্লি, সন্ধ্যাই ঈশৈ শক্লিবা"।



**ডা: খাঙেম্বম শামুঙৌ, ইম্ফাল ৱেষ্টকী হৈগ্রুজমদা ১৯৪৩ গী নবেম্বর ১দা পোকই। মফমদুগী এল পি স্কুলদা মহৈ তমলকপনা গৌহাতি য়ুনিভর্সিতিগী মেট্রিক্কুগী পোষ্ট গ্রেজুয়েট ফাও অদুগা বেনারস হিন্দু য়ুনিভর্সিতি অমসুং মণিপুর য়ুনিভর্সিতিদা রিসর্চ তৌরকই। নম্বোল লৈরেল গার্লস হায়ার সেকেন্দরী, জি পি উমেন্স কলেজ, দি এম কলেজ ওফ সাইন্সতা (পোষ্ট গ্রেজুয়েট) ওঝা ওইরক্লগা ২০০১ দা থবক্তগী পোৎথাই।**

অঙাং ওইরিঙৈদগী লমহাং-তুহাং, চীং-মান্দা কোয়বা, শান্নবা, লমলক্কী থৱায়শিংগা লোয়নবা পামলকই। ১৯৭৫ দগী কৈবুল লমজাউ শঙাইগী মরমদা থিজিন্দুনা ডোক্তরেট ফংই। মতমসিদগী মণিপুরগী মরুওইবা পাউ-চে, থাগী চেফোঙ, ওল ইন্দিয়া রেদিও, দূরদর্শনগী খূৎথাংদা লমলক্কী থৱায়শিংবু ঙাকপী শেনবীনবা পাউজেল শন্দোরক্লি। পরিং নাইবা পাউদমদা ঃ লমলক্কী শা-উচেক (বিজ্ঞানগী ৱা), শঙাইগী ৱাকৎ (হুইয়েল লালপাউ), ঐখোয়গীসু থনবীয়ু (মতমগী য়াকাইরোল), ঐখোযগা লৈমিন হিংম্মিন্নরিবশিং (সনথোঙ), ঐবু হাম্মুক্তা কনবীয়ু শঙাই (এ আই আর, ইম্ফাল), ঐখোয়সু নখোয়গী নরক্তা হিংজগে-উচেকশিং (এ আই আর, ইম্ফাল), প্রকৃতিগী তম্পাক্তা (পোকুফম), লোক্তাক ঐদি ৱাবেনা (এ আই আর, ইম্ফাল), এনভাইরনমেন্ত: থঙমিন্নসি ঐখোয় (পোকুফম) অমসুং অতোপ্পা।

ডাঃ শামুঙৌগী শঙাই পব্লিকেসনগী লাইরিকশিং।

- [illegible] (১৯৯৩)
- [illegible]
- [illegible]
- [illegible]
- [illegible]
- Endangered Manipur Brow-antlered Deer (in press)

অতৈ লাইরিক ঃ

- মণিপুরগী তাঙলগা শা-উচেক (১৯৯৭)
- Wildlife in Manipur (2000)
- প্রকৃতিগী তম্পাক্তা (২০০৪)
- পুথ্রম্বা কাজাউ (২০০৬)

ডা: শামুঙৌ মণিপুর অমসুং মপানগী সংস্থান কুনমুক্তা লমলক্কী থৱায়শিংগী ঙাকপী শেনবীনবগীদমক লোয়নরি।